# The Waste Land

নোবেল প্রাইজ ফংখ্রবা ১৯৪৮





টোমাস ষ্টার্নস ইলিয়ট
(সেপতেম্বর ২৬, ১৮৮৮ - জনুৱারী ৪, ১৯৬৫)
অনুবাদকঃ ৱাহেংবম যুগিন্দ্র সিংহ

# The Waste Land

অইবাঃ

টোমাস ষ্টার্নস ইলিয়ট

অনুবাদকঃ

ৱারেপ্পম যুগিন্দ্র সিংহ

# The Waste Land

**T.S. Eilot**

*Translated by* **W. Jugindra Singh**



অহাম্বা ...   ঃ   আগষ্ট, ২০১...



কোপী   ঃ   ৫০০/-

অফোংবী   ঃ   ব্লারেপ্পম ওংবী স্বাধীন্তা দেবী,
তোপ খোংনাং মখোং,
পোরোম্পাৎ রোড, ইম্ফাল ইষ্ট।

ফংফম   ঃ   অনুবাদকী য়ুম/ইম্ফালগী লাইরিক য়োনফমশিং।

মমল   ঃ   লুপা ১৫০/-

নম্ফম   ঃ   **বীর কম্প্যুটর প্রিন্টিং ব্রাঞ্চ লম্ফেলপাৎ, ইম্ফাল।**

# কচ্চবা

লাই ওইখ্রবা পলেম-পম্বৌ অনীনা পোকচরম্লবসু ঐবু শেম্বিরকপা ইপল-ইম্মান ৱারেপ্পম ঁঅচৌ সিংহ অমদি ৱারেপ্পম ওংবী ঁতোম্বী দেবী অনীগী নফমদা তোল্লবা নচাগী খুদোল **'লম্লেম লম'** **(The Waste Land)** নখুয়াদা কচ্চরি। নচাবু মঙ্গল পিবিদুনা মখা তানা লাইরিক কয়া ফোংবা ঙম্লবা থৌনাসু পিনবিয়ু।

*ৱারেপ্পম যুগিন্দ্র সিংহ*

# অনুবাদকী ৱারোল

টি, এস, ইলিয়টকি শৈরেং "দি ৱেষ্ট ল্যান্দ" হায়বসি পরেং ৪৩৩ খক্তনি। ক্রিতিকশিংগী তোঙান তোঙাম্বা মিৎয়েংশিং লৈজরবসু শৈরেং অসি লাইরিক ১২গী ভোল্যুমশিংগা মান্নে হায়না ফোঙদোক্লরি। ইং ১৯২২ দা ইলিয়টনা "দি ৱেষ্ট ল্যান্দ" হায়বা শৈরেং অদি ফোঙদোকখি। ইং ১৯৪৮ দা মহাক্কী "দি ৱেষ্ট ল্যান্দ" শৈরেং অসি সাহিত্যদা নোবেল প্রাইজ ফংখি। শৈরেংগী লাইরিক অসি ইং ১৯২২দগী ঙসি ফাওবদা চাউরাক্লা মতমসি চহী ৯৪ শুরে হায়বা য়াই। ভারতকি বিশ্ববিদ্যালয়শিংগী এম, এ (ইংলিশ) অমদি আসাম বিশ্ববিদ্যালয় শিলচরগী এম, এ (মণিপুরী) বিভাগতসু ইলিয়টকী ৱেষ্ট ল্যান্দ হায়বসি শৈরেংগী লাইরিক অমা ওইনা তম্লরি। শৈরেং অসি পাবতনদি ঐখোয়গী মফমদা লুনা থোক্লি, অতোপ্পা মরি লৈনবা অইবশিংগী মতেংনা নুংগী অর্থ খঙলবা মতুংদা নুংঙাইবা মহাউ খঙবা ঙম্লকই। শৈরেং অসি নৈনবদা লোইবা ঙম্বসু ওইথোক্তে। মতমগী খোঙবান্দা তাবা লৈঙোই খোঙ্গুলগী লিক্লম অমা উৎপা ঙম্লবা হোৎনবতনি। অখঙ অহৈ ক্রিতিক খরনা অসুম্না ফোঙদোক্লি: The Waste Land is a complex poem and certaintly difficult to understand. But it would not be correct to call it a 'disastrous failure', For a failure would hardly evoke so much of critical controversy and range of comments. But the poem is not an undiluted piece of perfection either. It is however, one of the most striking achievement of the twentieth century. In the circumstances it is a mixture of positive and negative qualities and more of a marvellous than a 'disastrous failure'.

"T.S. Eliot is a poet for the learned few and so his peotry is not useful for the masses".

"In The Waste Land, Eliot mourns the death of Europe".

F.R. Leavis নদি অসুম্না হায়খি: "a vison of desolation and spiritual draught".

অতোপ্পা ক্রিটিক অমনদি "diagnosis of the spiritual distemper of the age". Bullough টি, এস, ইলিয়টকী ৱেষ্ট ল্যান্দ হায়বা শৈরেং অসিনা ইংলিশতগী মণিপুরীদা হন্দোক্লিবসিগী মিৎয়েংদি মণিপুরগী ইংলিশতা লোন খঙদবশিংগী মফমদা শৈরেং অসিগী মহাউ খঙহনবনি, মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈদা দান মচা পিবা ঙম্বদুনি। ইংলিশকী পুন্সি মহিংগী সংস্কৃতি অমদি মণিপুরী সংস্কৃতি অনিগী চাংদম্নবা শক্তমশিং উৎপনি।

অরোইবদা, লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা অনুবাদক্লা চহী অনিরোম চঙখি, অখঙ অহৈশিংগী মতেংসু লৌবা তাখি। লাইরিক অসিবু নম্বদা অৱাবা শরুক [illegible] লৌবিখিবা লম্ফেলদা লৈবা বীর কম্প্যুটরগী প্রোপাইটর শ্রীলাইশ্রম তোম্বা সিংহ অমদি মাগী ষ্টাফশিংবু পুক্নিং কাচিন্দা লোন্না থুপ্পা থমজরি।

*ৱারেপ্পম যুগিন্দ্র সিংহ*

# য়াওফম তাকপাঃ

## পোইত্রি ট্রান্সলেসন (শৈরেং হন্দোকপা)

লিতরেরি ট্রান্সলেসনগী (সাহিত্যিক অনুবাদ) মনুঙদা শৈরেং হন্দোকপা (পোইত্রি ট্রান্সলেসন) হায়বসি য়াম্না লুরবা থবক অমনি হায়না লৌনরি। মরমদি শৈরেং হায়বসি চয়েৎনরবা লুরবা খুৎইনি। শৈরেংদা য়াওরিবা ৱাহৈ লৈতেং (অলংকাব- Rhyme) ছন্দ শিল্প(Technique), অর্থ( Meaning), ৱাহৈ পরেং( Sentence structure) নচিংবদু হন্দোক্কদৌরিবা লোল(Text language (লক্ষ্য ভাষা) অদুগা তোঙানবনিনা খেন্নগনি। শৈরেংবু হন্দোকপগী মরম নৈনবদা তোঙান তোঙানবা মীৎয়েং ঐখোয়না উবা ফংলি। সেবরি( SAVORY) শৈরেংবু অসুম্না ফোঙদোকখি:-

"the art of employing words in such a manner as to produce an illusion on the senses; The art of doing by means of words what the painter does by means of colours. Poetry, then produces an illusion; it acquires memorableness by certain features which can be more easily recognised than produced at will There is rhythm, metrical rhythm there is emotion, sensuous emotion. There is an increased use of figures of speech and a degree of disregard for conventional word - order; there is imagination, and above all, there is an ability to see features in an object or a situation which another, not a poet, might miss."

(Savory 1959:75)

**রাফেলনা অমুক অসুম্না ফোঙদোকখি:-**

"Poetic translation is an art, not a science, and much of the art is concerned with choosing - choosing what to put in, what to leave out, and what shape to give the work as a whole, what tone."

ফ্রোষ্টনা (Frost) শৈরেং হায়বসি অর্থ হন্দোকপা য়াদে। সার জোহন ডেনহামনা মাগী 'এয়নয়ড'(Aeneid) হায়বসিগী অনিশুবা লাইরিক্তা হায়খি:

"Poesie is of so subtle a spirit that in the pouring out of one language into another it will evaporate, and if a new spirit is added in the transfusion there will remain nothing but a Caput Mortuum".

(Quoted in Savory 1959:79-80)

ঐখোয়না শৈরেং কয়াবু নুংঙাইনবগীদমক হেন্না থোইদোক্না পানরি। শৈরেং খুদিংমক্তা ইরিবা কবিগী থেংনরুবা মবুদ্ধি লৌশিং ফোঙদোক্লি অদুগা অনুবাদক(translator) অমনা শৈরেংদু পারগা নুংঙাইবা পোক্লকই।

কবিদুগী শৈরেংদু অমুক হন্না হোৎনদুনা ইথোকই। ইরিবা কবিদুগী শৈরেংদুগী ফোঙদোক্লিবা ৱাখল্লোনদু অমুক হন্না শেমদোক্রুবদি মওং-মতৌ মপুং ফাদ্রে, করিমত্তা ওইদ্রে, মথ্বাইসু পান্দ্রে। ট্রান্সলেটর অদুনা শৈরেং ইরিবা কবিদুগী পুক্নীং অমদি থম্মোইংদা চংশিনখিদুনা কবিনা তৌরম্বা ফিভমশিং, খল্লম্বশিং- খঙবা, উবা, তাবা, পুক্নীংদা পানবা গুনশি চেকশিন্না খঙবা ঙমগদবনি।

রোমান জেকোবসনগী মীৎয়েংদা শৈরেংদি অর্থ হন্দোকপা য়াদে। শেমদোক্লগা ওন্থোকপা, পোইতিক্কী মওং অদু অতোপ্পা মওংদা শেমদোকপা(Intralingual transposition) নত্রগা লোন অদু অতোপ্পা লোনদা(Interlingual transposition) নত্রগা সিষ্টেম সাইন (system sign) অদু অতোপ্পা মওংদা শেমদোকপা, (Inter semiotic transposition) i,e ভর্বেল আর্ট অসি ঈশৈ, জগোই লাইয়েকপা সিনেমানচিংবা। সেবরিনা লৌরিবা ৱাখলদি শৈরেং হায়বসিনা ৱারেংদগী তোঙান্না খেন্নবনিনা চাউখৎনা ফোংদোরকপা অমদি চয়েৎনবগী থৌদোকশিংনা মচল ওইরি। অদুনা শৈরেংদি ট্রান্সলেসন তৌবা য়াদে হায়না ফোঙদোকখি।

জি.ঐইচ লিৱিসনা ইরম্বা 'দি লাইফ ওফ গেটে' হায়বসিদা ফোঙদোক্লিবদী শৈরেং অমদা য়াওরিবা অর্থশিং অমসুং ৱাহৈশিংগী মতোমতগী ওইবা অর্থশিংদি শেমদোক শাদোকপা য়াই; অদুবু শৈরেং অমদা য়াওরিবা অর্থ অমদি মওংদি হকচাং অমদি থৱায় অনিনা থাদোক্লবা য়াদবগুম মাঙহন লোইদবনি। অদুগা মওংসু শেমদোক্লোইদবনি। শৈরেংদা য়াওরিবা ঈশৈ অমদি ৱারোলনা পুনশিনখিদুনা ৱাহৈশিং ওইরক্নুনা অহোংবশিং লাকই। শৈরেংগী ৱাহৈশিংদি ৱারেংদা য়াওরিবা ৱাহৈশিংগুম্না ইচম চম্বা পোৎশকশিং অমদি ৱাখলশিংগী মহুৎশিনবসু নত্তে। শৈরেংগী ৱাহৈশিংদি ঈশৈগী শরুক, থোৎখ্রবা অর্থ থোকপা ৱাহৈ অমদি ৱাহৈ অমনা অতোপ্পা ৱাহৈদা পুদুনা চৎপসু য়াদে। অদুবু ট্রান্সলেসন হায়বসিদা ৱাহৈনা ৱাহৈদা মহুৎশিনবা অসি দরকারনি, মহুৎশিনবা অসিসু অতোপ্পদা অর্থ থোকহনবনি। সোর্স লেঙ্গোইজদা (SL)য়াওরিবা ঈশৈগী শরুক, শৈরেংগী ৱাহৈদা য়াওরিবা অথোৎপা ফজবশিংদু দি টেক্স লেঙ্গোইজদা(TL) পুরকপদি ওইথোক্লে। শৈরেংগী ৱাহৈশিং অসি পোৎশক্কী খুদমশিং ওইবতা নত্তনা মরুওইনা মপুং ওইরবা খোন্থোক কয়া য়াওরিবনি।

'The translating of poetry or verse must surely be a case par excellence in which the old Italian saying traduttori, traditori (Translators - Traitors) applies, Few things are more difficult than the effective and true translating of poetry into poetry (if, indeed, it is at all possible), although it is an activity that never ceases to arouse the imagination of translators possibly because of the challenge it inevitably offers."

(Finlay 1970:71)

সেবরিনা ফোঙদোক্লিবদি কবিনা শৈরেং ইবা মতমদা ৱাহৈগী খোম্থোক্তনা হেন্না পুক্নীং চংই। টাইটলরনা ট্রান্সলেসন পাংথোকপা মতমদা ঈশৈ শক্লবা অতেনবা শৈরেংনা (গীতিকাব্য) ৱারেং ওইনা য়াওগনি। জোহন মিদলটনগী তোঙানবা মীৎয়েংদি শৈরেংবু ট্রান্সলেসন তৌবসি ৱারেংদা য়াই। অদুবু শৈরেঙদা য়াওরিবা শরুকশিংদু রাইম নত্রগা মিতর য়ারিবমখৈ মাংহল্লোইদবনি। মেথিয়্যু আরনোল্ডনসু ট্রান্সলেটর হায়বসি কবি অমগী গুনশিংদু মশাদা য়াওবা নত্তে হায়না ফোঙদোকখি। মহাক্না ৱারেংদা ট্রান্সলেসন তৌবনা হেন্না পামখি অমসুং হায়খি "Such are the works of Shakespeare and Goethe's 'Faust'; and these it is best to attempt to render in prose only."

সেবরিনা শৈরেংনা শৈরেং ওইনা অর্থ হন্দোকপগী মতাংদা য়ানিংবা অমদি য়ানিংদবা মতশিংগী মরমদা অসুম্না ফোঙদোকখি - মেথিয়্যু আরনোল্ডনা শৈরেংবু ৱারেং ওইনা হন্দোকপনা হেন্না পোইতিকেল ওই হায়বসিনী। অদুগা কার্লাইন, লৈগ হন্ট অমসুং আর্চবি শোপ ৱাটলিনা শৈরেং হায়বসি ছন্দগী (Metre) ইথিলশিং য়াওদ্রবদি মপুং ফাদে হায়না মত পীরি। লোর্ড ব্রুড হাউসনা মত ফোঙদোক্লিবদি শৈরেং মতেকপু ৱারেংদা হন্দোকপা হায়বসি অৱাবা অমনি। হিলারী বেল্লোকনদি শৈরেংবু ৱারেং ওইনা হন্দোকপনা হেন্না ফৈ হায়না লৌরি। অদুবু সেবরিনা লৌরিবদি শৈরেংদা য়াওরিবা শক্তিনা ৱারেংদা য়াওরিবা শক্তিদগী হেন্না মথুম মরাং হৌহন্নঙাইগী শরুক য়াওই, অদুনা শৈরেংবু ৱারেং ওইনা ট্রান্সলেসন তৌবসি অশোয়বা কয়া ট্রান্সলেটরগী মফমদা থেংনগনি; মহাক্না অর্থ হন্দোকপা হৌদ্রিঙৈদা মশাগী হান্না থাদোকপা দরকারনি। সেবরিনা ফোঙদোক্লিবদি শৈরেংনা শৈরেংদা (verse for verse) অর্থ হন্দোকপতনা খ্বাইদগী অফবা মওংনি হায়না লৌখি। সেলভরনা শৈরেং অমদা মরুওইবা মচাকশিং দরকার ওই হায়না ফোঙদোকখি (১)সবজেক মেটর (তশেংবা কনতেন্তশিং) (২) রিদমিক ষ্ট্রকচর (তাল) (৩) ভর্বেল (ঈশৈ অরুবা ষ্টাইল)।

"As regards Verbal melody, it is obvious that, when a poem is transmuted from one Language to another, its actual sounds, including such musical effects as they produce, must almost inevitably undergo radical changes. What emerges will more often than not, be different admirable perhaps but different" (Selver 1966:22).

All translation seem to me simply an attempt to solve an unsolvable problem. - *Humboldt*

It is useless to read Greek in translations. Translators can but offer us a vague Equivalent. - *Virginia Woolf*

There is no such thing as translation. -*May*

The flowering moments of the mind drop half their petals in speech and 3/4 in translation.

Nothing which is harmonised by the bond of Muses can be changed from one language to another without destroying its sweetness.

Translation of a literary work is as tasteless as a stewed straw berry. - *H. De Forest Smith.*

"Translation is meddling with inspiration" showerman.

Ideas can be translated but not the words and their association

- *Sydney.*

শৈরেংগী অনুবাদ তৌবা অরায়বা নত্তে, অদুবু ওইথোক্তবনি হায়না লৌবদি লানগনি হায়না অখণ্ড অহৈ ট্রান্সলেটরশিংগী মতনি। ঙসিগী পৃথিবী অসিদা শৈরেংগী অনুবাদ অসি মশিং থিবা ঙমদনা লীশিংগী মথক্তা হন্দোকখ্রবা থাদোকখ্রবা শৈরেংশিংদু মতৌ লৈতবগী মওং অমদি শোকপা য়াদ্রবা ওইনদি লৌনদ্রি। অদুনা শৈরেংগী অনুবাদ থাদোক্তুনা লৈরি; মতুংদসু অদুম চত্থখিদুনা লৈখিগনি। ন্দোক্কদৌরিবা শৈরেং অমদি মসিগী হন্দোক্লিবা শৈরেং অনিমক অমত্তনি হায়বা য়াই; অনিগী ফোঙদোকপা অমদি ৱাহৈগী খুৎইদা খেন্নবা শরুক্তি অদুম মশানা লৈজবা তাবনি। অমনা কবি অমগী খুৎইনি অদুগা অতোপ্পা অমনা হন্দোক্লবা খুৎইনি।



শৈরেংগী অনুবাদ (ট্রান্সলেসন) পাংথোকপদা মরু ওইবা খুদোংচাদবশিং নৈনবা য়াই।

(১) সোর্স লেঙ্গোইজগী (SL স্রোটভাষা) ৱাহৈশিংদু টার্গেট লেঙ্গোইজদা (TL ল্যক্ষ ভাষা) লৈরিবা ৱাহৈশিংগী (মনুং মপান, ইথিল) মতম চুপ্লদা মান্নদে।

(২) সোর্স লেঙ্গোইজ অমদি টার্গেট লেঙ্গোইজ অনিগী অলংকারশিং ট্রান্সলেসন তৌবদা য়াম্না লুই। করিগুম্বদা অর্থ হন্দোকপা ঙমদে।

(৩) ছন্দগী ফিভমশিং অনিমক্তা হেন্না লুই।

(৪) শৈরেং হন্দোক্লিবা কবিনা মশাগী ব্যক্তিত্ব অদু মূলরচনা (Original) অমদি অনুবাদ (Translation) অনিগী মরক্তা অপনবা অথিংবা পিবসু ঙমদে।

(৫) শৈরেংগী অর্থ রচনা অমদি ফোঙদোকপদা অরুবা কয়া লৈবনা ট্রান্সলেসন তৌবা ঙমদে, ঙম্লবসু ৱাংলি।

(৬) থোইদোকপা শৈরেংগী ট্রান্সলেসনদি থোইদোক হেন্দোকপা মগুন চেনবা অনুবাদক ওইবা তাই।

(৭) লোন অমগী শৈরেং ইবা মতমদা অর্থ ফোংদোকপা অমদি ইথিলনচিংবসি লোন মশামক্তা পিবদি য়াই, অতোপ্পা লোন্দদি য়াদে।

সাহিত্যকার অমগী মথৌদি মহাক্না ইগদৌরিবা সাহিত্যগী খুৎই অদুগী দমক ৱাহৈশিং নীংথিনা খন্দোকই। কবিনা কবিতা ইথোকপা মতমদসু অমুক্তা হেন্না ৱাহৈশিংবু নৈনৈ। কবিনা শিজিন্নরিবা ৱাহৈদু অভিধানদা য়াওরিবা ৱাহৈ নত্রগা মীয়াম্না শিজিন্নবিবা ৱাহৈদা নত্তনা ধ্বনিনা থোকহনবা অর্থ শিজিন্নরিবনি। ধ্বনি অমদি অর্থ অনিনা মরী লৈনহল্লগা শেম্লকপা ৱাহৈশিংনা মগুন হেনগৎহল্লি। মসিনা ইরিবা শৈবেংদু মথ্বায় হাপ্লিবনি। হিন্দী শৈরেং অমদা 'বিজলী হায়বা ৱাহৈসি শীজিন্নবা থেংনৈ, মসিগী ধ্বনিসি মঙাল (তেজী) অরংবা অথকপা (তরলতা) হায়না অর্থ খঙহল্লি। অংগ্রেজীদদি Thunder নত্রগা Thunder bolt ৱাহৈশিং শিজিন্নরবদি নোংখাকপা, খোংবা (কড়ক) শিজিন্নবা তারকই। ঐখোয়না lightning হায়না শিজিন্নরবদি অকনবা মঙাল মিৎথকপা (চকাচৌন্ধ) ওইগনি। কবিতাগী লোন্দা 'বিজলী' হায়বসি চান্নবা ৱাহৈ লৈতবনিনা ইচম চম্বা ৱাহৈ ওইনা শীজিন্নবা তারকই। ট্রান্সলেসন তৌবা মতমদা শীজিন্নদবা অমাদি হাপচিনবা (Omission/Commision) হায়বসি দরকারনি।

লোন অমগী শীজিন্নরিবা ৱাহৈগী অর্থ অসি (Meaning image) লৈজে। মসি লোন অদুবু ঙাংলিবা মফমগী কলচর (সংস্কৃতি), জোগ্রাফি (ভুগোল) সোসাইটিগা

(সমাজ) মরী লৈনবননি। ইংরাজী কবি অমনা স্প্রিং (Spring) হায়বা ৱাহৈ শীজিন্নবদা ইংলেন্দগী স্প্রিংগবু খঙনৈ, ভারতকী 'বসন্ত' হায়বসিনা ভারত মনুংদগী ওইবা মমি ওইনা খঙনগনি। রুস লৈবাক্কী নিংথমথাগা মণিপুরগী নিংথমথাগা মান্নদে। কবিতাদা শিজিন্নরিবা ৱাহৈশিংগী অতোপ্পা লোনদা অর্থ শিজিন্নরবসু তোঙানবা সংস্কৃতি ওইগনি।

শৈরেংগী লোন্দা অলংকার হায়বসি য়াম্না তোয়না শিজিন্নে। লোল অমগী অলংকার অদু অতোপ্পা লোন অমা শিজিন্নদুনা অর্থ পিবদসু য়াম্না লুবসু থেংনৈ, করিগুম্বদসু অর্থ পিবসু শুকঙম ঙমদবা য়াওরকই। অর্থালংকারগী উপমানশিং মান্নদবশিংনা মরম ওইরক্তুনা অনুবাদ তৌবা য়ারক্তে। মহাক মক্কু গুমই' হায়বদা হিন্দী লোন্দদি 'অপংবা লৌনৈ, ইংরাজিদদি অশিংবা 'মক্কু' ওইনা শিজিন্নে। হিন্দী লোন্দা শিজিন্নরিবা অনুপ্রাস (alliteration) য়াওবা "কনক কনক তে সৌগুনী হায়ব অনুবাদ তৌবা লুই। অহানবগী কনক 'সনা' অনিশুবগী কনক 'ধতুরা' (সঙ্গোই হিদাক) হায়না অর্থ থোক্লি। হিন্দীগী শৈরেং অমা ঐখোয়না অসুম্না নৈনবা য়াই।

রহিমন পানী রখিয়ে, বিনু পানী সব সূন।

পানী গয়ে ন উবরে, মোতী মানুস চূন।। মফমসিদা 'পানী হায়বগী অর্থ অহুম 'চমক' (লংবা) 'ইজ্জত' 'পানী' (ঈশিং) ফংলি।

শৈরেং হায়বসি ছন্দ য়াওরি, ছন্দগী খোঙচৎ (গতি) লৈরি। ভারতকী লোনশিংদা ছন্দ অমগী মখল, ফারসীদদি ছন্দ মখল অনি, য়ুরোপকি লোনশিংদনা ছন্দগী মখল অহুম ফংলি। মসিনা ট্রান্সলেটরনা সোর্স লেঙ্গোইজগী ছন্দ নত্রগা টার্গেট লেঙ্গোইজগী ছন্দদা অর্থ হন্দোক্কদ্রা হায়না চম্মনবা পোকহন্দবা নত্তে।

শৈরেংবু হন্দোকপা হায়বসি কবি অয়াম্বনা পাংথোক্লে। ট্রান্সলেটরনা ওরিজিনেল শৈরেংবু মপুক্লিংদা খুদুম চলশিল্লগা অমুক হয়া ইথোকই। সাহিত্যগী অতোপ্পা বিধাশিং উপন্যাস, ৱারীমচা, নাটকনচিংবা ট্রান্সলেটর কয়ানা অর্থ হন্দোকপদসু খেন্নবা কয়া থেংনদে। অদুবু শৈরেংদদি অনুবাদক কয়ানা হন্দোকপগী মতাংদা তোঙান্না খেন্নবশিং থেংনগনি। মসিনা তাক্লিবদি ট্রান্সলেটর খুদিংমক মান্নবা শৈরেং অমবু হন্দোকপা মতমদা মহাক মহাক্লা অপাম্বা মওংদা অনুবাদ তৌরি। ফিটসজরেলগী ওমর খৈয়ামগী রুবাই অমদা তোঙান তোঙানবা হিন্দী ট্রান্সলেটরশিংগী খুৎহম্বোক অসুম্না নৈনরি:

আমদ সহরে নিদা জে. ময়খান এ-মা,<br>কে রিন্দ-এ-মা খ.রাবাতী ৱ দীবান এ-মা।

বরখে.জ কি পুরকুনেম পৈমানা জে ময়,
জাঁ পেশ কি পুরকুনন্দ পৈমান এ-মা।

**অর্থঃ** অয়ুক ওইরকপদা য়ুয়োনফমদগী মপাউ লাকখি মদুদি য়ুথক্লিবা ঐগী অঙাওবা হৌগৎলো য়ুগী পাত্র থন্না লৌরো। মাংজৌননা ঐখোয়গী হকচাংনা ওইবা লৈপাক্লা শাবা পাত্রদু থন্না থকউ হায়বদি ঐখোয় শিরসি। ওমর খৈয়াম

"Dreaming when Dawn's left hand was in the sky
I heard a voice within the tavern sky,
"A wake, my little ones and fill the cup
Before life's LIquor in its cup be dry".
Fitz gerald (Rubaiyat of Omar Khyyam. 2)

খোলকর মদিরালয়কা দ্বার
প্রাত হী কোই উথা পুকার
মুগ্ধ শ্রবনোংমে মধু বর ঘোল,
জাগ উন্মদ মদিরাকে ছাত্র!
ধুলকর যৌবন মধু অনমোল
শেষ রহ্ জায়ে, নহীং মৃদু মাত্র,
ধাল জীবন মদিরা জী খোল
লবালব ভর লে উরকা পাত্র

*- সুমিত্রা নন্দন পন্ট (মধুজ্বাল ২)*

বাম-কনক-করনে উষাকে
জব পহ্লা প্রকাশ ডালা
সুনা স্বপ্নমে মৈনে সহ্সা
গৃংজ উথী যোং মধুশালা
উথো উথো, ও মেরে বচ্চো,
পাত্র ভরো, ন বিলম্ব করো
সৃখ ন জাবে জীবন হালা,
রহ্ জাবে রীতা প্যালা।

*-মৈথিলীশরন গুপ্ত (রুবাইয়াত ওমর খৈয়াম ২)*

উষানে লে অঙ্গডাই হাথ
দিয়ে জব নভকী ওর পসার,
স্বপ্নমে মদিরালয়কে বীচ
সুনী তব মৈনে এক পুকার

'উথো, মেরে শিশুও নাদান,
বুঝা লো পী-পী মদিরা ভূখ,
নহীং তো তন প্যালীকী শ্রীদ্ধ
জায়েগী জীবন মদিরা সূখ।'

*- বচ্চন (খৈয়ামকী মধুশালা, ২)*

পৌ ফতটে হী মধুশালামে, গুংজা শব্দ নিরালা এক,
মধুবালাসে হংস হংসকর যোং কহতা থা মতৱালা এক
স্বাংগ বহুত হৈ রাত রহী পর থোড়ী, ধালো ধালো শ্রীদ্ধ
জীবন ধল জানেকে পহলে ধালী মধুকা প্যালা এক।

*- রঘুবংশ লালগুপ্ত (ওমর খৈয়ামকী রুবহিয়াং, ২)*

অঙ্গড়াতা থা অরুন খড়া, জব বডা বাম কর অম্বরমে
মুঝে, সুন পড়া স্বপ্ন রাজ্যমে তব যহ স্বর মদিবা ঘরমে
ব্যর্থ সৃখনেকে পহলে হী জীবন প্যালী মে ডালা
জাগ জাগ, অয মেরে শিশু-দল, ধাল-ধাল মধুকী প্যালা

*-(কেশবপ্রসাদ পাঠক রুবাইয়াত ওমব খৈয়াম, ২)*

And when like her oh, Saki, you shall pass
Among the guests star scatter'd the grass.
And in your Joyous err and reach the spot
where I made one turn down an empty glass!
Fitz ge rald (Rubaiyat of omar Khyyam-101)

অদুগনে, হে সাকি, (যু য়েনবা) মাগী মতৌগুম নঙনসু চৎথ্রবদা
পাক শন্না লৈরিবা থৱান অতিথি ময়ামগী মরক্তুদা
অদুগা য়ৌখিনি ঐসু মফমদুদা নুংঙাইরবা নপাউদু পুদুনা
ওইরুনি ঐসু অদুমক অহাঙবা গ্লাস উপথোক্লবদো!

*- ভবন্দ্রে লোংজাম্বা -ওমর খয়য়ামগী রুবাইয়াৎ-১০১*

শৈরেং হায়বসি অপানন খংথ্রবা (অনুভূতি) অমনি। অশেংবা অনুভূতিদি অনুবাদ তৌবসু ওইথোক্তে। অফবা অনুবাদক অমনা তৌগদৌরিবা অনুবাদ অদু সোর্স লেঙ্গোইজ অদুগা য়ারিবমখৈ নকশিন্ননা মান্ননা তৌবসু দরকারনি। শৈরেং হন্দোকপনা ৱারেং হন্দোকপদগী হেন্না লুই, খুদোংচাদে।

শৈরেং হন্দোকপা মতমদা ব্যাখা (শন্দোকপা); টীকা, রুপান্তরন, ছায়া (মমি image) প্রতিধ্বনি (খোন্থাং), ভাষান্তরন (অতোপ্পা) লোন্দা হন্দোকপা অসিনচিংবা চংই। ডচ বিদ্বান জেম্স হোল্মসগী (James Holmes- The Nature of translation, The Hague, 1970), Page 92 মতুংইন্না অনুবাদ হায়বসি ব্যাখা তৌববুনি; শৈরেংগী অনুবাদ অতোপ্পা লোন্দা হন্দোকপা য়াই। শৈরেং হায়বসি মশাগী মওং অমা লৈজবনি অতোপ্পা লোন্দা লৈরিবা ৱাহৈশিং শিজিন্নবনিনা হান্নগী ফজবা শরুকশিং মাংলকই। মরম অসিনা শৈরেংগী অনুবাদ তৌবা মতমদা ভাবানুবাদ (Sense for sense) হায়বসি নৌনা শীজিন্নবা চংলি। হিন্দীগী মমিং লৈরবা বচ্চনগী শৈরেংশিংদগী হন্দোক্লবা শৈরেং কয়ানা মায়পাক্লি হায়বা য়াই। বচ্চননা মাগী 'ওমর খৈয়ামগী রুবাইয়াত' হায়বসিগী ৱাহৌদোক্তা অসম্না ফোঙদোক্লি। "ইশাগী অনুবাদ অসিদা ঐনা শুপ্পা হায়জরি মদুদি ঐহাক শব্দানুবাদ শীজিন্নদনা ভাবানুবাদ বোমদা হেন্না মকওইনা পীজরি।" শ্রী অরবিন্দগী মতুংইন্নদি শৈরেংগী অনুবাদগী মথৌদি হন্দোক্কদৌরিবা ৱাহৈশিংদুগা লোয়ননা মমি, শৈরেং ফজনবা অমদি লোন্দা পুদা নীংথিনা শেম্বনি।রবীন্দ্রনাথ তেগোরগী গীতাঞ্জলী অনুবাদতা মুক্তক ছন্দ (Free verse) শীজিন্নরি। মমিং লৈরবা ভাবতকী অনুবাদক প্রভাকর মাচৱেগী মীয়েংদদি হন্দোক্কদৌরিবা শৈরেংগী লোন্দাগা য়ারিবমখৈ নকশিন্ননা চৈখৈ, সেমিকোলোন, পান্থৈ পাউরোনচিংবসু অনুবাদ তৌবা অফবা খোঙথাংনি হায়না ফোঙদোকখি।

শৈরেংগী অর্থ অদু হন্দোক্কদৌরিবা লোন (TL) অদুদা থম্মোইশেংনা ট্রান্সলেসন তৌবা চংই। শৈরেংগী মওং অমদি য়াওরিবা পোৎ তোঙান তোঙানবা নত্তে। মগী মনুংদা মগুন তোইনা, মিতর রাইম অমদি ফিগর ওফ স্পীচনচিংবা য়াওরি, শৈরেংগী অর্থদগীসু থোইদোক্না লুরবা মচাকশিংনি। শৈরেংদদি ৱাহৈনা পিরিবা অর্থ অদুগী মথক্তা মনুংগী অর্থ ফোঙদোকপা ঙম্বা, কলচবেল মিনিং অমদি ষ্টাইলশিং য়াওরি। ট্রান্সলেটরনা টার্গেট লেঙ্গোইজগী মনুংদা অরুবা ৱাহৈশিংসু থেংনদবা নত্তে। ট্রান্সলেসন তৌবা ঙমদ্রবা ৱাহৈ-ৱাতাশিং থেংনবা মতমদা হন্দোকলিবনা অৱাবা কয়া থেংনবা তারকই। অদুবু শৈরেং হন্দোকপা হায়বসি অরিবা মতমদগী হৌনা মতমচুপ্পদা ট্রান্সলেসন পাংথোকনরক্লি; তৌবতবু সোর্স লেঙ্গোইজগী মগুনগা মান্ননা টেক্স লেঙ্গোইজদা হন্দোকপদি খরা ৱাৎলি হায়বা য়াই। শৈরেংগী অনুবাদ অসি অহানবদা শৈরেংদা য়ারিবমখৈ হন্দোক্লবা হোৎনবা চংই। অদুবু হন্দোকপদা খুদোংচাদবশিং থোক্লক্লবদি মুক্তক ছন্দদা (Free verse) হন্দোক্কনি। মদিসু খুদোংচাদ্রবদি ৱারেংদা হন্দোকপা চৎথবা তাই। ইচম চম্বা শৈরেংগী

অশাংবা অমদি পরেংশিংগী খুজিল থৌরাংগী শিন্দোক শিজিন তৌবগী মওং অসি য়াম্না মরু ওইরি। Alan Maley অমদি Allan Duff না মখোয়গী শৈরেং লাইরিক "The inward Ear" হায়বসিদা অসুম্না ফোঙদোক্লি "A poem becomes a poem by being called a poem and by being set out typographically in a certain way".

"I no longer Know
Who
or what
I am
or perhaps
I know it
only too well
The pain swells
to a crescendo
pain that has nothing to do
With the severed breast"

মথক্কী শৈরেং অসি ব্লারেংদা হন্দোক্কুনা ইথোক্লি:

"I no longer know who or what I am or perhaps
I know it only too well.
The pain swells to a crescendo pain that has
nothing to do with the severed breast".

## ট্রান্সলেটরগী (অনুবাদ - হন্দোকলোয়) থোইদোকপা গুনশিং:

**ট্রান্সলেটর হায়বসিগী মখল মঙা থোক্লা খায়দোক্কুনা নৈনবা য়াই:**

১। থোইদোক হেন্দোকপা হন্দোকলোয় (Excellent, উতকৃষ্ট)
২। অফবা হন্দোকলোয় (Good, উত্তম অফবা)
৩। খরা ফরবা হন্দোকলোয় (Some good, ময়াই ওইরপ তৌবা ঔসত)
৪। হন্থরবা হন্দোকলোয় (Below, ঘটিয়া)
৫। কান্নদ্রবা হন্দোকলোয় (Meaningless নিকৃষ্ট)

অফবা ট্রান্সলেসন কদায়বু কৌবগে হায়বসিগী মতাংদ পণ্ডিতশিংগী তোঙান তোঙানবা মতশিং লৈরি। অদুবু ইটালি স্কোলার অমগী মীৎয়েংদা অনুবাদকি মরমদা

অসুম্না ফোঙদোকখি:

Translation is like a wife if beautiful not faithful, if faithful not beautiful.

ফজবী নুপী হায়বসি পুকচেল শেংদে, পুকচেল শেংলবসু ফজবী নুপী ওইদে। ভারতকি নুপীশিংদি মশকসু ফজে, পুকচেলসু শেংই। মথক্কী ৱাহৈ অসিদী নোংচুপলোমগী কলচরগী শক্তম উৎপনি। অনুবাদ তৌরবা খুৎই অমদা নুংঙাইতবা পোল্লবদি সোর্স লেঙ্গোইজ (মূল পাঠ) অদুগী মফমদা পুকচেল শেংদ্রে অদুগা পুকচেল শেংনা অনুবাদ তৌরবদি নুংঙাইতবসু পোল্লরোই। মরমদি সোর্স লেঙ্গোইজ (SL) অমদি টেক্স লেঙ্গোইজ (TL) অনিগী ফোঙদোকপদা তোঙান তোঙানবা শৈলী কয়া (Styles) লৈরি।

অনুবাদকি খুৎই অমবু অফবনি লৌনবগী মতাংদা ঐখোয়না মখাদা অসুম্না নৈনফম থোক্লি:

১) মূল পাঠ (স্রোত ভাষা SL) অমদা য়াওরিবশিং অদুগী মপুং ফানা ফোঙদোক্তুনা হন্দোক্লিবা লোল (লক্ষ্য ভাষা- TL) অদুদা ট্রান্সলেসন তৌনবা হোৎনবা চংই।

২) অনুবাদ তৌরমদাইদা পাগদৌরিবা পাঠক অদুগী মতাংদা য়েংদুনা অনুবাদ তৌবা তঙাইফদে। খুদম ওইনা লৌমীশিংগীদমক মরী লৈনবা ৱাফম খঙহন্নবগীদমক লাইরিক লাইশুগী ফিভম য়েংনা অনুবাদ তৌবিগদবনি।

৩) তশেংনা ফোঙদোক্তুনা অনুবাদ তৌবা তাই। অরুবা অর্থ অনিথোকপা ৱাহৈ-ৱাতা শিজিন্নরোইদবনি।

৪) অফবা অনুবাদ হায়বসি অনৌবা থৱায় অমা পিবনি। পারিবনা খঙলোইদৌবা ৱাহৈ পরেং শিজিন্নরোইদবনি। অনুবাদ হায়বসি য়ুবীগী মকু লৌথোকখ্রগা মনুংগী শরুক্তা য়াওরিবা অথোৎপা শরুক চাবগুম্বনি।

৫) অনুবাদকি খুৎই পাবা লোয়বগা মূল পাঠগী (Original Language) খুৎই অমুক হন্না পানিংবা পোকহল্লোইদবনি।

৬) অফবা অনুবাদ অমদা নুংঙাইতবা ৱাহং-ৱাতা থেংনবশিংদু অর্থ থোকপা অচম্বা লোন্দা হন্দোক্কদবনি।

৭) হন্দোক্লিবা লোলদা (Text Language) য়ারিবমখৈ নকশিন্ননা ফজনা অনুবাদ তৌগদবনি।

৮) অফবা অনুবাদ হায়বসি মফম মতম অমদি বিষয়গী মতুং ইল্লি। মুগল মতমগী নুংশি নুংঙোলগী সাহিত্যগী খুৎই অমা হিন্দীদা হন্দোকপদা উর্দূ ৱাহৈশিংদু থোৎনা নৌনা ইথোকপা দরকার ওইরি।

৯) অনুবাদ তৌবদা ৱাহৈনা ৱাহৈদা (word for word) তৌদবা ফৈ। ভাবনা ভাবতা (sense for sense) ওইনা অনুবাদ তৌগদবনি।

১০) হন্দোক্কদৌরিবা খুৎইশিংদা ইচম চম্বা ৱাহৈ পরেং শিজিন্নগনি। মূল পাঠতা থেংনরিবা ৱাহৈ পরেংশিং অচম্বা ৱাহৈপরেংদা শেমদোক্লুনা অনুবাদ তৌগনি। মরমদি অনুবাদ হায়বসি তুরেল অনিগী ঈতিনফমনি।

**ট্রান্সলেটর অমদা লৈগদবা মগুনশিং:**

ট্রান্সলেটর অমনা অইবা অমদগী থোইদোক্লা হেনবা গুন লৈজরবসু মহাক অসি মূল লেখক হায়বসিদগী হন্থনা নেম্না সাহিত্যগী ফিদাগী মখাদা লৈ হায়না লৌনরি। ঐখোয়না অফবা মগুন লৈরবা অনুবাদক অমগী মতাংদা অসুম্না নৈনবা য়াই:

১) সোর্স লেঙ্গ্বেইজ (স্রোত ভাষা হন্দোক্কদৌরিবা লোলদুগী) জ্ঞান নিংথীনা লৈবা।

২) টেক্স লেঙ্গোইজ (লক্ষ্য ভাষা - হন্দোক্লিবা লোলদুগী) জ্ঞান মপুং ফানা লৈবা।

৩) অনুবাদক অদুনা হন্দোক্কদৌরিবা শিনফমগী বিষয়দুগী জ্ঞান মপুং ফানা লৈবা

**ট্রান্সলেটর (অনুবাদক, হন্দোকলোয়) অমগী মগুনশিং:**

১) লক্ষ্য ভাষা (TL) অমদি স্রোত ভাষা (SL) অনিমক্তা অধিকার

**খুদম** - লোল অনিমক্কী অর্থ, মুহাবরে, প্রকৃতি, দাইলেকনচিংবা খঙবা।

২) লোল অনিমক্কী (SL অমদি TL) সংস্কৃতি (culture) খঙবা

খুদম অঙাং উন্নবা হায়বসি ইংরাজীদা Labour Pain হায়বসিগী হিন্দীদা পরিশ্রমজন্য পীড়া হায়না খঙনববসু অংগ্রেজী সমাজদদি প্রসবপীড়া ওইনা লৌনৈ। good morning বু নমস্কার, প্রনাম, নমস্তে হায়না ভারত্তদি খঙনরি।

৩) বিষয় (Subject) হায়বসিগী নীংথিবা জ্ঞান: ইংরাজী ৱাহৈ Post হায়বসিগী অর্থ তোঙান তোঙান্না শীজিন্নৈ।

| | |
|---|---|
| বেঙ্ক | - থমজিনবা (Entry) |
| ইচম চম্বা | - ডাক, চিঠি থাদবা |
| ডিগ্রী | - পোষ্ট গ্রেজুয়েট (স্নাতকোত্তর) - বি, এ, মথক |
| ৱাহৈ মমাং | - উপসর্গ (Prefix) - Post Dated তারিখ মতুং |
| ৱাহৈ মতুং | - Lamp Post |
| পুলিস | - Check Post |

৪) পারিভাষিক শব্দাবলীগী (Technical terminology) জ্ঞান pass book has been posted হায়বসিগী অর্থ পাস বুক্তা ইশিনখ্রে চংহনখ্রে হায়বনি, পাস বুক অদু ডাকতা থাখ্রে হায়বা নত্তে।

**৫) ব্রাহৈগী শিজিন্নবা অমদি দিক্সনরি খঙবা:**

অনুবাদক অমনা দিক্সনরি য়েংবগী হৈনবী লৈগনি, সোর্স লেঙ্গোইজ অমদি টেক্স লেঙ্গোইজ অনিমক্কী দিক্সনরি (লোনগৈ) থম্বা মীশক ওইগদবনি।

**৬) পুক্নীং চঙবা:**

অনুবাদক অমগী মগুনদি পুক্নীং চপ য়ুংনা থাজনা লৈবা মীশক অমা ওইবসিনি। মহাক্কা হোৎনরিবদু থাদোকলোইদবনি, অরুবা ব্রাহৈশিং থেংনবদা হেন্না ময়েক মাংহনবা অনুবাদ তৌরবদি মপুং ফাদবা, মথ্বায় পান্দবা অনুবাদ ওইরক্কনি।

**৭) পুক্নীংনা অপাম্বা, নুংশিবা পোকপা:**

অনুবাদক্কী মফমদা থোইদোকপা মথৌদি অনুবাদপু পামজবা, নুংশিজবা হায়বসিনি। ব্রাখল অসি লৈতবা মীশক্কা মপুং ফাবা অনুবাদক ওইবা ঙমদে।

**৮) হৈশিংলবা মপুং ফারবা অনুবাদক:**

অনৌবা থৌওইদবা হাথু হাথুবা লমচৎ ওইবা মীশক্কা অনুবাদক ওইফদে। মহাক মশামক লোল অনিগী মপু ওইরবসু প্রুফরীডিং (proof reading) তৌদবা অনুবাদক ওইরোইদবনি। অরানবা অনুবাদনা মতুংদা অমাংবা কয়া লাক্কদবদু দায়ত্ব খঙদবা অনুবাদক্কা থোকহল্লি। অদুনা অফবা অনুবাদক হায়বসি হৈ শিংবা থাজনিংঙাই ওইবা মীশক ওইগদবনি।

**৮) মীওইবা সমাজগী ফন্নবা খনবা অনুবাদক:**

অনুবাদক্কী মগুনদি মহাক্কা হকথেংননা থেংনরিবদী সমাজনি। মহাক লোল অনিসু খঙবা মীশক ওইদুনা পুন্সি পুনশিনবগী শক্তি লৈরবনি, অদুনা অনুবাদক্কী মথৌদি পুনশিনবনি, তোখায় তাবা নত্তে। মহাক্কী মথৌদি লৈবাক অসিবু অমত্ত ওইনা পুনশিন্দুনা শেমগৎপনি, থুগায়নবা নত্তে। মীওইবা সমাজবু শেমগৎপনি।

**৯) অতোপ্পা অইবগী খুৎইদা হৈশিংনা চঙশিল্লুবা ওইনা:**

অনুবাদ হায়বসিগী থবক্তি অতোপ্পা মীশক্কা তৌরম্বা মথৌদা চঙশিল্লুবনি। অনুবাদক্কা মূল লেখক্কী (original writer) পুক্নীং কোক্তা চঙলুরগা অইবগা লোয়ননা

অমত্ত ওইমিন্নবনি। থেংগাইমিন্নবনি। মরম অসিনা অনুবাদক্লা অইবগী খুৎইবু হৈশিংনা অনুবাদ তৌবা তাই।

**১০) অনুবাদক্কী মীৎয়েং:**

অনুবাদক অমদি পাগদৌরিবা পাঠকশিংগী মরক্তা থাদোক্লুবা য়াদ্রবা মরী কয়া লৈরি। পাঠকশিংশু মখল কয়া থোক্লা লৈরি। অনুবাদক্লা পারিবশিংগী ফিভমশিং নিংথীনা নৈনগদবনি।

**১১) ব্রাখল খনবা হৈবা অনুবাদক:**

অনুবাদক অমনা মূল পাঠপু অনুবাদ চৎথবদা লৌথোকপা (omission) নত্রগা হাপচিনবা (commission) হায়বসি টেক্স লেঙ্গোইজ অদুদা চংই। মসিগীদমক হৈশিংবা অনুবাদক ওইবা তায়।

**১২) মূল পাঠকি মফমদা পূক্লীং চঙবা:**

অনুবাদক খরনা ওরিজিনেল লোল অদু খন্দনা মনিং তম্লা অনুবাদ তৌবসু য়াওই। অদুবু অনুবাদক্লা য়ারিবমখৈ নকশিন্না মূলপাঠকা চৎমিন্নবা ফৈ।

**১৩) তোয়না হোৎনবা:**

অনুবাদ কলা অমনি মসি শিল্প (technique) লৈজৈ। অদুনা তোয়না হোৎনবা অমদি ট্রেনিং তৌবা চংই। অনুবাদকী অখঙ-অহৈশিংগী মফমদগী তম্বা, নৈনবা দরকার ওই।

১৪) অনুবাদক অমনা ময়েক ইবা অমদি ময়েক হন্দোকপা (লিপাং তরন-Transliteration) হায়বসিদা হৈশিংবা চংই।

অরোইবদা মায় পাক্লুবা সাহিত্যকার অমনা অনুবাদক ওইরকই হায়নবসু ঐখোয়না থেংনদবা নত্তে। অদুগা মায়পাক্লুবা সাহিত্যকার অমনা আলোচক (critic) ওই হায়বগী ব্রাফম থেংনরি। ঐখোয়না মখাদা নৈনবা য়াবা ব্রাফমশিং অসুম্না থমলি:

১) অইবা খরনা সাহিত্যগী খুৎইদা মায়পাক্লুবসু অনুবাদ তৌবদা মায় পাকই।

২) অইবা খরনা সাহিত্যগী খুৎইদসু অনুবাদ তৌবদসু মায় পাকই।

৩) অইবা খরনা সাহিত্য অমদি অনুবাদ অনিমক্তা মায় পাক্তে।

৪) অইবা খরনা সাহিত্যগী খুৎইদা মায় পাক্লবসু অনুবাদ তৌবদা মায় পাক্তে।

# টোমাস ষ্টার্নস ইলিয়টঃ ব্রাহৌদোক

## টি, এস, ইলিয়ট (ইং ১৮৮৮ -১৯৬৫): শমলপ্পা পন্সি ব্রারী

টি, এস, ইলিয়ট ইং ১৮৮৮গী সেপ্তেম্বর ২৬ তা ইউ, এস, এগী মিসৌরিদা লৈবা সেন্ট লুইসতা (ইন্দষ্ট্রি সেন্টর) পোকখি। ইং ১৬৬৬ দা মাবু পোকপা মপাবুং অমদি অহল-লমনশিংনা ইংলেন্দগী সোমরসেটশায়ারগী ইষ্টকুকরদগী (ইলিয়টকি ফোর ক্বার্টেটস, ১৯৪৩ দা পল্লিবা শৈরেং) আমেরিকাদা হোংলক্লুনা খুন্দাখি। ইলিয়টকি মপা মপুশিংগী শিনফমদি লল্লোনবা ওইরক্লুনা নিউ ইংলেন্দগী বোষ্টোন্দা নুংঙাই য়াইফনা হললকখি। মাগী মবুবোক্লা ইউ, এস, এগী মিসৌরিদা লৈবা সেন্ট লুইসতা ইউনিটারিয়ান চর্চ অমা লিংখৎখি। মাগী মবুবোক অসি লাইরিক লাইশুদা থরায় য়াওবা মীশক অমা ওইনা ধর্মগী মরমদা খুৎই কয়া মরুম ইরমখি, সেন্ট লুইসতা ব্রাশিংটন ইউনিভর্সিটি লিংখৎখি। মাবু পোকপা হেনরী ইলিয়ট হায়বসি চর্চকি হীরমদা পুক্লিং চঙদবা চেক লল্লোনবগী শিনফমদা মমিং লৈবা মীওই অমা ওইনা সেন্ট লুইসতা খঙনখি। ইলিযটকি মমা চারলোট ষ্টিয়ারনস (বোষ্টোন্দগী) হায়বি অসি সামাজিক সেবিকা অমদি অইবী অমা ওইরম্মী। ইলিয়টকি মবুবোক অমদি মমাগী মফমদগী তুংগী অইবা অমা ওইনবগী থোইদোক হোন্দাকপা গুনশিং লৌখি। মপাবুং হেনরী ইলিয়টকী ইথিলনা লল্লোনবা ওইনবগী শিনফম মরুওইনা পব্লিসিং ফার্ম অমগী মকোক ওইরকখি।

**স্কুলঃ** অঙাং ওইরিঙৈদা ইলিয়টনা সেন্ট লুইসগী ডে স্কুল অমদা ইহান হান্না লাইরিক তমখি। মফম অসিদা মহাক্লা ইং ১৯০৫ ফাওবা লাইরিক তমখিরম্মী। মহাক্লা হার্ভার্ড ইউনিভর্সিটিদা মহৈ তমদুনা ইং ১৯০৬-১০ ফাওবা লৈদুনা লোন অমসুং সাহিত্য ক্লাসিক্স, জর্মন, ফ্রেন্স অমদি অংগ্রেজী সাহিত্যনচিংবা নৈনখি। মহাক্লা থোইদোক্লা পামজদুনা নৈনখিবদি কম্পরেতিব সাহিত্যনি। মঙোন্দা অচৌবা ইথিল পীখিবসি ইর্ভিং বাব্বিট, পাল ঈলমোর মূর, জর্জ্জ সনটায়ানা, এফ, ঐইচ ব্রেডলি মমিং পনবা য়াই। মখোয়না মঙোন্দা ভারতকি ধর্ম অমদি ফিলোসোফি নৈনহনখি। মহাক্লা অর্থর সিমনগী লাইরিক দি সিম্বোলিষ্ট মুভমেন্ত ইন লিতরেচর হায়বসি ইংদগী ১৯০৮ চহীচুপ্পা পাদুনা নৈনখি। মসিনা মাগী মফমদা শৈরেং নৈনবদা ফ্রেন্স সিম্বোলিষ্টশিংগী মরুওইনা লাফোরগগী মরমদা হেন্না নৈনবা পামখি। ইং ১৯২০ দা ইলিয়টনা হার্ভার্দতগী গ্রেজুয়ট পাস তৌরগা ইং ১৯১১ দা পেরিসকী বাভারিয়া, জর্মনীদা চত্তুনা অইবশিংগা শকখঙনখি।

মহাক য়াম্না মীরক মীচম্থী ওইবা মীশক্লি, মসিবু কোক্লবগীদমক মশানা বোক্কীং তমখিরম্মী। ইং ১৯১৩ দা মহাকপু হার্ভার্দ ফিলোসোফিকেল ক্লবকি প্রসিডেন্ট ওইনা খনখি।

**ইংলেন্দা খুন্দাবা অমদি লুহোংবা:**

পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাউ (ইং ১৯১৪ -১৯১৮) হৌরকপদা মহাক্লা জর্মন থাদোক্লম্লগা ইংলেন্দা লাক্লগা ওক্সফোর্ডদা ইং ১৯১৫ ফাওবা লৈখি। শেলথুমগী অৱাবা ফিবম্না মহাক স্কুল অমগী ওজা ওইখি। ইংলেন্দা লৈনা মাগী থেসিস ফেলোসোফি ওফ ব্রেদলি হার্ভার্দতা থাগৎখিবদু অমুক হন্না দ্রিগী লৌবা চৎখিদে। ইং ১৯১৪ দা মহাক্লা লন্দনদা এজরা পাউন্দগা শকখঙনখি। কলাকার অমগী মচানুপী অংগ্রেজী নুপীমচা ভিভিএন্নী হেগউদ কৌবি অমগা লুহোংখি। মহাক আমেরিকাদা পোকচববসু ইংলেন্দগী নেচরেলাইজ সিতিজন অমা ওইখি।

**জর্নেলিজম অমদি কবি অমগী শক্তম:**

ইং ১৯১৭ তা মহাক্লা স্কুল অমদা তম্বীবগী শিনফম থাদোকখি। লোয়ড্স বেঙ্ক (Lloyds Bank) কৌবা অমদা ইং ১৯২৬ ফাওবা থবক তৌখি। মতম অসিগী মনুংদা মহাক্লা লাহবিক কয়াসু ইবা হৌবকখি। মহাক্লা ইউ, এস, নেভীদা চঙনিংদুনা মিং চনখি, অদুবু মশাগী হকচাং ফত্তবনা নেভীদা চঙবা য়াখিদে। মহাক্লা দি ইগোইষ্ট কৌবা জর্নেল অমগী ইং ১৯১৭-১৯১৯ ফাওবা এষ্টিটেন্ট ইদিটর ওইখি। ইং ১৯১৯ দসু ক্রাইতেরিওন চেফোঙ অমগী ইদিটর অমা ওইনা পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাউ হৌরকফাওবা ওইখি। ইং ১৯২৫ দা ফেবর কৌবা পব্লিসিং ফার্ম অমগী ডাইরেক্তর ওইদুনা মহাক্কী পুন্সি লোইরমদাই ফাওবা পুখি। মহাক্লা মতম অসিদা শৈরেংগী লাইরিক কয়া ইখিদুনা মিংচৎ হেনগৎখি। মাগী শৈরেং দি ৱেষ্ট ল্যান্দ হায়বসি ইং ১৯২২ দা ফোঙলকপদগী অংগেজী সাহিত্যদা মিংচৎ হেন্না শকখঙনরকখি।

**এংগ্লো ক্যাথোলিক চর্চতা মিংচনবা**

ইলিয়ট মশামক ইং ১৯২৭ তা ব্রিটিশ সিটিজন অমা ওইখি। চহী অসিমকসিদা মহাক্লা ব্রিটিশ চর্চতা য়াওখি। মসিমক্লা মাগী মশাদা ধর্মগী শম্নরুবদা কবি ওইবগী পুন্সি ওইরকখি। মাগী দি জর্নি ওফ মাগী 'এস ৱেদস্সেদে' শৈরেং অনি অসি ধর্মগী ওইবা খুৎই ওইদুনা মাগী পুক্নিংগী অপাম্বা উৎলি। ইং ১৯৩৩ দা মহাক্লা হার্ভার্দতা ভিজিটিং প্রোফেসর ওইনা চত্তুনা লেকচর পীখি। মহাক্লা মীশিংবু খঙহন্নিংবা অমদি শম্নবা পামবদগী পোয়তিক ড্রামাশিং দি রোক, এ প্যাজন্ট প্লে, দি মর্দর ইন দি কেথেদ্রেল, দি ফেমিলি রিউনিয়ন, দি

কনফিদেন্সিয়ল ক্লর্ক, দি কোকটেল পার্টি, দি এলদর ষ্টেটসমেন্ত ইখি। ইং ১৯৩৫ গী মতুংদা মহাক্না ধর্মগী ওইবা খুৎই ইরম্লবসু মাগী থোইদোকপা শৈরেংদি 'দি ফোর ক্বার্টেটস' হায়বসিনি।

**মিংচৎ হেন্সৎপা:**

মহাক কবি অমা ওইনা মমিং চৎখি। মহাক্না ইউ, এস, এ দা তোয়না ভিজিটিং প্রোফেসর ওইনা চত্তুনা আটির্কল অমদি রচনাশিং ইখি। পৃথিবীনা শকখঙলবা মনা-মথুম ওর্দর ওফ মেরিট কয়া ফংবগা লোয়ননা ইং ১৯৪৮ দা সাহিত্যদা মাগী শৈরেং 'দি ৱেষ্ট ল্যান্দ, হায়বসিদা নোবেল প্রাইজ ফংখি। মাগী অহানবা নুপী ভিভি এন্নী হেগউদ ইং ১৯৩০দগী হৌনা ৱাখলগী লায়নানা নারকপদগী ইং ১৯৪৭ তা নোঙ্গাখি। ইং ১৯৫৭ তা মাগী প্রাইভেত সেক্রেতরী, মিস ভালেরি ফ্লেটচরগা লোয়ননা লৌন-লৈনখি। ইলিয়টনা ইং ১৯৬৪ দা হকচাং ঙমদবা হৌরকপদা মাগী অতোনবী নুপী অসিনা য়াম্না চেকশিন্না সেবা তৌখি । মহাক ইং ১৯৬৫গী জানুৱারী ৪ দা লন্দনদা তাইবংপান থাদোকখি। শতাব্দী তরাতরেৎ শুবদা মাগী মপুবোক এন্দ্রউ ইলিয়টনা আমেরিকাদা খুন্দাবা হৌবগী মফম ইষ্টকুকর (সোমরস্টে) হায়বসিদা মাগী ৱুৎ পুরক্তুনা পোৎলোইখি।

**টি, এস, ইলিয়টকী সাহিত্য:**

মাগী সাহিত্যগী খুৎইশিং ইবগী মতমসি চহী নিফুমঙা হেন্না চঙখি। মহাক্না শৈরেং, দ্রামা, সামাজিক রচনা কয়ামরুম ইখি, জর্নেলিজম অমদি ইডিটরগী শিনফমদসু মমিং চৎখিবা অইবা ওইখি। মহাক্কী শৈরেং ইবগী তাঙ্ককপু মতম মঙা **থোক্না খায়দোকপা য়াই: (ক) শৈরেং -**

(১) এলিয়েটকী জুবেনিলিয়া ১৯০৫-১৯০৯। মহাক অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ইবগী শিনফমদা হৈনবী অমা ওইনা হৌরকখি। সেন্ট লুইসকী স্মীথ একাদমীদা স্কুলগী ছাত্র ওইরিঙৈগী হৌনা ইবগী লমচৎ হৌরকখি। মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈগী শৈরেংশিংদু মপুং ফাদবা খুৎইশিং ওইনা তৌখি। স্কুল কলেজগী মেগাজিনশিং - দি স্মীথ একাদমী রেকোর্ড অমদি হার্ভার্দ এদভোকেদতা ফোঙখি।

(২) ইলিয়টকি অনীশুবা তাঙ্কক্কী শৈরেং অসি ইং ১৯০৯-১৯১৭ ফাওবগী মনুংচল্লি। শৈরেংশিং অসি মহাক্না বোষ্টোন, ইউরোপ, ইংলেন্দা অহানবা চহী ওইনা লৈরিঙৈ মতমদা ইখিবনি। ফ্রেন্সকী অইবশিংগী খুৎইশিং পারুবদগী মরুওইনা লাফোরগগী

(Laforgue) খুৎইশিংনা ওইরকপা ইথিলশিংননি হায়বা য়াই। মাগী পরুফ্রোক অমদি অদর ওবজার্ববেসঙ্গ ১৯১৭ অসি তাঙ্কক অসিগী মনুংচল্লি। মাগী শৈরেংশিং মখাদা অসুম্না পীরি:

১। The love-song of J. Alfred Prufrock (1917)

২। Portrait of a Lady. (1917)

৩। The Preludes (1917)

৪। Rhapsody on a windy night (1917)

৫। The "Boston evening Transcript" (1917)

৬। Mr. Apollinax (1917)

**(৩) ইলিয়টকী শৈরেংগী অহুমশুবা তাঙ্কক (১৯১৮-২৫):**

১। Gerontion (1920)

২। Burbank with a Baedekar

৩। Sweeney Erect

৪। A cooking egg (1920)

৫। Sweeney among the Nightingles (1918)

৬। The waste land, (1922)

৭। The Hollow Men, (1925)

মতম অসিগী শৈরেংশিং তশেংনা সহরগী মতাংদা নৈনদুনা ইবা ঙাক্তনি হায়বা য়াই। কবিনা হিংলিঙৈগী মতমদা ইউরোপকি সভ্যতানি লৌনরিবা শক্তমদা লৈখা তারবা মাঙথরক্লবা সমাজবু অৱাবা নুংনাঙবা ফোঙদোকখি। ইপিক পোইত্রি ওইবা মরুওইনা 'দিৱেষ্ট ল্যান্দ' শৈরেংসু পীকহনলবা ইপিক অমগী খুৎইনি মরমদি মসিদা সভ্যতাগী হৌরকফমগী ফিবমশিং নীংথিনা উৎলি হায়বা য়াই। মসিদা ইলিয়টনা ষ্টাইল অমদি টেকনীক হেন্না ফজনা ফোঙদোক্লুনা ইরমলে। মহাক্না নোংচুপলোমগী মচেৎ মচেৎ শাগৎলবা ফিবম, পুন্সিগী থাজনবী অমদি ভেল্যুবু নৈনদুনা সাংস্কৃতিকগী পুন্সি শক্তম উৎলে। শৈরেংশিংদা পুন্সিগী ঙাকশেন্দ্রবা অমম্বগী শক্তমশিংনা হেন্না হকচাংগী মাংহনবশিং উৎলি। মহাক্না লৈখাতারবা মতমদুগী সমাজবু সিম্বোল ওইনা লুদবা অমোৎপশিংবু তশেংনা শন্দোক্লা উৎলি।



**(৪) ইলিয়টকি শৈরেংগী মরীশুবা তাঙ্কক (১৯২৫-১৯৩৫):**

মহাক্না মতম অসিগী মনুংদা খৃষ্টান পোইত্রিদা খুৎথাখিরম্মী। ইং ১৯২৭ তা মহাক্না ইংলেন্দগী এংগ্লিকান চর্চতা লাইমিং লৌখি। মসিমক্না মাগী মতমসিগী খুৎই শৈরেংদা ধর্ম অসিগী মমি তাখি। মাগী খৃষ্টান ধর্মগী মতমদুগী শৈরেংশিং মখাদা অসুম্না নৈনরি:

১। As wednesday, (1930)

২। Journey of the Magi (1931)

৩। Animila

৪। Marina

৫। Choruses from "The Rock"

৬। Coriolanous

৭। A number of minor and unfinished poems

**(৫) ইলিয়টকি শৈরেংগী মঙাশুবা তাঙ্কক (১৯৩৫-৪৩) - দি ফোর ক্বার্টেটস (The Four Quartets)**

১। Burnt Norton (1936)

২। East Cooker (1940)

৩। The dry salvages (1941)

৪। Little Gidding (1942)

মতাং অসি ধর্মদা য়ুমফম ওইবা শৈরেংশিংনি। মসিদা মহাক্না মীওইবগী পুন্সিদা নুংগী ওইবা শক্তমশিং নৈনরি। শৈরেংশিংদা মীওইবগী মফমদা ফোল্লাউনবা, নুংশিহৈতবা হৌজিক্কী সমাজদা থোক্লিবা মফম, মতম, পুন্সি অমদি অশিবা, হৌখিবা অমদি তুংগী শক্তমশিং শন্দোক্না উৎলি। কবিনা মাগী মীৎযেং অসি ফক্তবরোমদা চঙশিল্লবসু মহাক্না পুন্সিবু থাজবা অমদি আশা কয়া তৌরি।

**(খ) ড্রামা**

ইলিয়টনা মাগী ড্রামাটিক পোইত্রি ইদুনা ভাবকশিংবু নীংথিনা খঙহনবা পামখি। মাগী ড্রামাটিক প্রদক্সনশিংদু মখাদা অসুম্না নৈনরি :

১। The Rock, a pageant play (1934)

২। Murder in the Cathedral (1935)

৩। The Family Reunion (1939)

৪। The Cock tail party (1950)

৫। The confidential clerck (1954)

৬। The Elder statesment (1959)

মহাক্না দ্রামাটিষ্ট অমা ওইনা ইরম্বনা শৈরেংগী কবি অমা ওইবদগী হেন্না অপিকপা ঙমখৈদা লৈরম্মী। মহাক্না শুপ্নতগী খৃষ্টানগী দ্রামাতমক ইখি। মহাক্কী দ্রামা 'দি রোক' হায়বসি এ, এম, ব্রাউনিগা লোয়ননা ইখি। মসিদা দ্রামাগী দৃশ্য ওইনা ফীরোল কয়া শেত্তুনা উৎখিবা লীলা ওইখি। মাগী মর্দর ইন দি কেথেদ্রেল হায়বসিদসু তোমাস বেকেটনা নিংথৌরেল হেনরী অনিশুবগা মুক্নবদগী ধর্মগীদমক থব্রায় থাখিবা মীশক ওইনা উৎলি। মহাক্কী 'দি ফেমিলি রিউনিয়ন' দসু মতমদুগী সামাজিক লীলা ওইনা লাইরিক লাইশু হৈবা মীওই খরগী ওইবা লীলা ওইখি। মতুংদা ইরকখিবা লীলাশিংশু কমেডি ওফ মেন্নরশিং ওইনা মেলোদ্রামাটিক্কী মচাকশিং ওইনা উৎলি। ইংলেন্দগী মতমদুগী দ্রামাগী চৎনবী মওংদগী খরা তোঙানবা মওংদা ইখিবা লীলাশিং ওইনা ইখি। ইংলেন্দগী লীলা ভাবকশিংগী মফমদা খুৎশেমগী তায়োন্নবা ওইনা থোকখি।

**(গ) ব্রারেং**

**লিটরেরি ক্রিটিসিজম**

টি, এস, ইলিয়ট অংগ্রেজি সাহিত্যদা পোইত ক্রিটিক অমা ওইনা বেনজোহনসন, দ্রাইদেন, জোনসন, কোলেরিজ, মেথিয়্যু অরনোল্ডনচিংবগী মতুংদা লাকখিবা মমিং লৈরবা অইবা অমা ওইখি। মাগী খুৎইশিং আর্টিকলশিং, এসে কয়া, মতমদগী ফোঙখিবা পিরিয়ডিকেলস জর্নেল কয়াশিংদা খোমজিন্দুনা ফোঙখিবা লাইরিকশিংনি হায়বা য়াই।

**লাইরিকশিংগী মমিং:**

১। The use of poetry and the use of criticism (1933)

২। The idea of a christian society (1939)

৩। Notes towards a Definition of culture (1948)

৪। Selected Essays (1951)

৫। On peotry and poets (1957)

৬। To criticise the critic (1965)

মাগী লিটরেরি ক্রিটিসিজমগী মনুংদা মরুওইবা রচনাগী খুৎইশিং খর মখাদা অসুম্না নৈনরি:

১। Tradition and individual talent.

২। Poetry and Drama

৩। The Function of criticism

৪। The English metaphysical poets.

৫। The Fronteirs of criticism

ইলিয়টনা মাগী ক্রিটিসিজমগী খুৎই ফোঙদোকপদা য়াম্না থৌনাফনা মতমচুপ্লদা নিংশিংনিংঙাই ওইনা ইখি। ইংলেন্দগী সাহিত্যদা শতাব্দী তরাতরেৎশুবগী মেটাফিজিকেল পোইতসবু নোহৌনা পাকচাউনা নৈনখি। মহাক্কী লোলগী খুৎফোঙদোক্তা শীজিন্নরিবা ৱাহৈ ৱাতাশিং - Dissociation of sensibility, objective correlative, unified sensibility নচিংবা শীজিন্নরি।

**জর্নেলিজম:**

টি, এস, ইলিয়ট ইং ১৯২২-১৯৩৯ ফাওবা 'দি ক্রাইটেরিওন' কৌবা জর্নেল অমগী ইডিটর ওইখি। মেগাজিন অসিদা ইউরোপ লৈবাক্কী কলচরশিং নীংথিনা নৈনদুনা ফোঙখি। মসিদা ইলিয়টনা হেন্না পামজরম্বা কেথোলিক্কী মীৎয়েংশিং ফজনা ফোঙদোকলমখি। মেগাজিন অসি ইউরোপতা পৃথিবীগী লাঞ্জাও লাকখিবদগী ঈপাউ ফাওনবা ৱাৎপদগী পোত্থাখিরম্মী।

**টি, এস, ইলিয়টতা চঙলকখিবা লিতরেরি ইথিলশিংঃ**

ইংলেন্দা মহারানী ভীক্তোরিয়ানা পানখিবা মতুংদা তরেৎশুবা এদৱার্দ অমদি মঙাশুবা জর্জগী মিংদা এদৱার্দিয়ান অমসং জর্জিয়ান মতম খঙনবা তাক্কক ওইখি। লিটরেরি সাহিত্যকারশিংনা মসিবু 'দেকাদেন্ত' (Decadent) মতম হায়না লৌনৈ। শতাব্দী ১৯ শুবগী য়ুমফম নীংখায়রক্তুনা তমথিপ্রবা শক্তম ওইনা অহানবা পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাও (ইং ১৯১৪) উরকখি। মসিনা ইং ১৯১৮ গী মতুংদা ইউরোপ মহাদেশকি মশক পুমহোং

হোংখিদুনা রশিয়া, জর্মানি, টর্কিশনচিংবা লৈবাকশিং থুপচিল্লকখি, ইংলেন্দসু শেল-থুমগী অৱাবা ফিবমদা লৈখা তাখি। ফ্রান্স লৈবাকসু শাথিনা শোকখি। লৈঙাকলোনগী অহোংবা কয়া পোলেন্দ, জেকোশলোভাকিয়া, জুগোশলাভিয়া, রাশিয়াদা বোলশেভিকশিংনা লৈঙাক-শক্তি পায়খি। ইলিয়টকি মফমদসু অহানবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওনা অহোংবা কয়াগী চৈথেং পীখি। মহাক্কী মফমদা য়ুমগী অহল-লমনশিংগী ইথিল ওইনা ধর্ম অমদি সাহিত্যগী মমি তাখি। অদুবু মাগী ওজাশিং ইর্ভিং বাব্বিট, জর্জ্জ সানতায়ানা নচিংবাগী কম্পরেটিব সাহিত্যগী লম্বীরোমদা পুক্লিং চিংশিনবগী অপাম্বরোমদা ইথিল পোকহনখি। মহাক্না ভারতকি দর্শনশাস্ত্র অমদি সাহিত্যসু কন্না পুক্লিং চঙখি। মহাক্না খৃষ্টান ধর্মগী রোমান কেথোলিক চর্চতসু লাইমিং লৌখি। মাগী শৈরেংশিংদসু মখাদা নৈনরিবশিংগী ইথিল কন্না তাখি।

**(১) এজরা পাউন্দগী ইথিল:**

পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাও হৌরকপা মতুংদা ইলিয়টনা ইংলেন্দা চৎখি। মহাক্না এজরা পাউন্দ থেংনখিবদগী লন্দনগী সাহিত্যকারশিংগা শকখঙনখি। মঙোন্দা ইংলেন্দগী সহরগী পুি মরেলগী শক্তমগী ইথিল তাখি।

**(২) মেটাফিজিকেল পোইয়তশিংগা থেংনরুবগী ইথিল:**

ইলিয়ট মশামক ইংরাজী কবি জোহনসনগী তেকনিক্কী খুৎইগী মওংগী ইথিল চঙলম্মী। ৱারীশাবগী ফোঙদোকপদা মরী লৈনহনবা চাংনাইবা শৈরেং অঙকপা থংননা থম্বা ফিভমনচিংবা ফোঙদোকপদা ইলিয়টনা জোহনসনগী মফমদগী মতেং লৌখি। মেটাফিজিকেল কবিশিং অমদি জেকোবিয়ান কবি কয়াদগী মহাক্না ৱাহৈগী মরি লৈনহনবা, মরুওইবা পাঙ্গন, লৌথোক লৌশিনগী মওং-মতৌ কয়াগী মতৌ তমখি।

**(৩) দান্তেগী ইথিল:**

ইলিয়টনা দান্তেবু পৃথিবীপুম্বগী কবিনি লৌখি। দান্তেনা ইরম্বা 'দিভাইন কমেডি' হায়বসিনা মাবু কন্না ইথিল পীখি। মহাক্না দান্তেনা শীজিন্নরম্বা ৱাহৈ ৱাতা অমদি আধ্যাত্মিক্কী মীৎয়েংদা পামজখি। মহাক্না দান্তেগী শৈরেংগী নমুনাগী ঈচৈলগী পরীংদসু শীজন্নখি। ইলিয়টকি শৈরেংগী খুৎইশিংদসু দান্তেগী লমচৎপু মরীলৈনবা শীজিন্নবতা নত্তনা শুপ্ন তগী দান্তেনা ইরম্বা পরেং খরসু হাপচিলখি। ইটালি কবিশিংনা শীজিন্নরম্বা লোন্দা পুদা অমদি পরেংগী টেকনিকসু ইলিয়টনা শীজিন্নখি। মহাক্না দান্তেগী মফমদগী ৱাহৈ-ৱাতা করম্না শীজিন্নবা অমদি ফজবা পরেং পুরক্কুনা ইউরোপিয়ান শৈরেংগী ফজবা ফোঙদোক্নবসু লৌখি।

**(৪) ফ্রেন্সকি সিম্বোলিষ্টশিংগী ইথিল:**

অর্থর সিমনগী লাইরিক সিম্বোলিষ্ট মুভমেন্ত ইন লিতরেচর  হায়বসিনা সাহিত্য নৈনবদা থোইদোক হেন্দোক্না কান্নবা ৱাখল্লোন পীখি। ইলিয়ট মশামক্না ভর্লেন, রামবুদ, জিন লাফোরগ, মালারমেনচিংবগী শীজিন্নরম্বা ৱাহৈ-ৱাতা নৈনখি। মহাক মশামক্না fleeting sensations and fleeting পুরক্নবগী ওইনা মতৌ করম্না ইমেজশিং অমদি সিম্বোলশিং শীজিন্নগদগে হায়না নীংথিনা নৈনখি। মহাক্না desert, rocks, rain, drought, flood নচিংবা ৱাহৈশিং সিম্বোল ওইনা শিজিন্নদুনা ফ্রেন্স সিম্বোলিষ্টশিংগী ওইবা শুপচিনবা ৱাহৈশিং নৈনখি। ইখঙ খঙহৌদনা হোংদোকপা, মান্নদবা চাংদম্নবা, পুক্লিংদা পানবা অমদি হেনজিনবা ৱাহৈ লৌরম্মী। ইখঙ-খঙহৌদনা চাংদম্নবগী খুদম ওইনা ইলিয়টনা মাগী শৈরেং 'Love Song of J. Alfred Prufrock' তসু অদুম্না শীজিন্নরি  "I have measured out my life with coffee spoons".

**(৫) চার্লস বোদেলিয়ারগী ইথিল:**

চার্লস বোদেলিয়ারগী শৈরেংদা ইরম্বা খুঙ্গংগী মশক থিরবা অমোৎপা শক্তমগী পুন্সি য়েকলিবা অকিবা থৌদোকশিং উৎলিবশিংনা ইলিয়টপু কন্না ইথিল পীখি। মহাক্কী শৈরেং 'দি ৱেষ্ট ল্যান্দ' অমদি 'দি হোল্লো মেন' দসু হৌজিক মতমগী অমোৎপা, মাঙথরক্নবা শক্তম নীংথিনা উৎলি। হৌজিক্কী চাউখৎলে হায়না লৌনরিবা বৈজ্ঞানিক সভ্যতা, মীওইবগী চাউখৎ খোঙথাং, অফবনি লৌনরিবা থবকশিং অসি ইলিয়টনদি নারবা মীওইগী থম্মোইবু ৱাহনবা ঙাক্তনি লৌখি। হৌজিক্কী পুন্সিমরেল, পুক্লিং চঙদনা লমথুংফম খঙদবা, অচুম-অরানগী নিয়মশিং অসি সভ্যতা মাঙথরক্লিবা ওইনা লৌখি।

মথক্কী ইথিলশিংনা মঙোন্দা লাক্লবসু ইলিয়ট তশেংনা মশা মতোমতগী খনজবা মীশক ওইখি। মহাক লাফোরগদগীসু হেন্না খঙবা অইবনি। মহাক্কী খুৎইগী থবকশিংনা ফ্রেন্স সিম্বোলিষ্টশিংদগী হেন্না পাক চাউখি। মহাক্কী পোকপদগী য়াওজরক্নবা গুনশিংনা সিম্বোলিষ্টশিংদগী থোইদোক হেন্দোক্না অংগ্রেজী লোন্দা চাংদমনিংঙাই লৈত্রবা কবি অমনি।



## ইলিয়টকি লমচৎ অমদি মী অমা ওইনা থোইদোকপা শাজৎ (পার্সন্যালিটি):

টি,এস, ইলিয়টকি শকফম অসি য়েংবদা পুক্নীং হুরবা মীওইনি, ব্রাং চাউই, তনৌ তনৌরবা শাবালগী শক ফজরবা মীশক্নী। মহাক্কী মরূপ-মপাংশিংনা মাগী ফীজেৎকি মরমদা অসুম্না ফোঙদোকখি। -

"his precise, proper, dark jacket and striped trousers, which might almost have been a deliberate disguise. Occasionally, there are glimpses of him in a more flamboyant costume, and a hint that there was a touch of the dandy in him, but these are rare. He is recalled as tall, pale, thoughtful, absorbed, speaking in measured and solemn tones even when humorous in such a way that you could not really tell whether he was being humorous or not."

হর্বাট রেডকি মতুংইন্না, ইলিয়টকী মরমদা অসুম্না ফোঙদোকখি - "মশাগী লমচৎ-শাজৎতা মহাক চুম্না করিমত্তা শোয়নীংদবা মীনি, ব্রাখলসু চৎনবীগী ব্রাংমদা লৈখিদবা শকফমনি। অদুবু মহাকসি মশা ফত্তে নারবা মীশকনি খঞ্জবা ব্রাখলসিনা ডাক্তরগী হিদাক গুলিনচিংবা শীজিন্নখি। মহাক মশামক য়াম্না চেকশিঞ্জবা মীনি, য়াম্না নীংথমগনবা ওইবনা কন্না লোকখুবা মী ওইখি। ঐনা মহাকসি শান্নখোৎনবদা হৈনবা ওইনদি উখিদে।"

**ইলিয়টকি মহৌশা অমদি শাজৎ:-**

মহাক্কী মহৌশা অমদি শাজৎকী মতাংদা হর্বাট রেডনা ফোঙদোকখি:-

"The man, I knew, in all his reserve, was the man he wished to be, a serious but not necessarily a solemn man, a severe man never lacking in kindness and sympathy, a profound man (profoundly learned, profoundly poetic, profoundly spiritual and yet to outward appearance a correct man, a conventional man, an infinitely a polite man in brief, a gentleman."



ইলিয়টনা অনেম্বা হস্থবা থবক তৌবমদবদা নত্তনা মহাক্লা কৈদৌনুংদা অনেম্বা হস্থবা ব্রাখল খনখিদে। মহাক্লা অপঙবা ওইনা ফাগী তৌখি, শাথিব৷ যতমদা অকাযবসু যাওই। মীশিংবু মহাক্লা হেন্না খঙনবসু হোৎনখিদে। মহাক্কী মকপশিংদু হেন্না পাকচাউনা তিন্নবমদ্রবসু তোঙান-তেঙানবা মখলগী ওইনা তিন্নখি। মহাক্লা নুপীশিংগী মমাঙদা হেন্না নীংথিনা তিন্ন-তোৎনখি। ব্রা ঙাংথোবকপদসু মহাক য়াম্লা চিংলেমখি। মহাক্লা ব্রা তাথোক তাশিন তৌবগী পোলিসি শেম্বগী অপাম্বসু লৈখি, অবেম্বদা মীব্রা ঙাংদুনা লৈবদি পামখিদে। হর্বাট বেডনা অসুম্না ফোঙদোকখি:-

"one week end he spent with me early in our friendship(it was 1927 or 1928) he came clad in a most curious pair of checkered breaches neither riding breaches nor plus fours, but some hybrid which was certainly not from Savile Row He made a fetish of umbrelas as is perhaps well known He had them specially made with enormous handles, with the excuse that no one would take such an umbrella from a cloak-room by mistake He relished good food and beer and wine, but his speciality was cheese of which he had tasted a great many varieties"

**এ কমপ্লেক্স পার্সন্যালিটি:**

টি,এস ইলিযটকি মশাদা অকবা চত্থনবা মশাগী মগুন চেল্লি। মঙোন্দা মখল কযাগী তোঙানব৷ থোইদোক হেন্দোকপা শাজৎ যাওবি। মহাক আমেবিকাদা পোকখি, ইউবোপকি লৈবাকশিংদা চত্তুনা মহৈ তমখিবনা ইউবোপিযান সাহিত্যগসু শকখঙনখি। মমৈথংদা বৃটেনগী সিতিজন অমসু ওইখি। মহাক্কী মশাদা ক্লাসিসিষ্ট, ক্রিতিক, ফিলোসোফব, সোসিয়েল থিঙ্কব মিষ্টিকনচিংবগী থোইদোকপা গুনশিংনা লৈতেংলি। মঙোন্দা পৃথিবী অসিদা থেংনবিবা লৌশিংগী মঙালগী ইথিলসু শাফু পীবি। টি,এস পিযাবসনা অসুম্না ফোঙদোকখি। মহাক্লা বৃটিশকী পুক্নি মবেলদা হিংখি। ছাটিন, শাংলাং লাংবা খোংগ্রাউ, টুপী উপখি। আমেবিকান ট্রেদিসনবু ওইহল্লিবা মচাকশিং আমেবিকাদা য়ুম হোংখিবা, আমেবিকান ব্রাব ওফ ইন্দেপেন্দেন্স, সিভিল ব্রাবনচিংবদা শুকযা যাখিদে।



মহাক্না আমেরিকাদা অমুক হন্না (মাগী লমকোয়বা নত্তনা) খুন্দাখিদে। মঙোন্দা পৃথিবী অসিদা থেংনরিবা লৌশিংগী মঙালগী ইথিলসু শাফু পীরি। ইংলিশকী খোঙ্খোক, বা ঙাংগন্দবা ইংলিসকী শাজৎ লৈখি। মহাক্কী মরমদা অসুম্না হায়খি:-

"He liked, English cheeses nevertheless, none of these things really disguised the fact that he was an American context than into the British, especially when you remember that to live and work out of America has been characteristic of American writers at all times. He wore his new nationality and his English characteristics, rather as a mask, covering, though not exactly hiding, a powerful individual largely detached from such matters as nationality."

## ইলিয়টকি পোইতিক প্রোসেস (Poetic process)

ইলিয়টকি থিওরী ইমপার্সন্যালিতি ওফ পোইত্রি হায়বসি অমুক্তা হেন্না খুমাং চাওশিন্না নৈনখি।

মহাক্না কবিগী পুক্লীংবু ক্যাট্যলিষ্ট (অতোপ্পা পোৎপু ওম্থোকপা ঙম্বা) অমগা চাংদম্নৈ। মহাক্না প্রোসেস (থৌদৌ মচা) পোইতিক ক্রিয়েটসন রিয়্যাক্টসন হায়বসি কেমিকেল রিএক্সন অমনি লৌখি। কেমিকেল রিয়্যাক্টসন অমা পাংথোকপদা ক্যাট্যলিষ্ট মতোমতা য়াওবগুম কবিগী পুক্লীং অসিসু ক্যাট্যলিষ্ট অমা ওইনা তোঙানবা অপুনবা ইমোসনশিংবু ইনৌ নৌবা অমা শেম্মী। খুদম ওইনা ওক্সিজেন অমদি সলফর ডাইওক্সাইড য়াওবা জার অমগী মনুংদা প্লাটিনম ফিলামেন্ট খরা হাপচিল্লবদি সলফুরিৎ এসিড শেমই। মসি প্লাটিনম হাপচিনবনা থোকহল্লিবনি, মসিগী অহোংবসু লৈতে। অসুম্না কবিগী পুক্লীংবু প্লাটিনমগুম্না ক্যাটালিষ্ট অমনি। মসিদা ইমোসনশিং অমদি এক্সপিরিয়েন্স কয়া য়াওরি, পোইতিক কমবিনেসন শেম্বদা অহোংবা অমত্তা লৈতে। কবিগী পুক্লীংনা ইমোসনশিং অমদি এক্সপিরিয়েন্স কয়া শেম্নগা অনৌবা মপুম শেম্মী। অনৌবা শেমলিবা অপুনবা অদুদা সলফুরিৎ এসিড শেম্বদা প্লাটিনম য়াওদবগুম কবিগী পুক্লীংগী শরুক শুকয়াও য়াওদে। কবিগী পুক্লীংনা ইমোসন অমদি এক্সপিরিয়েন্স শেম্নগা অনৌবা মপুম

*অমা শেম্মী। অনৌবা অমপুম অমা শেম্বদা কবিগী পুক্লীং শুকয়াও য়াওদ্রে। ইনৌ নৌবা* মপুং ফাদবা কবি অমগী পুক্লীংদি মহাক্কী ইমোসন অমদি এক্সপিরিয়েন্সশিংনা কম্পোজিসন শেম্মী। অদুবু ইলিয়টনা অসুম্না ফোঙদোকখি- "The more perfect the artist, the more completely separate in him will be the man who suffers and the mind which creates". আটিষ্ট অমগী মপুং ফাবগী চাংয়েং হায়বসি মাগী পুক্লীংনা মশক ওম্থোক্তুনা খন্নঙাই ওইবা অকনবা পুক্লীং ইহুল পোকহন্দুনা শৈরেংগী মচাকপু মপুং ফাহনবনি। ৱারিবা মীশক (মশানা খঙবা হৈরবা),মাগী পুক্লীংনা খঙদুনা ইনৌ নৌবা তোঙানবা মওংদা ওম্থোকপবুনি। কবিগী মাগী ব্যক্তিত্ব (Personality) অদু মাগী শৈরেংদা ইথোরকপসু লৈতে। শৈরেংদা ক্যাটালিষ্ট অমদৌনা লৈ। ইলিয়টনা লৌরিবদি পোইতিক প্রোসেসতা মশানা ষথংনরিবা অসি মখল অনী শুই হায়বসিনি (১) ইমোসনশিং (পুক্লীং লাংবা) (২) ফিলিংশিং, (পুক্লীংদা ফাওবশিং) শৈরেং হায়বসি ইমোসন (পুক্লীং লাংবা) মতোমতনা ইবসু য়াই; নত্রগা পুক্লীংদা ফাওবতনা ইবসু য়াই নত্রগা ইমোসন অমদি পুক্লীংদা ফাওবতনা ইবসু য়াই। ইলিয়টনা ইমোসন অমদি ফিলিং অনিগী চাংদম্নবদি উৎলি অদুগা খেন্নবদি উত্তে। "Nowhere else in his writings", says A.G. George is this distinction maintained, neither does he adequately distingquish between the meaning of two words." মহাক্কী Impersonal theory of Poetry হায়বসিগী ঙাক্লৌগীদমক খেন্নবা অসি কোমথোকপা চংই।

ইলিয়টকি থিওরী ওফ পোইতিক প্রোসেস হায়বসিদা সেনসেশন (হকচাংদা পুক্লীংদা ফাওবা থুক), ফিলিং (শোকপদাখঙবা) ইমোসন (পুক্লীং লাংবা) ৱাখল হায়বসিনা শৈরেংগী নৈন-ৱাফম এক্সপিরিয়েন্স (মশাদা খঙবা) অমদি সেন্সসিবিলিতিনা (ইন্দ্রিনা ফংবা য়াবা খঙবা) অকিবগী ৱাহৈ নত্রগা থবক্লা পাউখুম পিরকই। মসিনা পুক্লীংগী লৈতাফম (Internal Equilibrium) ওইরক্তুনা আর্ট ইমোসন শেম্মকই; মশামক (Personality) নত্রগা ট্রেদিসননা ফোঙদোক্লক্তুনা শৈরেংগী ঈচেললোমদা খোংদারকই। পোইতিক ক্রিয়েটসন হায়বসিদা Personality অমদি tradition হায়বসি থোইদোক্লা দরকারনি। পার্সন্যলিতি (মশামক) হায়বসি ইলিয়টকি মফমদদি মতম খরগী ওইনা পঙ্গি তেল্লি, ইন্দিভিদিউয়্যালিতি (নাইতোম তাবা) হায়বসিদি মতম চুপ্পগীনি। ইলিয়টকি ইন্দিভিদিউয়্যালিতি হায়বসিদি মাগী শৈরেংদা য়াম্না মরুওইবা খৃষ্টানগী লেঙদ্রবা মীৎয়েংনি।

ইলিয়টকি পোইতিক প্রোসেস (কবিতাগী থৌওং মতা) হায়বসিগী মরুওইবা মচল খরগী মতাংদা মখাদা অসুম্না নৈনরি।

### ১। কবি হায়বসি ময়াই ওইনা (As medium)

কবি হায়বসি ইবগী ওইনা ময়াইদা লৈবা মীশকনি, মসিদগী অমুক হন্না থৌদাং লৈত্রে। ইলিয়টনা ফোংদোক্লিবদী কবি অমনা ওবজেক্তিব ওইগদবনি, সবজেক্তিবতি ওইরোইদবনি, মথৌসু ময়াই লেপ্পুনা এক্সপিরিয়েন্সতগীসু থোইদোক্কনি। ঐখোয়গী পুক্নীংসু শৈরেংদগী কবিরোমদা পুক্নীং চপ চানা মাগী পার্সন্যালিতিসু হোংদোক্কনি। ইলিয়টনা লৌরিবদি দ্রামাতিক প্রোজেক্সন নত্রগা কেরেক্টরশিং, আয়রোনিক নত্রগা চয়েৎননা ফোঙদোকপশিংনা ওইহল্লিবা ইমপার্সন্যলিতিবুনি। মহাক্না মী অমসুং কবি অনিসিবু তোঙান্না লৌই; কবিবুনা পাউ ফাওদোক্লবগী খুৎলাই ওইনা লৌই। কবিগী পুক্নীংসি মথৌদি ময়াই ওইনা পাউ ফাওদোকনবগীদমক তোঙানবা মীওইবগী পুন্সিদা য়াওরিবা পোৎশকপুনি।

### ২) সেন্সসিবিলিতি (ইন্দ্রিনা ফংবা য়াবা, খঙবা)

সেন্সসিবিলিতি হায়বসিনা faculty অমা ওইদুনা কবিবু তোঙান তোঙানবা এক্সপিরিয়েন্সবু অপুনবা মওংদা পাউখুম পীববুনি। মসিগী মথৌদি কোলেরিজগী সেকেন্দরী ইমাজিনেসনগা (Secondary Imazination) হেন্না নকশিন্নৈ। মসিমক ৱাহৈনা খুন্থা অমদি পিবা পুন্সিগী এক্সপিরিয়েন্সনি। কবিনা ঙমবসি তোঙানবা এক্সপিরিয়েন্সপু অমতা ওইহন্দুনা সেন্সসিবিলিতিবু (ইন্দ্রিনা খঙবা) ৱাখল, ফিলিং ইমোসন অমদি সেন্সসেশন ওইহনবনি। ইলিয়টকি মতুং ইন্না ফোংদোকলিবদি সাইকিকেল টুটোলিতি "a single act of experience enabling the poet to recapture the unity of knowledge".

### ৩) ইমোশন্না লৌরিবা থৌদাং:

ইলিয়টকি মীৎয়েংদি ৱাখল (thought) ফিলিং (feeling) অমদি ইমোসন (Emotion) হায়বসিনা পোইতিক প্রোসেস পাংথোকপদা মরু ওইবা থৌদাং লৌরি। ইলিয়টকি ইমোসন হায়বসি ৱাখল অমদি ফিলিংদগী খরা হৈছে। (Vincent Backley) ইলিয়টকি মফমদা শৈরেং হায়বসি অসুম্না লৌখি - "Poetry is not a turning loose of emotion but an escape from emotion", অদুবু ইলিয়টকি ইমোসন হায়বসিদা পুকচেল লেপ্পবা অমতা চান্নদবা থৌওং থেংনরি। মহাক্না সেক্সপিয়ারগী খুৎইদসু কনাগুম্বা অমগী মফমদা ৱারৌগদবা ইমোশন কয়া য়াওরি হায়না মত ফোংদোকখি। ইলিয়টনা Rhetoric and Poetic Drama হায়বসিদা অসুম্না ফোংদোকখি: "genuine and

*substantial human emotions হায়বসি শৈরেংগী সবজেক্ট মেতরনি। তশেংনা হায়রবদি ইলিয়টনা ইচম চম্বা ইমোশনবু থৌওইখিদে, "Emotion for Emotion's* sake", মহাক্না significant emotion হায়বসি কলাগী ইমোশন ওইনা লৌখি। মহাক্কী Tradition and Individual Talent হায়বসিদা অসুম্না ফোংদোকখি: "Emotions which has its life in the poem and not in the history of the poet". মহাক্না ইমোশন হায়বসি ওবজেক্তিব কোরিলেটিবতনা ফোংদোকপা পামখি।

৪। পোইতিক প্রোসেসতা ৱাখলনা লৌরিবা থৌদাং:

ৱাখলনা পোইতিক প্রোসেস লৌরিবা থৌদাং হায়বসিদা অরানবা কয়াশিং থেংনরি। ক্রিতিক উইন্টরসনা ইলিয়টনা শিজিন্নরিবা 'Thought' (ৱাখল) হায়বসি ৱাখলনা (thought) পোকহল্লিবা ইমোশন (পুক্লীং লাংবা) হায়বসিগা অর্থ চপ মান্নে। অদুগা ক্রিতিক বকলিগী মীৎয়েংদদি ইলিয়টনা লৌরিবা thought (ৱাখল) হায়বসিনা লৌরিবা থৌদাং অসি মাগী থিওরী ওফ ওবজেক্তিব কোরিলেটিবকা নাতৈ চানদে। অদুনা ইলিয়টনা শিজিন্নরিবা ৱাহৈ thought ( ৱাখল) হায়বসি Imaginative thinking নি Conceptual thinking (ৱাখলগী ওইবা) নত্তে। ইলিয়টকি মীৎয়েংদা কবি অমদা thought thought (ৱাখলগুম্না ৱাখল) খজিক্তং মরুওইনা অর্থ থোকই। কবি অমগী মফমদা ইমোশন পোক্লিবদু thought (ৱাখল) হায়বসিগা অর্থ চপ মান্নে। ইলিয়টনা অসুম্না ফোংদোকখি: "the Poet who thinks is merely the Poet who can express the emotional equivalent of thought", অসুম্না শৈরেংদা উৎলিবা thought হায়বা অসি মপুং ওইনা ইলিয়টকি থিওরী ওফ কোরিলেটিবকা নাতৈ চানরি। ইমোশন হায়বসি হকথেংননা শৈরেং অমদা ফোংদোকত্রবসু a set of objects, a situation, a chain of events না ফোংদোকই। কবি হায়বসিগী মফমদা হকথেংননা ৱাখল অসি মরী লৈনদ্রবসু Emotional equivalent of thought হায়বসিদি দরকারনি। অদুনা ইলিয়টকি পোইতিক প্রোসেস হায়বসিদা feelings, sumation, emotions অমদি thought হায়বসি শৈরেংগী মচাকশিংনি। Neither Singular nor in Unison they transmute the diverse experience into new wholes. It is sensibility that according to Eliot, performs the task of unifying the experiences.



## টি, এস, ইলিয়টকি শৈরেং অমদি মাগী থিওরী ওফ পোইত্রি

পোইয়ত-ক্রিটিক অমা ওইনা ইলিয়ট ইংরাজী ক্রিতিক বেনজোহ্নসনদগী হৌরকপা ড্রাইদেন, ডা: জোহ্নসন, কোলেরিজ, মেথিয়্যু অরনোল্ডনচিংবগী মতুংদা মমিং লৈরবা পোইয়ত-ক্রিতিক অমা ওইনা মহাক্কী ইরম্বা এসেজ, ইদিতোরিয়েল অমদি কমেন্তরিশিং মাগী 'দি ক্রাইতেরিওন', দি অথেনিয়্যুম' দা শৈরেংগী তোঙান তোঙাম্বা মীৎয়েংশিং নৈনখি। মহাক ইংরাজী সাহিত্যগী কুনশুবা শতাব্দীগী কবিতাগী নিংথৌরেলনি।

জর্জিয়ান শৈরেংদা য়ানিংদবা অমা ওইনা শতাব্দী কুনশুবগী অহানবা ক্বার্টরতা অশোনবা পিকথহনবা, কবিশিংগী খুৎইদা পুক্লিং হম্বা, কবিতাগী মথোংচাদবা শক্তমশিং উবা ফংখি মেক্সরেলনা মসিবু অসুম্না ফোঙদোকখি

That led to his formulating the literary theories from which all his poetry since have derived reacting against the popular appeal of the poetry of the day, Voluntarily cultivated subtlety and complexity in the hope of finding and creating an audience which though small would atleast appreciate and understand.

### ইলিয়টকি শৈরেংদাঅরুবা চয়েৎনবাঃ

কনতেম্পোরেরি শৈরেংগী ফিভমশিং ডেকাদেন্ত হায়বদি ব্রার্ডসব্রার্থিয়ান ট্রেদিসন ওইদুনা অহোংবা পুরকপা মতমগা চুনবা ঙমখিদে। সহরগী পুক্সি ওইনা ইন্দষ্ট্রিলোমদা চঙশিল্লকপা মতমদা শৈরেংগী খুৎইসু অহোংবা তারকপদা ডেকাদেন্ত পোইত্রিনা অসুম্না ওইখি - "rainbows, cuckoos, daffodils and timid hares" ইলিয়টনা মসিবু য়ানিংলমদে, মাগী মত মতুংইন্না অসুম্না ফোঙদোকখি "We must learn to take Literature seriously" ইলিয়টনা হন্না হন্না ইনৌ নৌবা অনৌবা ট্রেডিসন অমা হৌদোকখি। মাগী মশাগী শৈরেংদি সহরগী মরমদনি খুঙ্গংগী তীল কাঙগী, শা-উচেকশিংগী লৈরাংশিংগী মরমদা ইবা শৈরেং নত্তে। মহাক্কীদি অরুবা ব্রাখল্লোন, উৎপনি। মাগী নিবন্ধ - The Metaphysical Poets হায়বসিদা ইলিয়টনা অসুম্না ইখি - "poets in our civilization must be difficult. Our civilization comprehends great variety and complexity and this variety and complexity, playing upon a refined sensibility, must produce various and complex results. The poet must be come more comprehensive, more allusive, more indirect, in order to force, to dislocate if necessary, language into his meaning". কবি হায়বসিদি অনৌবা থৌরাংশিং শেম্বনি।

## সবজেক্তিবিজমঃ

### (লৌশিংদি পুক্নীংদগী ৱানি মপাঙ্গোংগী ৱা চঙদে হায়বা দার্শনিক মতবাদ) হায়বসিদা য়ানিংদবাঃ

ইলিয়টনা শৈরেংবু ক্রাফট (খুৎশা হৈবগী শিনফম) অমনি লৌখি। মহাক্কী শৈরেংদি শতাব্দী কলাকার অমগী ব্যক্তিত্ব (Personality) ফোঙদোকপনি লৌদুনা মপাঙ্গোংগী ইথিল চঙহনদবনি হায়বসিদা ইলিয়টনা য়ানিংলমদে। মহাক্না থিওরী ওফ ওবজেক্তিবিজম হায়বসি শৈরেংদা চঙ্ঙী হায়না থাজখি। মহাক্না থিঙ্ঙমদ্রবা মনিং মখা তম্না ইবা শৈরেংবু অসুম্না ফোঙদোকখি - "Inspiration alone cannot be safe guide. It often results in eccentricity and chaos." মপুং ফারবা কলা অমা ওইহন্নবগীদমক অফবা লমজিং লমচৎ অমদি মপাঙ্গোংগী শক্তি শীজিন্নদুনা মরী লৈনদ্রবা অহোংবশিংবু কন্নবগীদমক অহোংবা কলা দরকার ওই হায়না মত ফোঙদোকখি। মহাক্না ক্রিতিক অমগী মথৌদি অচম্বা নিয়মশিং ওবজেক্তিব (Impersonality) হায়বা লৌখি। ইলিয়টনা রোমান্তিক ফ্যালাসি (লান্না থাজহনবা) হায়বসিদা য়ানিংলমদবগী মতাংদা মেক্সৱেলনা অসুম্না ফোঙদোকখি - "It has resulted in a destruction all men might owe allegiance, in objective standards by which men might agree to to judge art, and in any inspiration other than the shifting of personality through which adult, orderly art might be created."

## ইলিয়টকী ক্ল্যাসিসিজমঃ

ইউনিফিকেসন ওফ সেন্সিবিলিতি (ভাব তম্বা, খঙবা) ইলিয়টনা ওবজেক্তিবনা (পুক্নীংগী নত্তবা) থোইদোক্না অহেনবনি লৌদুনা ক্ল্যাসিক্কী ফিভম নীংথিনা নৈনখি। মাগী The function of criticism দা (দি ফঙ্কসন ওফ ক্রিতিশিজিম) অসুম্না উৎলি - "between the complete and the fragmentary, The adult and the immature, the orderly and chaotic." মসিনা উৎলিবদি ইলিয়টনা ক্ল্যাসিকেল পোইত্রিনা মপুং ফারবা কবি অমা ওইহল্লি হায়বসিনি। মহাক্কী মতুংইন্না ৱাখলগী অনিংবা অমদি শেমগৎ শাগৎপগী মতাংদা উইনিফিকেসন ওফ সেন্সিবিলিতি ওইহল্লি হায়বসিনি। মসিমক মহাক্কী মেটাফিজিকেল অমদি লুনা ৱাংনা খনবা মীৎয়েংনি। মহাক্না রোমান্তিসিজমগী মায়য়োক্তা কন্না য়ানিংখিদে অদুগা নিও-ক্ল্যাসিসিজমবু লুনা চান্না পামখি। T. S. Humle না ইংলেন্দা শতাব্দী কুনগী অঙনবা মতমদা রোমান্তিক মুবমেন্তগী ইহৌবু য়ানিংদবা ফোঙদোকপদা টি, এস ইলিয়টনা মপুং ফানা শৌগৎখি। মহাক মশামক ক্লাসিকেল ক্রিটিক

অমা ওইজরবসু হৌখ্রবা মতমগী ক্রিটিকশিং ড্রাইদেন, ডা: জোহ্নসন নচিংবশিংদগী থোইদোক্না তোঙাল্লি। ইলিয়টকী ক্রিটিসিজমদি পোইত্রিগী থিওরীশিং শৈরেংগী প্রোসেস নচিংবা নৈনৈ।

**লিতরেরি ট্রেদিসনগী মরুওইবশিং:**

টি, এস, ইলিয়টকী মীৎয়েংদা ট্রেদিসন হায়বসিদা থোইদোক হেন্দোক্না মরুওইনা লৌখি। মহাক্না ট্রেদিসন নৈনবগী ৱাখল্লোন অসি অহোংবা লৈগনি হায়না লৌখি। মসিবু নৈনবা মতমদা য়াম্না চেকশিনগদবনি হায়না মত পীখি। ট্রেদিসনবু শুকখঙ খঙদনা মীৎ তাংবদৌনা কিথী-কিরুম্না হেক্তা লৌরোইদৌবনি হায়না ফোদোকখি। অনৌবা পোত্তা নৈনবনা হৃঞ্জিনবদগী হেন্না ফৈ হায়না লৌখি। মহাক্না ট্রেদিসনবু য়াম্না পাক চাউখ্রবা শরুক অমা ওইনা লৌখি। মসি মপাগী লম্বুম ফংহৌবা পোৎশক্কুম্বা নত্তে। মসিবু ফংগে খল্লবদি য়াম্না হোৎনবা চঙ্ঙী। কবি অমা ওইনবগীদমক চহী কুনমঙাগী মতম হেন্দোকখ্রবা মতমদা হিস্তোরিক সেন্স ওইদুনা খঙবা উবা (Perception) চঙ্ঙী। হৌখিবা মতমগী হৌখিবা (pastness of the past) খঙবতা নত্তনা হৌজিক হায়বসিগীসু খঙগদবনি হায়না ইলিয়টনা ফোঙদোকখি। মহাক্না হিস্তোরিকেল সেন্স হায়বসি মতম কক্তবা, ঙাইহাক্কী অনিমক্না অইবা অমবু ট্রেদিসননেল ওইহল্লি হায়না লৌখি। মহাক্না অরিবা অমদি অনৌবা মতমবু শোয়হন্দনা চেৎশিনহনখি। হৌখিবা মতমবু হৌজিক্কী মতমদা হোংহনখি, হৌজিক্কী মতমবুনা হৌখিবা মতম্না লম্বী তাকখি। কবি অমনা ৱাফম অসি খঙবদা য়াম্না খুদোংথিবা অমদি তৌফম থোকপা মথৌশিংনি। হৌখিবা মতমগী লৌশিং খঙফম থোই; হৌখিবা য়াওদনা তুংগী মরমদা খঙবা ৱাই। অদুনা ইলিয়টনা লিতরেরি ট্রেদিসনগী মরু ওই থৌদাংগী মরমদা অসুম্না "What is to be insisted upon is that the poet must develop or procure the consciousness of the past and that he should continue throughout his career."

থিওরী ওফ ওবজেক্তিব কোরিলেটিব (Theory of objective co-relative): ওবজেক্তিব কোরিলেটিব হায়বা ফ্রেজ অসি ইলিয়টনা মাগী নিবন্ধ "হেমলেট" হায়বসিদা ইহান হান্না শীজিন্নখি (Wimsatt and Brooks না ইখি "the phrase objective has gained a currency probably for beyond anything that the author could have expected or intended" ইলিয়টনা ফোঙদোক্লিবদি ওবজেক্তিব কোরিলেটিব শীজিন্নদুনা শৈরেংদা নীংথিজনা ইমোশননা ফোঙদোকপা য়াই হায়বসিনি। মহাক্না ওবজেক্তিব কোরিলেটিব হায়বসি "a set of objects, a situation, a chain

of events, which shall be the foumula" for the poet's emotion so that, "when the external facts are given the emotion is at once evoked." মেকবেথ দ্রামাবু ইরিবা সেক্সপিয়ারনা লেডী মেকবেথকী পুক্লীংগী অব্রাবা উৎলি। শব্দোক্লা ইদদুনা, sleep-walking scene, হৌখিবা মতমদা তৌখিবা থবকশিংদু জ্ঞান মাংদুনা হন্না হন্না উখি। পুক্লীংনা ব্রাবিবদু objective (ওবজেক্তিব) ওইরে, পুক্লীংদা খল্লিবদু মিৎতা উরে। মপাম্ব্লোংগী ফিভমনা (External situation) ইমোশন (পুক্লীংদা ফাওবা) পুরক্লুনা লেডী মেকবেথনা ব্রাবিবনি। ফিভম অসি সেক্সপিয়ারগী 'ওথেল্লো'দসু situation ওইহন্দুনা ওথেল্লোগী ইমোশনদু objective co-relative নি। 'হেমলেট' দ্রামাদদি মাগী মমানা মনাওনুপাদা লুহোংখিবগী মরাল অদু মচানুপা হেমলেটকী মফমদা করিমত্তা External situaion উবা ফংদে। মসি ইলিয়টনা ওথেল্লো দ্রামা অসি artistic failure নি হায়না লৌখি। ওবজেক্তিব কোরিলেটিব হায়বসিগী মরমদা তোঙান তোঙানবা ক্রিতিকশিংগী মতশিং থৈংনৈ। cleanth Brooke না "organic metaphor, Austin না it is a poetic content to be conveyed by verbal expression." ইলিয়টকী থিওরী অসি এজরা পাউন্দনা হান্না মাংজৌননা উরগা ফোঙদোকখি - "poetry is a short of inspired mathematics, which gives its equation not for abstract figures, triangles, spheres and the like, but equations for the human emotions."

**Dissociation of sensibility: Unification of sensibility**

ইলিয়না মাতগী এসে "মেটাফিজিকেল পোইয়টস" (গুল্লিঙৈ শতাব্দী ১৭ শুবগী) হায়বসিদা "ইউনিফিকেসন ওফ সেন্সিবিলিতি" অসিগী মতাংদা অসুম্না হায়খি "a fusion of thought and feeling," "a recreationof thought into feeling, "a direct sensuous apprehension of thought." অফবা শৈরেংগীদমক্তি fusion of thought and feeling দরকারনি। অদুগা কবিনা মাগী ব্রাখল অদু পুক্লীংদা ফাওহনদ্রবদি "Dissociation of sensibility" ওইরে অদুগা ফত্তবা শৈরেং ওইরে। ইলিয়টনা ফোঙদোক্লিবদি Metaphysical poets হায়বসিদা unification of sensibility নীংথিনা উবা ফংলি, অদুগা অথেংবা শতাব্দী তরাতরেৎশুবগী মতমদদি Dissociation of sensibility ওইরে, মরমদি ব্রাখল (thought) অমদি পুক্লীং (feeling) অনিমক পুন্দ্রে তোঙাল-তোঙাল্লে। মতম অসিগী কবি দ্রাইদেন অমদি মিল্টন অনিগী শৈরেংদা খুদোংথিবাশিং য়াওরি হায়না ফোঙদোকখি। ইলিয়টনা রোবার্ট ব্রাউনিংবু অফাউবা কবি অমনি লৌখিদে। ব্রাউনিংগী মফমদা মাগী ব্রাখলনা পুক্লীং ইহুন অমদি

থুক্কৎহনবা শরুক য়াওদে। নুংঙাইবা পোকহন্দবা অমদি তর্ক ওইনা ইবা মমিং লৈবা কবি ওইদে। অফবা কবিদি মাগী শৈরেংদা আতরগুলাবকি মনমগুম্না মহাউ পিবা ঙম্মী হায়বসিনি। অফবা কবিদি মমিং লৈবা ক্রিতিক অমা ওইবদা নত্তনা মহাক্না কুপ্না নৈনবা, খন্দোক খনজিন হৈবা অমা ওইগনি হায়না ইলিয়টনা লৌখি। মাগী "Dissociation of sensibility" হায়বসিনা হৌজিক মতমগী ক্রিতিজিমদা অকনবা ইথিল পীখি।

ইলিয়ট অসুম্না হায়খি - "a great poet in writing of himself writes his age." অচৌবা কবি অমনা মশামক্না ইবদা মাগী মতমদুগী ইনি। মহাক্কী 'ৱেষ্ট ল্যান্দ' শৈরেং অসি হৌজিক মতমগী মহাকাব্য (ইপিক) অমনি। হৌজিক মতমগী সভ্যতানি লৌনরিবসিদা কান্নদ্রবা অমদি কাংখোঙ চায়রে হায়না ইলিয়টনা মাগী 'ৱেষ্ট ল্যান্দা' উৎলি। মসিবু খঙনবগী মতাংদা মাগী মতমগী সামাজিক অমদি সাহিত্যিক পুন্সি নৈনদুনা খঙফম থোক্লি।

## সোসিয়েল বেকগ্রাউন্দ

**সহরগী পুন্সি অমদি মসিগী ফত্তবশিং:**

ইলিয়টনা ইংলেন্দা পৃথিবীগী অহানবা লাঙ্গাউ (ইং ১৯১৪) মনুংদা লাকখি। মহাক্কী মফমদা সামাজিক্কী পুন্সি নৈনরোল অসি ইং ১৯১৪ দগী ইং ১৯২২ ফাওবনি হায়বা য়াই। ইং ১৮৯০ গী মতম অসি ইংলেন্দগী ইতিহাসতা সোসিয়েল অমদি লিতরেৰীগী মরমদা মরুওইবা নৈননিংঙাইনি। মসিগী মতম অসি সমাজগী ফিভমদা থুনা খঙহৌদনা হোংখি। অহোংবা শক্তম অসিনা মীশিংগী পুন্সিদা হীরম কয়ামরুমদা অওনবা পুরকখি। শতাব্দী ১৯ শুবগী অরোইবা মতমদা ইংলেন্দগী লৌউ-শিংউ অমদি শেঙ্কুমগী পুন্সিদা মপুংফানা খঙওন ওনখি মসিনা ইংলেন্দগী খুঙ্গংগী পুন্সি লোইশিনখিদুনা সহরগী পুন্সিরোমদা চঙশিল্লকখি। ইন্দষ্ট্রি অমদি সহরগী শক্তমদা খুমাং চাউশিল্লক্কুনা মী য়ামখৎলকপা, লৈফম লৈরক্তবা, অরানবা চুমদবা কয়া, সেক্সকি মোরেল মাংথরকপা, সমাজগী পুন্সিগী অথিবা তুক্কচবা কয়া থোরকখি। কুনশুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা ইংলেন্দা পুক্লীং চোকথবা হৈনিংদবা সহরগী পুন্সিনা লাংতক্লবা শক্তমশিংদু 'ৱেষ্ট ল্যান্দ' শৈরেংদা উৎলি। হোংলক্লিবা শক্তম অসিনা ভিক্তোরিয়ান মতমগী শেলতগী থোইদোকপা মরীনি লৌনরম্বদু মাংশিল্লক্তুনা মীওইবগী য়াইফনবগী শিক্ষা অমদি মেডিকেলনচিংবরোমদা খুমাং চাউশিল্লকখি।



"Divorce today no moral stigma comparable to that of exploiting the poor, or of ill-treating a child." অদুবু থম্মোইগী ব্বাফমদি হেন্না লৈখা তারক্কুনা আধ্যাত্মিক অমদি ধর্মগী থাজনবি ব্বাখল্লোনদি লৈখা তারকখিরম্মী।

**দি স্পিরিট ওফ ক্বেসনিং (ব্বাহংগী থৌনা-লীংজেন):**

মতম অসি অচুম-অরানগী ব্বাখল্লোনদা চমন্নবা তৌফম খঙদবা ওইখি। বৈজ্ঞানিক অমদি র‌্যাশন্যালিজম (যুক্তিবাদ) চাউখৎলকপনা সমাজগী থাজনবি, চৎনরোল কয়াদা ব্বাহং হংনরকপগী লীংজেন লাকখি। ধর্মগী মীৎয়েংলোমদসু থাজগন্দবা, পোৎশকশিংগী ব্বাংমদা চাউশিল্লকখি। মহৌশাগী চৎনরোল অমদি ভিক্তোরিয়ান মতমগী, চেকশিন্দবা খুৎই কয়াদা ব্বাহংখি। চার্লস ডিকন্স অমদি থ্যাকেরি অইবা অনীনা সমাজগী অমোৎপশিংগী ফোঙদোক্লন্বদু হেন্না য়ৌনা ইরমদে। শতাব্দী ১৯গী লোইরমদাই কুনশুবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপদা বর্নাডি শো, ব্বেলস, গেলসব্বার্দিনচিংবনা মতমদুগী সমাজদা শেন্থুম অমদি অচুম-অরানগী মতাংদা নৈনদুনা ইখি। R.A. Scott James না অসুম্না ইদুনা ফোঙদোকখি: "the 20th century has, for its characteristic, to put everything in very sphere of life, to the question and, secondly, in the light of his scepticism, to reform, to reconstruct, to accept the new age as new, and attempt to mould it by conscious, purposeful effort. হীরম কয়াগী মীৎয়েংদগী তোঙান তোঙানবা ব্বাখল্লোনশিংনা ইচম চম্না লেনজরিবা প্রজাশিংগী মফমদা তৌফম খঙদনা চমন্নবা পোকহনখি। অচম্বা মীওইশিংনা করিনা লৌগদগে করম্বনা লৌরোইদবগে হায়না মফম মরাং খঙখিরমদে।

**সব-কনশস (মমি শামি ওইনা খঙবা) মায়কৈরোমদা পামশিল্লকপা:**

পুক্লিংগী বিজ্ঞান্না (psychology) নৌনা পুথোক্লরক্কুনা পুক্লীংদা চিংনবা, মফম খঙদবা, মীওইবগী লৈনরিবা মরী নৈনবা হৌরকখি। ফ্রোইডনা মরম চাদবা অমদি জ্ঞান তাদবা অসিনা মীওইবগী লমচৎতা হেন্না শোকহল্লি হায়না উৎলি। থাঙ্গৈশেংনা মরম চাদবা হায়বসি মীওইবগী পুক্লীংগী ফিভমদা ওইহল্লি। মীওইবগী মশাদা য়াওজরিবা শাফুশিংনা ইরায় লায়না জ্ঞানগী শরুকপু (rationality) জয় তৌরকই। মসিনা ইনৌ নৌনা পুথোরক্কুনা লাংতক্লবা অমদি চমন্নবা ফিভমবু হেন্না ফৎহন্দবা ওইরকই। মীওইবা হায়বসি হেন্না ব্বাখল খনবা ওইদে মখোয়গী লমচৎ অসি নীংথিনা লমজিংদে অমসি মশাদা য়াওজরিবা বুদ্ধিনা খুদুম চনবসু ঙম্মী, জ্ঞান তাদবা (unconscious) অসিগী মনুংদা ফুমদুনা লৈরিবা শাফুশিংগী থৌজালগী মতুংইল্লি।



## সাইকোলোজিদা অনৌবা পুথোরকপশিং: অরেপ্পা লৈতবা ফল

পুক্লীংদা চিংনবা অমদি নীংজিং মাংজিংনবা অমসুং মীওইবগী লৈনরিবা মরী মাংথরকপানচিংবা অসি মনোবিজ্ঞানগী অনৌবা পুথোরকপশিংনা খুমাং চাউশিন্না নৈনরকখি। জর্মন সাইকিয়াট্রিষ্ট ফ্রোইড্‌কী মতুংইন্না ইররাশন্যালিতি (মরম চাদবা) অমদি অনকনশস (খ্রাম্ভবা, জ্ঞান-মাঙবা) হায়বসিনা মীওইবগী লমচৎ-শাজৎতা মওং মতৌ হোংহল্লি। ইররাশন্যালিতি হায়বসি থাঙ্গৈশেংনমক মীওইবগী মশাদা য়াওরিবা পাঙ্গল লোইনা মরুওই। মীওইবগী মশাদা য়াওরিবা পাঙ্গল লোইনা ফুক্কুনা র‍্যাশন্যালিতিবু (খ্রাখল খনবা) লাকশিনবা ঙম্মী। মসিমক পুক্লীংদা য়াম্না লাংহনবা খুপুথোক অমনি। মসিনা মীওইববু চমম্নবা অমদি লাংতক্কবা ফিভম ওইহন্দুনা মী খ্রাহল্লি।

মীওইবগী শাজৎ নৈনরুবগী খঙবা ঙম্লে মহাক্লা র‍্যাশন্যাল ওইরবা (খ্রাখল খনবা) পুন্সি মতম কুইনা ওইরকত্রে। মনোবিজ্ঞান নৈনরোলগী খোঙথাংদা মীওইবগী শাজৎ অসি ওইথোক্লোইদবা তোঙান তোঙানবদা লমদম নৈনরকই। ইমুং মনুংগী লৈমিন্নবা পুন্সিদসু অহোংবা কয়া লাক্লে। নুপা অমসুং নুপী অনিগী মরক্তা পুন্সি খুলেনসু মান্নরক্লে। হৌখিবা মতমগী পুন্সিগা হৌজিক মতমগী পুন্সিগা চাংদম্নবদা মান্নদবশিং থোরকক্কুনা মপা-মমা অমদি মচাশিংগী মরক্তা লৈনবা মরীদসু অহোংবা কয়া থেংনরক্লে। বিজ্ঞান্না অনৌ অনৌ কয়া পুথোরক্কুনা অফবা কান্নবশিং পীরবসু মীওইবগী মরক্তা লৈতাফম খঙদ্রবা মরু য়াওদ্রবা শরুক ওইরক্লে। মসিনা অঙকপনা থল্লবা আধ্যাত্মিক মাংথরকপগী মতাংশিং অমদি ইশা ইশাগী নিংবা কায়রবা অৱাবশিং ওইহল্লে। পুম্নমক্কী ফিভমশিং অসি ইলিয়টকি 'ৱেষ্ট ল্যান্দা' নীংথিনা উবা ফংলি। ফ্রোইড অমদি মাগী তুংইনবা জং (Jung) অমদি বর্গসন নচিংবনা মীওইবগী মশাদা য়াওরিবা অনকনশসবু (unconscious) কুপ্না নৈনদুনা নোমেলবু ওফনোর্মেল ওইরক্কুনা নিউরোতিক (শিংলীগী লায়না) ওইহল্লি। মসিনা কুনশুবা শতাব্দীগী মীওইশিংগী মফমদা শাফু পীরক্কুনা মরুওইনা সেক্সকী পুন্সিদা অহোংবা মান্নদবা শক্তম কয়া উবা ফংলি। ইডিপস কম্পলেক্স (মচানা মমাবু পাদোংবগী মিহুন) শতাব্দী কুনশুবগী অইবশিংনা সমালোচনা তৌনরি। হৌজিক মতমগী সাহিত্য নৈনরোলদসু সব-কনশস (Sub-conscious) অমদি অনকনশস (Un Conscious) কন্না নৈনরি। টি, এস ইলিয়টনসু র‍্যাশন্যালিজমবু (Rationalism) য়ানিংদদনা সুপরহিউম্যান হায়বদি অশেংবা মীওইবু থিরী।

## ওথোরিটেরিয়্যানগী (লৈবাক ঙাকপা মী অমতনা হায়বা নীতি) মায়কৈদা য়ানিংদবা:

পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাও হৌগৎলকপদগী হৌনা লৈবাক ঙাক্লিবা মী অমতগী মায়োক্তা অমদি মতম অদুগী চৎনরোল অমদি ব্রাখল্লোন্দা য়ানিংদবা হৌরকখি। লান মতুংদসু হিংবগী পুক্সিমরেলদা অহোংবা কয়া লাকখি। অরীবা ব্রাখল্লোন খনবা মীওইশিংনা ওথোরিটেরিয়্যান অমদি মীওইবগী ব্রাখল খনববু থাজদুনা চৎনবা পামখি। নহারোলশিংনা অহলশিংদগী হেন্না লৌশিং শিংবা হেল্লি হায়না খনবা হৌখি। মীগী মরাল থিগনবা, মীবু থাজগন্দবা হায়বসিনা মীওইবগী শাজৎ অমসুং চৎনরোল ওইরকখি মতমদগী রাজনীতি, ধর্মনীতি অমদি শেম্ভুমগী মায়য়োক্তা য়ানিংদবা ফোঙদোরক্তুনা নীংথিনা লৈরিবা ইনস্তিটুউটসনশিংনা লৈখা তারকখি। সমাজ অমদি ইমুং মনুংগী পুক্সিদা অহোংবা কয়া লাকখি। মসিনা ইংলেন্দা লাল মতুংদা শেম্ভুমগী শোৎথবা ওইরক্তুনা থবক ফঙদবগী সম স্যা, চান-থক্লবগী পোৎচৈশিং ফংলক্তবা পুক্সি ওইরকখি। মীশিংনা উপায় লৈরক্তদুনা হিংবা ঙমদ্রদুনা পুক্সি লৈনখি। মীওইবনা অনিংবা অপাম্বা অসি এক্সট্রোভর্ট (মশাগী য়েংদবা মীগীদা য়েবা মীতা) মায়কৈদগী ইনট্রোভর্ট (লন্নাই নুংগী ব্রাখলদা পুক্সি লেনবা পাম্বা মী) ওইনা হিংদুনা পুক্সি লেনবা হৌরকখি। আধ্যাত্মিক (Spiritual life) লৈখা তারকপা, নিউরোসিস (Neurosis থোপকি লায়না) শন্দোরক্তুনা পুক্সি শক্তম ওইরকখি। সমাজদা অচুম-অরান খঙলক্তদুনা অনৌবা পুক্সি কদোমদা লেনগদগে হায়না খনবা হৌরকখি।

### অনৌবা নোম্না পুক্সিদা হমদুনা থিবা:

থাজদবা অমদি ট্রেদিসনেলগী থাজনবী মাঙথরকপদগী অইবশিংগী মনুংদা ডি, এইচ, লোরেন্সনসু চমন্নরবা তঙতাদ্রবা পুক্সিদগী নাম্থোক্লবগী মাগী "mystic religion of blood," ডব্লিউ, বী, য়েইত্সগী 'system' (a strange fusion of magic and occultism) নচিং ব্রাখল্লোন নৈনরকখি। ইলিয়টনসু মনুং হঞ্জিন্না মীশিংগী তোঙান তোঙানা মিথশিং (লাই-তীন) অমদি ইউরোপকি লিতরেরি ট্রেদিসন নৈনরকখি। ওথোরোটেরিয়্যানগী মীৎয়েংবু ইউরোপ লৈবাক্তা চৎনরন্নবসু মার্ক্সিজম্না ক্লাস ব্রারগীদমক (class war) ইংলেন্দা ব্রাখল্লোনগী ইহৌ চংলকখি। অনৌবা সমাজ অমা ইকুই কুইদনা তুংদা লাক্লগদবা অসি মার্ক্সিজম্না শাফু পিবা হৌরকখি। মসিনা অ্যারিষ্টোক্র্যাসি (অচৌ-অশাং খরতনা পানবা শাসন) মওংগী লৈঙাকলোন ১৯শুবা শতাব্দী লোইরকপদা মাঙশিল্লকখি। ইংলেন্দা সমাজগী অহোংবা পুরক্তুনা প্রোফিট মোতিব

*মাংথরক্তুনা হেন্না লাইরবগী পংখৈদা হিংবগী পুন্সি কোকখি, শেম্বুমগী চাউখৎনবা খুজিল থৌরংগী কায়াৎ শেমলকখি।*

**লাইরিক কয়া ফোঙনরকপদগী মগুন হম্বনরকপা:**

হৌজিক্কী পুন্সি খুলেন অসিদা অনৌবা লাইরিকশিং মেগাজিন, জর্নেল, পেপরনচিংবা কয়া অহোংবামমলদা ফোঙনরক্লে। শিক্ষা হায়বসি মীপুম খুদিংগী তৌদ-য়াদ্রবা অমা ওইরক্লে। অরিবা মতমগী ফোঙদোক্লরম্বদু মুৎথরক্লে। সিনেমা, টেলেভিজন, অহোংবা নোবেলনচিংবনা অশেংবা পুন্সিগী শক্তম হোংলক্লে। অহোংবা সাহিত্য ('pot boilers') হায়বসিনা অনৌ মতগী শকফম ওইরে। নহারোলশিং অমদি অহল্লোনশিংগী মরক্তা পুন্সি মহিং খেন্নরক্লে। ঈশৈ, অমদি অতোপ্পা ফাইন আর্টস, লিতরেচরদা কল কল্লবা এক্সপেরিমেন্ত তৌরকপনা সংস্কৃতিগী তুংগী হিংনবা লম্বীদা অকায়বা লাক্লবগী হীরম ওইরক্লে।

**মোদর্ন লিতরেচর:**

তশেংনা হায়রবদা হৌজিক মতমগী অইবনা মশামক্লা হিংলিবা সমাজগী ফিভমগা চুন্নবা মাগী খুৎইশিংদা মমি তাহন্দুনা ইদুনা ফোঙদোকই। হৌজিক্কী মতমগী ব্রাখল্লোন শৈরেংগী লমদসু কন্না ইথিল পীদুনা মমি তারি।

---



## *লিতরেরি ব্রেকগ্রাউন্দ:*
## (শতাব্দী কুনগী শৈরেংগী মচৎ)

**হৌজিক মতমগী শৈরেংদা ট্রেসিদন অমদি চাংয়েং:**

মোদর্নিজমবু (হৌজিক্কী মতম) করম্বা চহীদগী হৌরকখিবগী অদুগা ভিক্তোরিয়ান মতমবু করম্বা চহীদা লোইখিবগে হায়বগী য়াম্না লুরবা ৱাফমনি। অদুবু ইংলেন্দা ১৮৯০ মতম অসি ভিক্তোরিয়ানশিংগী লোইশিনখি। অনৌবা অহোংবা থুনা লাক্কুনা, শতাব্দী কুনশুবগী শৈরেংগী ইহৌ চঙলক্কুনা ট্রেদিসনেল অমদি এক্সপরিমেন্তল (চৎনরোল অমদি চাংয়েং) অনিনা পুনশিল্লবা অরি অনৌগী অরুবা মখল মথেলগী শক্তম ওইখি।

**পোথোক মশীং হেন্দকপা অমদি মগুনদি য়াওদবা:**

শতাব্দী কুনশুবা হৌগৎলকপদা শৈরেংগী থোইদোক হেন্দোকপা মচলদি শৈরেংগী খুৎই লাইরিকশিং মরাং কায়না ইনখি। মসিনা শৈরেংগী মগুন হুম্বুবা ওইরকখি। অদু মোদর্ন শৈরেংগী য়ানিংদবগী মায়কৈদনি, শৈরেং অয়াম্বা ঙাইহাক্কী পুন্সি তেনবা, অঙাং মানবা অমদি চাংয়েংনি। Roy compbell না মোদর্ন পোইত্রিবু অসুম্না ফোঙদোকখি "an epiemic of intellectual and emotional diarrhoea." A.C. Ward নসু হায়খি "eccentric, wayward, puerile and commonplace." অদুবু মতম অসিগী মনুংদা থোইদোক হেন্দোকপা কবিশিংগী খুৎইসু য়াওদবা নত্তে, টেনিসন (১৮০৯-১৮৯২) অমদি রোবার্ট ব্রাউনিংগুম্নদি (১৮০২-১৮৮৯) শীংথানবা কবিশিংদি ওইখিদে। অইবশিংনা মশা মশাগী ওইবা ৱাখল,শাওগৎপা ফোঙদোকপা খুৎই ঙাক্তা ওইখি। মতম অসিদা অপাবশিংগী মফমদা নুংঙাইবা পোকহন্নবগীদমক খোমজিন্দুনা ফোঙবা খুৎইশিংনা হেন্না মরুওইখি।

**রিয়েলিজম (পোৎশক্কী অওইবদুদা লৌবা):**

অনৌবা মতমগী শৈরেংগী ইহৌ অসি অহোংবা পাম্বগী শকওং ওইজরবসু বিজ্ঞান্না চাউখৎলকপগী ইথিল পীরকপসিসু অমনি। কবিশিংনা ডিকাদেন্ত রোমান্তিক ট্রেদিসন, (জর্জিয়ান মতমগী শৈরেং) হায়বসিদগী পাম্লরক্তুনা অনৌবা শৈরেং ইবসু হৌরকখি। টি, এস, ইলিয়টকী শৈরেংনসু অহোংবা পুরকপগী ময়েক শেংলবা খুদম উৎখি। কবিনা



প্রমান য়াওদবা রিয়েলিজম অমদি ৱারেংগী ইচম-চম্বা ৱাহৈ-ৱাতানচিংবা ফোঙদোকপরোমদা হেন্না পাম্নখি। বিজ্ঞান্না অমদি অনৌবা মওংগী শাসন্না পুরকপা পুন্সি খুলেনবু চিংনরকখি। "The heavy thud of bus traffic, The cracking of tramcars, the rattling noise of railway trains, the drone of an aeroplane, al these find their echo in modern poetry." চমোৎ চমোৎপা, মকশনবা মচুগী ইন্দষ্ট্রিগী সভ্যতানা পুরকপশিংগী মতাং মতমসিগী কবিশিংগী খুৎই মরুওইনা টি, এস, ইলিয়টকি শৈরেংশিংদা উবা ফংলি। পৃথিবীগী লাঞ্জাও মতুংদা লান অসিনা অমাং-অতা থোকহনখিবশিদু কবিশিংগী শৈরেংদা মশীং হেন্না ইনরকখি। বিজ্ঞানগী অনৌবা পুথোরকপশিংনা মীওইবগী পুন্সিবু মাংহন্নবা তেমশিনরকপবু কবিশিংনা য়ানিংখিদে। ময়ুমমকৈ লৈরকতবা, চানবা ফংলকবা, পুন্সিগী হিংবগী অর্থ থোকলত্তবা অসিনচিংববু কবিশিংনা নিংঙমদনা অৱাবশিং ফোঙদোক্লরকখি। টি, এস, ইলিয়টকি ৱেষ্ট ল্যান্দা হৌজিক্কী মতমগী ৱারবা পুন্সি শক্তম নিংবা কায়রবা পেন্দ্রবশিংদু নিংথীনা নৈনৈ। মহাক্লা রোমান কেথোলিক রোমদা ধর্মগী থাজবা থমখি। ডব্লিউ, বী, য়েইত্সনা সেল্টিক মীথোলোজি রোমদা মীৎয়েং থমখি। অতোপ্পা কবিশিংনসু অচেৎপা লেঙদ্রবা পাম্বৈশিংগী খুৎইশিং ইদনা অনৌবা থৌনা কয়া হৌজিক্কী পৃথিবীগী অহোংবদা ইথিল পীখি। মোদর্ন পোইত্রিদা নিতিগী ঙাংনবা শিজিন্নবা লোল, স্পীচ রিদম, প্রোজেইক ৱাহৈ-ৱাতা শীজিন্নরকখি। ইলিয়টকি পোইত্রিদসু লোলগী ফোঙদোকপদা রিয়েলিজম অমদি ভর্সিফিকেসননচিংবা মরুওইনা নৈনৈ।

**ইন্দ্রি মরাং হৌহল্লিবা প্রকৃতিগী ফজবদা নুংঙাইজবা:**

মোদর্ন পোইটশিংনা মখোয়গী পুক্লীংবু নুংঙাইজরিবা অমদি মশামকপু নুংশিজরিবা অসিনা প্রকৃতিবু শান্নপোৎশিংগী থল্লিবা উপু অমনি লৌজে। W. H. Davies, Walter De La Mare, Edmund Blunden নচিংবা প্রকৃতিবু হেন্না নুংশিজখি অমদি পামজখি। উইলিয়ম ৱার্ডসর্থ, পি, বি, শেলীগুম্না মোদর্ন পোইটশিংনা প্রকৃতিবু মথ্বাই পানবদৌনা আধ্যাত্মিক ওইবরোমদা লমজিংদে। প্রকৃতিবু ইন্দ্রিগী হৌহলদুনা রিয়েলিজমগী মায়কৈদা পুশিল্লকখি। ইলিয়ট মশামক্লা প্রকৃতিগী মতাংদা ইখিদে, খুঙ্গংগী মরমদা ইদদুনা মহাক্কী শৈরেংদি সহরগী মরমদা খুৎ থাখি।

## মীওইববু য়াইফহন্নিংলিবা অমদি থৌনা:
## (The Humanitarian Spirit)

মোদর্ন পোইটশিংনা প্রকৃতিবু নুংশিবদা ৱাংলবসু প্রকৃতিগী মনুংদা লৈরিবা অপিকপা শা-ঙা জীবশিংবু নুংশিখি। মরোল থোকচদ্রবা জীবশিংনা ৱাজরিবা পুন্সিদা কবিশিংনা থৌজাল পোকখি। মীয়াম্না শাসন তৌবা-গনতন্ত্র লৈ লেঙাকলোন লাকপদগী কবিশিংনা মীওইবগী নোম্বতনা অরেম্বা থবকনি লৌনখি। সমাজগী মনুংদা হিংদুনা লৈরিবা ক্রিমিনেলশিং, মতোমতা শিজবশিং, ওক্তবীশিং, য়ুদা লাইচুবশিংনচিংবা অসিগী মীনুংশিগা লোয়ননা লায়েংনবগীদমক সমাজগী থৌদাং য়াম্না চাউই। ডেবিদসন, মেসেফিল্ডনচিংবা কবিশিংনা অতোনবশিং অমদি লাইরবশিংগীদমক থোইদোক্লা ৱাজখি। ডি, ঐইচ, লোরেন্সনা অসুম্না ফোঙদোকখি "The flesh as being wiser than the intellect."

## মমিৎ পাংহনবা (Disillusionment):

নুমিৎ খুদিংগী পুন্সিদা অৱা-অনা থোক্লিবা অসিনা কবিনা মিৎ পাংহন্দুনা ঙসিদি শৈরেং অসি য়াম্না খারবা অমদি ফত্তবরোমগী মায়কৈরোমদা পুশিল্লক্লি। Housman না মীওইবগী খুৎশুমন অসি উফুল ওইরে। ইলিয়টনা মীওইবু করিসু য়াওদ্রবা হাংলবা (Hollow) ওইনা লৌরে। হৌখিবা লাঞ্জাওনা মীবু মিহুল চোংহন্দুনা অচুম-অরাংগী মশক মাংহল্লে। ইলিয়টকী ৱেষ্ট ল্যান্দদা লান মতুংগী নিংবা কায়রবা অৱাবা ফিভমশিং উৎলি। মোদর্ন পোইটশিংনা মীওইবগী পুন্সিবু মপুম ওইনা য়েংই। ঐখোয়না মোদর্ন পোইটশিংনা পুন্সিবু অসুম্না ফোঙদোকপসু থেংনৈ: "Even the works of the most pessimistic of poets, we find wit, satire, humour, grim jests and jokes."

## ধর্মগী ব্যাখা (Religious note):

সাইন্স অমদি রেসনেলিজমগী ৱাখল্লোন্না কবিনা ঈশ্বরবু থাজগন্দবা মী ওইহল্লি। Hardy না ঈশ্বরগী মফমদা নোক্লে, Housman না লাইবু "brute or blackguard" হায়না মিংগৌখি। তৌইগুম্বসুং ধর্মবু অসুম্নদি লৌনখিদে "Religion is no longer a source of inspiration in the new poetry." টি, এস, ইলিয়ট অমদি ফান্সিস থোমসন অনিনা খৃষ্টান মিষ্টিকসিজম হিংগৎনবা হোৎনখি। দি, ঐইচ, লোরেন্সনা মিষ্টিকপু "religion of blood" হায়না মিংগৌখি। ইলিয়টনসু খ্বাইদগী অহেনবা (Supernal) অমগী মরমদা মত ফোঙদোকখি।

## মেটাফিজিকেল ব্যাখা (Metaphysical note):

বিজ্ঞান, ধর্ম, মিষ্টিকসিজম অমদি অতোপ্পা ইথিলশিংনা মোদর্ন পোইত্রিদা কন্না শাফু পীরমখি। শতাব্দী ১৭ শুবা মতমগী মেতাফিজিকেল পোইটশিংগী শৈরেংশিং অমদি জোহন দোনগী (১৫৭৩-১৬৩১) শৈরেংদা নৌহৌনা নৈনবগী অপান্বশিং ফোঙদোক্ল রকখি। ইং ১৯১২দা গ্রিয়র্সনগী খুৎনম ওইনা দোনগী শৈরেংশিং ফোঙ দোকখি। মসিনা ইংরাজী শৈরেংগী লৌশিংগী গুনশিং য়াওবা দোনগী শৈরেংনা ব্রাখল্লোন খঙনরকখি। টি, এস, ইলিয়টনা মেতাফিজিকেল মতম্বু অমুক হন্না হিল্লংহনখি। মহাক্কী শৈরেংদা অঙকপা, তশেংদবা ইমেজরি অমদি মীশিংগী মফমদা অপাম্বা পোকহন্দুনা পুল্লীং চঙহনখি।

## রোমান্তিক নোট সিম্বোলজম:

রিয়্যালিজমগী মায়কৈদা কাহেন্না কনশিনবা থিম অমদি শাজৎ য়াওজরবসু মোদর্ন শৈরেংগী শিংলীদা রোমান্তিসিজমগী ব্রাখল্লোনদি অদুম হিংদুনা লৈরমখি। জর্জিয়ান অমদি এদব্রার্দিয়ান মতমগী শৈরেংশিংদা য়াওরিবা রোমান্তিক ষ্ট্রন (মুক্রবা) অসি ব্রাল্টর ডি লা মারে, জোহন মেসিফিল্ড, এদব্রার্দ থোমাসনচিংবগী শৈরেংশিংদা উবা ফংলি। রোবার্ট ব্রিজনা নুংশি নুংঙোলগী লিরিকশিং অমদি ডব্লিউ, বি, য়েইত্সনা নুংশিবগী শৈরেং শতাব্দী কুনগী মতমদা ইরম্মী। ফ্রেন্স লৈবাক্তসু রোমন্তিকী ইহৌ অসি সিম্বোলিষ্টশিংনা লাফোরগ, ভর্লিন, মেলারামেনচিংবনা কন্না শাফু পীখি। ফ্রেন্স সিম্বোলিষ্টশিংগী ইথিল অসি য়েইত্স অমদি ইলিয়টকী মফমদা তাখি। মসিনা চমম্নবা অমদি অর্থ য়াম্না থোকপা শৈরেংশিং ওইখি।

## শৈরেং অমদি অতৈ আর্ট ফোর্মশিং:

মোদর্ন পোইত্রি হায়বসি ঈশৈগী টেকানিক, স্কল্পচর, পেন্টিং অমদি অতৈ আর্টশিংনা অকনবা ইথিল পীখি। মতম অসিগী পোইটশিংনা মনিংতম্না ব্রাহৈ-ব্রাতা অমসুং অতোপ্পা আর্টশিংগী টেকনিকশিং লৌখি। সি, এ কম্মিংনা মাগী শৈরেংবু শমজিন্দুনা টাইপোগ্রাফিকেল ডিজাইন, সিটব্রেলসনা কুিউবিষ্ট পেন্টরগী মতৌ মওং লৌদুনা শৈরেং ইখি, ব্রাহৈশিংনা পিবা অর্থদগী খোঞ্জোক্লা হেন্না মরু ওইনা লৌখি। টি, এস, ইলিয়টকি ব্রেষ্ট ল্যান্দা সিম্ফোনিগী লেংখোৎপা শক্তম য়াওহল্লি। মসিমক্লা আই, এ, রিচার্ডনা ইলিয়টকী শৈরেংবু 'The music of ideas' হায়না মিঙ্গৌখি। সেনিমাতোগ্রাফকী টেকনিক অসি ইলিয়টনা ব্রেষ্ট ল্যান্দা নিংথীনা পুথোক্লে। মরী লৈনদবা সিনসৎ ড্রামাটিক সিটিউয়েসন ওইনা ফিল্মদা মরী লৈনদবা উৎপগুম উৎলি। মহাক্লা মমাঙৈদগী হেন্না মরাং কায়না ফোঙদোকপসি মওংসু উৎলে।

## ভর্স লিব্রে (Verse Libre): নিউ টেকনিক

মোদর্ন পোইটশিংনা অনৌবা শৈরেং ইবগী মওং অমসুং পোইতিক হৌদোক্লরকখি। খুল্লকলোন অমদি নিতিগী ঙাংবা ৱাহৈ-ৱাতা শিজিন্নদুনা শৈরেংগী অনেম-অৱাংগী তাম্থা হেন্না শিজিন্নরকখি। মিতর শিজিন্নবা ৱাৎলক্লুনা ভর্স লিব্রে (নিউ টেকনিক) অসি হেন্না শিজিন্নবা হেন্গৎলকখি। রাইম অমদি মিতর শিজিন্নবা তৌদনা পুক্নীংগী ইথিলগী মতুংইন্না ষ্ট্রেসশিং তোঙান তোঙান্না শিজিন্নৈ, ভর্স রিদমগী মহুত্তা সেন্স রিদম ওইনা শিজিন্নৈ। সিম্বোলশিংনা মশা মশাগী ওইনা মরাং কায়না শিজিন্নরগা 'pure sensations' দা ফোঙদোকই। মসিনা য়েইত্স অমদি ইলিয়ট নৈনবদা অরুবা চমম্লবা পোকহল্লি। মোদর্ন সাইকোলোজিষ্টশিং ফ্রোইড, জং, বর্গসনগী ইথিলনা সবকনশস, অনকনশস নৈনবদা হীরম অমা ওইরকলি, মরুওইরিবদি মপাম্বোংগী নৈনবনা হোংলক্লিবদি 'দি সাইকি' (the psyche)।

## অনৌ অনৌবা হৌদোকপশিং (Innovations):

ইমপ্রেশননিজম, ইম্যাজিজম অমদি সররিয়্যালিজম অমদি অনৌবা হৌদোকপা খর কুনশুবা চহিগী শৈরেংগী ইহৌ ওইখি। ইমপ্রেশননিষ্টশিংনা (ময়ামগী পুক্নীং চিংশিন্নবা মতা য়েংদুনা লাইয়েকপা অমদি লাইরিক লেংবা মী) অঙকপা ইমেজরি অমদি মেতাফর শিজিন্নদুনা পুক্নীং নত্রগা হকচাংদা মীয়াম্বু মিপাইনিঙাই ওইহনখি। ইম্যাজিষ্ট এজরা পাউন্দনা ৱাখল মিহুন্নচিংববু তশেংনা হায়দোক্লুনা বুদ্বি অমদি পুক্নীংগী অরুবশিংবু ফোঙদোকখি। সররিয়্যালিষ্টশিংনা (মংলানচান্দা মীওইবগী পুক্নীংনা তৌবা ৱাবু ব্যাখা তৌরিবা) সবকনশস নত্রগা অনকনশসকি ফিভমদা কনশসনা অথিংবা পিদনা মনিংতমহল্লি। টি, এস, ইলিয়টকি খুৎইশিংদা মথক্কী অনৌবা হৌদোকপশিংগী অকনবা মম্নি তাখি। মরমশিং অসিনা মোদর্ন পোইট্রি হেন্না লুশিনবা পারিবা মীশিংগী মফমদা অরেম্বদা অৱাবা তাহল্লি। অনৌবা হৌদোরকপশিংনা মচিংমশোল নাইনা হেন্না লুশিনবা ওইরবসু ঙসিগী পোইটশিংনা হনবা লৈতনা নাচুংদনা মশাগী অনিংবতনা ঙমখৈ ওইদুনা মখোয়না ইরিবদু মীয়াম্না পাল্লবসু পামদ্রবসু মখলশিংগী খুৎই অদুম চৎথদুনা ইরি।

- - - - - - - - - - - - - -



## THE BURIAL OF THE DEAD



*April is the cruellest month, breeding*
*Lilacs out of the dead land, mixing*
*Memory and desire, stirring*
*Dull roots with spring rain.*
*Winter kept us warm, covering*
*Earth in forgetful snow, feeding*
*A little life with dried tubers.*
*Summer surprised us, coming over the Starnbergersee*
*With a shower of rain; we stopped in the colonnade,*
*And went on in sunlight, into the Hofgarten*
*And drank coffee, and talked for an hour.*
*Bin gar keine Russin, stamm'aus Litauen, echt deutsch.*
*And when we were children, staying at the arch-duke's*
*My cousin's, he took me out on a sled,*
*And I was frightened. He said, Marie,*
*Marie, hold on tight. And down we went*
*In the mountains, there you feel free.*
*I read, much of the night, and go south in the winter.*

*What are the roots that clutch, what branches grow*
*Out of this stony rubbish? Son of man,*



*You cannot say, or guess, for you know only*
*A heap of broken images, where the sun beats.*
*And the dead tree gives no shelter, the cricket no relief,*
*And the dry stone no sound of water. Only*
*There is shadow under this red rock,*
*(Come in under the shadow of this red rock),*
*And I will show you something different from either*
*Your shadow at morning striding behind you*
*Or your shadow at evening rising to meet you:*
*I will show you fear in a handful of dust,*
*Frisch weht der Wind*
*Der Heimat zu*
*Mein Irisch Kind*
*Wo weilest du?*
*'You gave me hyacinths first a year ago;*
*'They called me the hyacinth girt.'*
*Yet when we came back, late, from the hyacinth garden,*
*Your arms full, and your hair wet, I could not*
*Speak, andmy eyes failed, I was neither*
*Living nor dead, and I knew nothing,*
*Looking into the heart of light, the silence*
*Oed' und leer das Meer.*

*Madame Sosostris, famous clairvoyante,*
*Had a bad cold, nevertheless*
*Is known to be the wisest woman in Europe,*
*With a wicked pack of cards. Here, said she,*
*Is your card, the drowned Phoenician Sailor,*
*(Those are pearls that were his eyes, Look!)*
*Here is Belladonna, the Lady of the Rocks,*
*The lady of situations.*



*Here is the man with three staves, and here the Wheel,*
*And here is the one-eyed merchant, and this card,*
*Which is blank, is something he carries on his back,*
*Which I am forbidden to see. I do not find*
*The Hanged Man, Fear death by water.*
*I see crowds of people, walking round in a ring.*
*Thank you. If you see dear Mrs. Equitone,*
*Tell her I bring thehoroscope myself:*
*One must be so careful these days.*

*Unreal City.*
*Under the brown fog of a winter dawn.*
*A crown flowed over London Bridge, so many,*
*I had not thought death had undone so many.*
*Sighs, short and infrequent, were exhaled,*
*And each man fixed his eyes before his feet.*
*Flowed up the hill and down king William Street,*
*To where Saint Mary Woolnoth kept the hours*
*With a dead sound on the final stroke of nine.*
*There I waw one I knew, and stopped him crying;Stetson!*

*'You who were with me in the ships at Mylae!*
*'That corpse you planted last year in your garden,*
*'Has it begun to sprout? Will it bloom this year?*
*'Or has the sudden frost disturbed its bed?*
*'On keep the Dog far hence, that's friend to men,*
*'Or with his nails he'll dig it up again'*
*'You "hypocrite lecteur!-mon semblable,-mon frere!'*

\- - - - - - - - - - - - -



## A GAME OF CHESS



*The Chair she sat in, like a burnished throne,*
*Glowed on the marble, where the glass*
*Held up by standards wrought with fruied vines.*
*From which a golden Cupidon peeped out*
*(Another hid his eyes behind his wing)*
*Doubled the flames of sevenbranched candelabra*
*Reflecting light upon the table as*
*The glitter of her jewels rose to meet it,*
*From satin cases poured in rich profusion.*
*In vials of ivory and coloured glass*
*Unstoppered, lurked her strange synthetic perfumes,*
*Unguent, powdered, or liquid-troubled, confused*
*And drowned the sense in odours: stirred by the air*
*That freshened from the window, these ascended*
*In fattening the prolonged candle-flames,*
*Flung their smoke into the laquearia,*
*Stirring the pattern on the coffered ceiling.*
*Huge sea-weed fed with copper*
*Burned green and orange, framed by the coloured stone,*
*In which sad light a cared dolphin swam.*
*Above the antique mantel was displayed*
*As though a window gave upon the sylvan scene*



*The change of Philomel, by the barbarous king*
*So rudely forced; yet there the nightingale*
*Filled all the desert with inviolable voice*
*And still she cried, and still the world pursues,*
*'Jug Jug' to dirty ears.*
*And other withered stumps of time*
*Were told upon the walls; staring forms*
*Leaned out, leaning hushing the room enclosed.*
*Footsteps shuffled on the stair.*
*Under the firelight, under the brush, her hair*
*Spread out in fiery points*
*Glowed into words, then would be savgely still.*

*My nerves are bad to-night. Yes, bad. Stay with me.*
*Speak to me. Why do you never speak. Speak.*
*What are you thinking of? What thinking? What?*
*I never know what you are thinking. Think.*

*I think we are in rats' alley*
*Where the dead men lost their bones.*

*What is that noise?*
*The wind under the door.*
*'What is that noise now? What is the wind doing?*
*Nothing again nothing.*
*'Do*
*You know nothing? Do you see nothing?*
*Do you remember*
*Nothing? I remember*
*Those are pearls that were his eyes.*



*'Are you alive, or not? Is there nothing in your head?'*
*But*
*O O O O that Shakespearian Rag-*
*It's so elegant*
*So intelligent*
*'What shall I do now? What shall I do?*
*I shall rush out as I am, and walk the street*
*With my hair down, so. What shall we do tomorrow?*
*What shall we ever do?*
*The hot water at ten.*
*And if it rains, a closed car at four.*
*And we shall play a game of chess,*
*Pressing lidless eyes and waiting for a knock upon the door*
*When Lil's husband got demobbed, I said-*
*I didn't mince my words, I said to her myself,*
*HURRY UP PLEASE ITS TIME*
*Now Albert's coming back, make yourself a bit smart.*
*He'll want to know what you done with that money he gave you*
*To get yourself some teeth. He did, I was there.*
*You have them all out, Lil, and get a nice set,*
*He said, I swear, I can't bear to look at you.*
*And no more can't I, I said, and think of poor Albert,*
*He's been in the army four years, he wants a good time,*
*And if you don't give it him there's others will, I said.*
*Oh is there, she said. Something o'that, I said*
*Then I'll know who to thank, she said, and give me a Straight look.*
*HURRY UP PLEASE ITS TIME*
*If you don't like it you can get on with it, I said.*



*Others can pick and choose if you can't.*
*But if Albert makes off, it won't be for lack of telling.*
*You ought to be ashamed, I said, to look so antique.*
*(And her only thirty-one.)*
*I can't help it, she said, pulling a long face,*
*It's them pills I took, to bring it off, she said.*
*(She's had five already, and nearly died of young George.)*
*The chemist said it would be all right, but I've never been*
*the same.*
*Your are a proper fool, I said.*
*Well, if Albert won't leave you alone, there it is, I said,*
*What you get married for if you don't want children?*
*HURRY UP PLEASE ITS TIME*
*Well, that Sunday Albert was home, they had a hot*
*gammon,*
*And they asked me in to dinner, to get the beauty of it*
*hot-*

*HURRY UP PLEASE ITS TIME*
*HURRY UP PLEASE ITS TIME*
*Goonight Bill. Goonight Lou. Goonight May. Goonight,*
*Ta ta. Goonight, Goonight.*
*Good night, ladies good night, sweet ladies, good night,*
*Good night.*

-------------

## THE FIRE SERMON



*The river's tent is broken; the last fingers of leaf*
*Clutch and sink into the wet bank. The wind*
*Crosses the brown land, unheard. The nymphs are*
*departed*
*Sweet Thames,run softly, till I end my song.*
*The river bears no empty bottles, sandwich papers,*
*Silk handkerchiefs, cardboard boxes, cigarette ends*
*Or other testimony of summer nights. The nymphs are*
*departed.*

*And their friends the loitering heirs of City directors;*
*Departed, have left on addresses.*
*By the waters of Leman I sat down and wept...*
*Sweet Thames, run softly till I end my song.*
*Sweet Thames, run softly, for I speak not loud or long.*
*But at my back in a cold blast I hear*
*The rattle of the bones and chuckle spread from ear to ear.*

*A rat crept softly through the vegetation*
*Draggingits slimy belly on the bank*
*While I was fishing in the dull canal*
*On a winer evening round behind the gashouse*
*Musing upon the king my brother's wreck*
*And on the king my father's death before him*
*White bodies naked on the low damp ground*
*And bones cast in a little low dry garret,*
*Rattled by the rat's foot only, year to year.*
*But at my back from time to time I hear*



*The sound of horns and motors, which shall bring*
*Sweeney to Mrs. Porter in the spring.*
*O the moon shone bright on Mrs. Porter*
*And on her daughter*
*They wash their feet in soda water*
*Et O ces voix d'enfants, chantant dans la coupole!*

*Twit twit twit*
*Jug jug jug jug jug jug*
*So rudely forc'd*
*Tereu*

*Unreal City*
*Under the brown fog of a winter noon*
*Mr. Eugenides, the Smyrna merchant*
*Unshaven, with a pocket full of currants*
*C.i.f. London: documents at sight,*
*Asked me in demotic French*
*To luncheon at the Cannon Street Hotel*
*Followed by a weekend at the Metropole.*

*At the violet hour, when the eyes and back*
*Turn upward from the desk, when the human engine waits*
*Like a taxi throbbing waiting,*
*I Tiresias, though blind, throbbing between two lives.*
*Old man with wrinkled female breasts, can see*
*At the violet hour, the evening hour that strives*
*Homeward, and brings the sailor home from sea*
*The typist home at teatime, clears her breakfast, lights*
*Her stove, and lays out food in tins.*
*Out of the window perilously spread*
*Her drying combinations touched by the sun's last rays,*



*On the divan are piled (at night her bed)*
*Stockings, slippers, camisoles, and stays.*
*I Tiresias, old man with wrinkled dugs*
*Perceived the scene, and foretold the rest-*
*I too awaited the expected guest.*
*He, the young man carbuncular, arrives,*
*A small house agent's clerk, with one bold stare,*
*One of the low on whom assurance sits*
*As a silk hat on a Bradford millionaire.*
*The time is now propitious, as he guesses,*
*The meal is ended, she is bored and tired,*
*Endeavours to engage her in caresses*
*Which still are unreproved, if undesired.*
*Flushed and decided, he assaults at once:*
*Exploring hands encounter no defence;*
*His varity requires no response,*
*And makes a welcome of indifference.*
*(And I Tiresias have foresuffered all*
*Enacted on this same divan or bed;*
*I who have sat by Thebes below the wall*
*And walked among the lowest of the dead.*
*Bestows one final patronising kiss,*
*And gropes his way, finding the stairs unlit.......*

*She turns and looks a moment in the glass*

*Hardly aware of her departed lover;*
*Her brain allows one half-formed thought to pass;*
*'Well now that's done: and and I'm glad it's over*
*When lovely woman stoops to folly and*
*Paces about her room again, alone.*
*She smooths her hair with automatic hand.*



*And puts a record on the gramophone.*

*'This music crept by me upon the waters'*
*And along the Strand, up Queen Victoria Street.*
*O City city, I can sometimes hear*
*Beside a public bar in Lower Thames Street,*
*The pleasant whining of a mandoline*
*And a clatter and chatter from within*
*Where fishmen lounge at noon; where the walls*
*Of Magnus Martyr hold*
*Inexplicable splendour of Ionian white and gold.*

*The river sweats*
*Oil and tar*
*The barges drift*
*With the turning tide*

*Red sails*
*Wide*
*To leeward, swing on the heavy spar.*
*The barges wash*
*Drifting logs*
*Down Greenwich reach*
*Past the Isle of Dogs.*
*Weialala leia*
*Wallala leialala*

*Elizabeth and Leicester*
*Beating oars*
*The stern was formed*
*A gilded shell*
*Red and gold*
*The brisk swell*



*Rippled both shores*
*Southwest wind*
*Carried down stream*
*The peal of bells*
*White towers*

*Weialala leia*
*Wallala leialala*

*'Trams and dusty trees.*
*Highbury bore me. Richmond and Kew*
*Undid me. By Richmond I raised my knees*
*Supine on the floor of a narrow canoe.!*

*'My feet are at Moorgate, and my heart*
*Undermy feet. After the event*
*He wept. He promised "a new start"*
*I made no comment. What should I resent?*

*'On Margate Sands.*
*I can connect*
*Nothing with nothing.*
*The broken fingernails of dirty hands.*
*My people humble people who expect*
*Nothing,*
*la la*

*To Carthage then I came*

*Burning burning burning burning*
*O Lord Thou pluckest me out*
*O Lord Thou pluckest*

*burning*







## DEATH BY WATER

*Phlebas the Phoenician, a fortnight dead,*
*Forgot the cry of gulls, and the deep sea swell*
*And the profit and loss.*

*A current under sea*
*Picked his bones in whispers. As he rose and fell*
*He passed the stages of his age and youth*
*Entering the whirlpool.*
*Gentile or Jew*
*O you who turn the wheel and look to windward,*
*Consider Phlebas, who was once handsome and tall as*
*You.*

---



## WHAT THE THUNDER SAID



*After the torchlight red on sweaty faces*
*After the frosty silence in the gardens*
*After the agony in stony places*
*The shouting and the crying*
*Prison and palace and reverberation*
*Of thunder of spring over distant mountains*
*He who was living is now dead*
*We who were living are now dying*
*With a little paience*

*Here is no water but only rock*
*Rock and no water and the sandy road*
*The road winding above among the mountains*
*Which are mountains of rock without water*
*If there were water we should stop and drink*
*Amongst the rock one cannot stop or think*
*Sweat is dry and feet are in the sand*
*If there were only water amongst the rock*
*Dead mountain mouth of carious teeth that cannot spit*
*Here one can neither stand nor lie nor sit*
*There is not even silence in the mountains*
*But dry sterile thunder without rain*
*There is not even solitude in the mountains*
*But red sullen faces sneer and snarl*
*From doors of mudcracked houses*
*If there were water*

*And no rock*
*If there were rock*



*And also water*
*And water*

*A spring*
*A pool among the rock*
*If there were the sound of water only*
*Not the cicada*
*And dry grass singing*
*But sound of water over a rock*
*Where the hermit-thrush sings in the pine trees*
*Drip drop drip drop drop drop drop*
*But there is no water*

*Who is the third who walks always beside you?*
*When I count, there are only you and I together*
*But when I look ahead up the white road*
*There is always another one walking beside you*
*Gliding wrapt in a brown mantle hooded*
*I do not know whether a man or a woman*
*-But who is that on the other side of you?*

*What is that sound high in the air*
*Murmur of maternal lamentation*
*Who are those hooded hordes swarming*
*Over endless plains, stumbling in cracked earth*
*Ringed by the flat horizon only*
*What is the city over the mountains*
*Cracks and reforms and bursts in the violet air*
*Falling towers*
*Jerusalem Athens Alexandria*
*Vienna London*
*Unreal*



*A woman drew her long black hair out tight*
*And fiddled whisper music on those strings*
*And bats with baby faces in the violet light*
*Whistled, and beat their wings*
*And crawled head downward down a blackened wall*
*And upside down in air were towers*
*Tolling reminiscent bells, that kept the hours*
*And voices singing out of empty cisterns and exhausted wells.*

*In this decayed hole among the mountains*
*In the faint moonlight, the grass is singing*
*Over the tumbled graves, about the chapel*
*There is the empty chapel, only the wind's home.*
*It has no windows, and the door swings,*
*Dry bones can harm no one.*
*Only a cock stood on the roof tree*
*Co co rico co co rico*
*In a flash of lightning. Then a damp gust*
*Bringing rain*

*Ganga was sunken, and the limp leaves*
*Waited for rain, while the black clouds*
*Gathered far distant, over Himavant.*
*The jungle crouched humped in silence.*
*Then spoke the thunder*
*DA*
*Datta: what have we given?*
*My friend, blood shaking my heart*
*The awful daring of a moment's surrender*
*Which an age of prudence can never retract*
*By this, and this only, we have existed*
*Which is not to be found in our obituaries*

*Or in memories draped by the beneficent spider*
*Or !!:.der seals broken by the lean solicitor*
*In our empty rooms*
*DA*
*Dayadhvam: I have heard the key*
*Turn in the door once and turn once only*
*We think of the key, each in his prison*
*Thinking of the key, each confirms a prison*
*Only at nightfall, aethereal rumours*
*Revive for a moment a broken Coriolanus*
*DA*
*Damyata: The boat responded*
*Gailv, to the hand expert with sail and oar*

*The sea was calm, your heart would have responded*
*Gaily, when invited, beating obedient*
*To controlling hands*
*I sat upon the shore*
*Fishing, with the arid plain behind me*
*Shall I at least set my lands in order?*
*London Bridge is falling down failing down falling down*
*Poi s'ascose nel foco che gli affina*
*Quando fiam uti chelidon-O swallow swallow*
*Le Prince d'Aquitaine a'la tour abolie*

*These fragments I have shored against my ruins*
*Why then Ile fit you. Hieronymo's mad againe.*
*Datta Dayadhvam. Damyata.*
*Shantih shantih shantih*

- - - - - - - - - - - - - -

# দি ৱেষ্ট ল্যান্দগী

## অহানবা শরূক

ৱেষ্ট ল্যান্দগী অহানবা শরূক্তা য়াওরিবা দি ব্যুরিয়েল ওফ দি ডেড হায়বসিদা অসুম্না উৎলি: (১) শিরবা ফর্টিলিটি গোডপু লৈরোল চনবা (২) খৃষ্টান চর্চনা অশিবগী লৈরোল চনবা। মথক্তা পল্লিবা থৌদোক অনি অসিনা উৎলিবদি শিরবা মতুংদা (after dead) অমুক হন্না পোকই (re-birth) হায়বসিনি। ৱেষ্ট ল্যান্দা লৈরিবা জীবশিং অসি শিরবনি, মখোয়না অমুক হন্না পোকপদি অৱাবনি খল্লি। এপ্রিল হায়বা থা অসি মখোয়গী মফমদদি নুংশিহৈতনা তমথিরবা মতমনি। ৱেষ্ট ল্যান্দগী মফমদা লৈতবা জীবশিংগীদমক্তি এপ্রিল থা অসি নৌহৌনা ময়োল চোংদুনা হন্না পোকপা মতমনি লৌনরিবনি। অদুবু ৱেষ্ট ল্যান্দগী মীওইশিংনদি নিংথম থাবু স্পিরিটিউয়্যাল ডেডপু হেন্না পামজৈ ("They disliked to be roused from their death-in-life" Cleanth Brooks)। মখোয়না পুন্সিগী মমলবু মথক মখা থোক ওলহল্লি। এপ্রিল থাবু তমথিরবা মতমনি লৌই, নিংথম থাবু স্পিরিটিউয়্যাল ডেড ওইনা খন্দুনা মখোয়না মশাবু লুম্না শাহন্দুনা থবক অমত্তা পাংথোক্তে। মসিমক Chaucer prolouge তা উৎলিবা অথোইবা পরেং মক্কা চাংদম্নবা য়াই। মহাক্না এপ্রিল থাবু জীবশিংগী ময়োল চোংলবা নৌহৌনবা মতমনি লৌখি।

When that April with his shoures soote.
The droghte of March hath perced to the roote
And bathed every Veyne in swich licour
of which virtu engendered is the flour;
Whan Zephirus eek with his sweete breeth

When in April the sweet showers fall
And pierce the drought of March to the root, and all
The veins are bathed in liquor of such power
As brings about the engendering of the flower,
when also Zephyrus with his sweet breath)

মসিগী মরুওইবা অর্থদি স্পিরিটিউয়্যাল লৈখা তাদুনা ব্রেষ্টল্যান্দা লৈরিবশিংগী পুন্সি অসি শিরবনি। মখোয়গী মফমদদি এপ্রিল থা হায়বসিদা নৌহৌনা উপাল-হৈপালশিংনা হিংলকপদু তমথিরবা মশক্লি। ব্রেষ্ট ল্যান্দরসশিংনা এপ্রিল থাবু নীংথিনা তরাম্না ওকপিদুনা তৌদে। থা অসিদা অনৌবা কুমগী নোংহৌ লাক্তুনা জীবশিংনা হিংজবদু মখোয়না পামদে। মখোয়না নিংথমথাগী মতৌগুম শিদুনা লৈবদু পামখি। নিংথম থাগী অশাবদা হিংদনা লৈবা মতমবু উনশাগী নুংঙাইববু অথোইবা পুন্সিনি লৌখি।

**মরুহৌদ্রবা য়ুমফম য়াওদ্রবা হৌজিক মতমগী মীওইশিংগী পুন্সি:**

টেরেসিয়াসকী ব্রাখলনা হৌজিক মতমগী মীওইশিংগী মহুৎশিনবা ওইনা ফোঙদোক্লি। টেরেসিয়াস অমদি মাগী মরুপ নুপীমচা অসিগা লোয়ননা জর্মনীদা লমকোয়বা চৎপদো কালেনগী নোংজুনা মখোয় অনীমক নোংচোৎখি। মখোয় অনিমক উশিংগী মরুমদা নোংথুপখি। হোফ গার্ডের্ন তম্না চত্তুনা নুংশা মঙালদা কোয়খি।কফি থত্তুনা পূং অমা চুপ্না ব্রারী শান্নখি।মেরিনা হায়:"ঐহাক রুশিয়ান অমা নত্তে, ঐ লিথুনিয়াদগী লাকপনি,ঐ তশেংবা জর্মন অমনি।" মেরিনা অঙাং ওইরিঙৈদা মাগী মখুত্তা আর্চদিউককা লোয়ননা লমকোয়বদা স্লেজ তোংদুনা চৎপদা য়াম্না কিজখি। মখুরানা চেৎনা পায়উ হায়রগা অনিমক কুমথরকখি। হৌজিক্তি মেরি অথেংবা অহীংদসু কন্না লাইরিক পারে। নীংথম থাগী মতমদনা মাগী ছুটি লাকপদা খারোমদা লমকোয়খি।

**ব্রেষ্টল্যান্দা মফম খঙদনা চয়েৎনবা:**

শিরবা কংলবা ব্রেষ্টল্যান্দা করম্বা উপালগী মহৈনা হৌদুনা পাল্লিবগে?

হৌদ্রে পান্দ্রে।অকংবা লমদমদা আধ্যাত্মিক্কী ব্রাখল লৈত্রে। মীওইবনা ব্রেষ্টল্যান্দগী লমদমদা কায়রবা মূর্তিশিং মমি, কান্নদ্রবা ভেল্যু, অরিবা সংস্কৃতিদি উবা ফংলি।

অকংবা উখাদা নুমিৎকী শারবা মৈশাদগী ঙাকথোক্লবা উরুম লৈতে। মহৌশাগী মখোলনা নুংঙাইবা পোকহন্দে, ঈশিং চেম্বগী মখোলনা পিবা অনৌবা নুংঙাইবসু পোকহন্দে। খৃষ্টান ধর্মগী অঙাংবা চীংগী মচুদি লৈ।খৃষ্টগী মফমদা থাজবা ব্রাখলদি অমরনি, মীওইপোক্কী থাজবদি অশিবনি। নহা ওইরিঙৈগী মতমদা মমিনা তুংদা লৈ, অদুগা অহলগী মতমদনা মমিনা মাংলোমদা লৈ। মীওইবদি শিরগা উফুলগা লোয়ননা শীমিন্নে।

**অরানবা নুংশিনবা অনীগী থৌদোক:**

ৱেজনরগী ওপেরা - "Tristan and Isolde" দগীঅরানবা নুংশিনবগী ৱারীনি। হিহোনবা অমনা মাগী থাপ্না লৈহৌবি চান্নরবী অমগী মফমদা শকখিবা ঈশৈনি। "The wind blows fresh to the homeland. My Irish girl, where are you lingering? অনিশুবা মখলগী অরানবা নুংশিবগী মতাংনা Hyacinth Girl অমদি মাগী চান্নরবা অনিগী ৱারীনি। Hyacinth Girl(কবোকং নুপীমচা) অসিনা নুংশিজরিবা নুপামচা অদুগী মফমদা হায়খি -চহি অমগী মমাংদা নহাক্না কবোকং লৈ ঐঙোন্দা পীখি। মীশিংনা ঐহাকপু কবোকং নুপীমচা হায়না কৌনরে। কবোকং-লৈকোনদগী হল্লকপা মতমদা ঐহাক ৱা অমত্তা ঙাংথোকপা ঙমখিদে, পোৎ অমতসু উবা ঙমখিদে, অশিবনি অহিংবনি হায়বসু ঙমদে, ঐনা তুমিন্না চপ লেপ্তুনা লৌশিং তাদনা লৈখি। মসিমক অরানবা নুংশিনবগী খুদমনি হায়না "desolate and the empty sea" লৌনরি। মাগী চান্নরবা মীশক অদু সমুদ্রগী জহাজদা তোংদুনা পুরকপগী খুদমসু লৈতে।

**হৌজিক মতমগী তুংগী দশা হায়রিবা মী:**

মেডাম সোসোসত্রিস হায়বি মমিং লৈরবি তুংগী দশা হায়বা ঙন্বী অসি নিংথম-লায়নানা নাখি। ইউরোপত মহাদেশতা মহাকপু খ্বাইদগী হেন্না লৌশিং শিংবী নুপী অমা ওইনা লৌনৈ। মরমদি মহাক্কী পেক ওফ কার্ডনা মীশিংগী তুংগী দশা হায়খি- "মফম অসিদা ইরাকনখ্রবা ফিনিসিয়ান হিহোনবা অসিগী কার্ড লৈরে, মহাক্কী মমিৎতা য়েংউ মনি মৃক্তাগুমই। মহাক্না অতোপ্পা কার্ড বেল্লাডোনা, লেডী ওফ রোক্স, লেডী ওফ সেক্স সিচ্যুয়েসন্স" লৈরে উৎলি। অমুক হন্না মহাক্না নুপা অমনা চৈ অহুমগা লোয়নবা, চক্কা, মিৎ অমখক্তা পানবা লল্লোনবা, অহাংবা কার্ড, মীশিংনা কোয়না কোয়না চৎপা উৎখি। মহাক্না মিসিজ এক্কইতোনবু থেংনরবদি মাগী কুঠী পুরক্লবসু হায়খি। মহাক শিনফম অসিদা য়াম্না চেকশিনবা তাবনি ফোঙদোকখি। মরমদি মহাক্না তৌরিবসি আইন্না য়াদবনি, পুলিসপু মহাক্না কিখি।

**তশেংদ্রবা সহর:**

লণ্ডন লৈচিলনা ফুৱাউন্না কুপশিনবা নীংথম থাগীঅয়ুক অমদা মীশিংনা লণ্ডনগী থোং মথক্তা চৎথোক চৎশিন তৌরম্মী, মীশিংদু মশিং থিবসু ঙমদে। চৎলিবা মীশিং অসি আধ্যাত্মিক য়াওদ্রবা অশিবা ঙাক্তনি হায়নসু খনখিদে। চৎলিবা মীশিংনা হায়ফেৎ য়েংল-য়েংলদুনা লুকথনা চৎলম্মী। মীয়াম্না অঙম্বা চীংথকলোমদা কারুরগা অনেম্বরোমদা কুমথরক্তুনা সেন্ত মেরি উলনোথ তম্না ফাওরগা কিং উইলিয়ম ষ্ট্রিত মায়কৈদা চর্চ চৎলি। মীশিংনা লম্বী চৎলিঙৈদা চর্চকি ঘড়ীদা পুং মাপল য়ৈখি।



**ব্রেষ্ট ল্যান্দগী মহুৎশিনবা ওইনা ষ্টেটসন:**

ব্রেষ্টল্যান্দা য়াওরিবা অথোইবা নায়ক টেরেসিয়াসনা মাগী মরুপ লণ্ডন লম্বীদা চৎলিবা ষ্টেটসনবু কৌরদুনা হায়খি। লম্বীদা চৎলিবা ঐগী মরুপপু উরে। টাইরেসিয়াস ঐনা খাল্লগা কৌখি -'ষ্টেটসন' নহাক মাইলেদা জহাজ তোংমিন্নখি। হৌখিবা চহীদা নহাক্কী ইংখোলদা থাখিবা মরু অদু করম তৌখ্রবগে? ময়োল চোংখৎলক্লদ্রা? কুমশি চহী অসিদা মপাল শাৎলগদ্রা? নত্রগা খঙহৌদনা উন তাশিন্দুনা মাগী কাংখুলদা হৌবা ঙমদদুনা কংশিনখ্রবরা? ওহ! হুই অদু মরু মনাক্তগী থাপ্না তাম্ব্রোকখো, হুই হায়বসি মীগী মরুপনি নত্রগা মহাক্না মাগী খুজিলনা লৈপাক অদু হন্না খোৎতোকখিনি। "মসিমক ষ্টেটসনগী মফমদা হায়রবসু মরুওইনা খঙলিবদি হৌজিক মতমগী পৃথিবীদা লৈরিবা মীশিংগী মফমদা চেকশিন্নবা হায়বনি। মরমদি ব্রেষ্ট ল্যান্দগী মফমদদি স্পিরিটিউয়্যাল ওইনা অমুক হন্না পোকপগী ব্রাফম লৈত্রে।"

- - - - - - - - - - - - - -



# দি ৱেষ্ট ল্যান্দ

## ১। অশি লৈনুং লৈরোল চনবা

## (THE BURIAL OF THE DEAD)

**অনুবাদঃ**

নুংশিহৈতবা থানি এপ্রিল (শাজিবু) হায়বসি, হৌহল্লি
লাইল্যাক পাম্বীশিং অশি-লৈবাক্কী য়ানশিন্নরি
অৱা নীংশিঙ অমসুং অপাম ঈখৌনা, মথুম-মরাং হৌহল্লি
কংল-মরুশিংদু য়েন্নিংথাগী নোংজুনা।
নিংথম থানা শাহল্লি, ঐখোয়বু লুম্না কুপশিল্লি
মালেমসে ফুম্বুংনখ্রে উনতনা, পীজ-পীথক্লি
অপিক থৱায় অমা অকং মরুশিংনা।
ঙকহনখি ঐখোয়বু কালেম্বানা, থুংলবদা স্তার্নবরগরসীদা।
ঙাইহাক তাবা নোংদা, পনখি ঐখোয়না য়ুম্বী পরেংদা
অদুগা খোঙদোইখি নুংশা মঙান্দা হোপগারটেনলোমদা,
কফি, অমদি পূং অমা চুপ্না ৱারীনখি।
ঐহাক রুসিয়ান নত্তে লিথুনিয়াদগী লাকপনি, তশেংবা জর্মনী অমনি।
অঙাং ওইরিঙৈ ঐখোয়না লৈরিঙৈদা আর্চদিডক্কী য়ুমদা,
ইখুরাগী মচাগী, পুথোকপিখী ঐবু মহাক্না উনগী গাড়ী অমদা
ঐনা কিজখিবদা মহাক্না হায়খি, মেরি,
মেরি, চেৎনা কোল্লুকো। থৌথখি ঐখোয় অসুম।
চীংশং নাপশিংদা ফংগনি নহাক ননিংতম্না পোৎথাজবা,
পাখি লাইরিক, অহিং কয়া খারোমদা চৎলি নিংথম থাদা।
করি মরুশিংনো চেৎনা পায়শিল্লিবসিনা, করম্বা মশাশিংনো হৌগৎলক্লিবসি
পোৎথি পোৎকুমসিদা থৌদু নুঙগী? মীওইবগী মচানুপা,
হায়বা ঙম্লোই নহাক্না, নত্রগা নহাক্না ৱাখলনা খঙলবদি
কায়রবা মূর্ত্তি মপৈতনি, নুমিৎ মঙালনা মদুদা য়ৈরকপা,
অকংবা উপাম্বীনা কনাবুসু পোথাফম পীদবা, হারৌনা পোথাহন্দবা,

অঙাংবা চীংদুমসিগী মখাদা ফমলিবা মমিনি
(লাউ অঙাংবা চীংদুমসিগী মমিগী মখাদা)
য়েংহনগনি নঙোন্দা ঐনা করিগুম্বা অনীমক্তগী মান্নদবা
অখুক য়াহৌরকপদা তুংদা ইন্নরক্লিবা নঙগী নমিদগী
নত্রগা নুমিদাংৱাইরমদা নঙবু উন্নগদবগী হৌগৎলক্লিবা
উহনগনি নঙোন্দা ঐনা অকিবা খুবাম থল্লবা লৈঙোইলক্তা,
নুংশিৎনা শিৎলি নৌহৌনা মরৈবাক্তগী
ঐগী আইরিসকী অঙাং, নহাক করিগী মতমচানা থুংলদ্রিবা?
ঐগী পীখি নঙনা ঐঙোন্দা কবোকং চহী অমগী মমাংদা ইহান হান্না;
'মখোয়না কৌখি ঐবু কবোকং নুপী'চা
অদুগা হল্লকপা মতমদদি ঐখোয়না, থেংনা কবোকং লৈকোন্দগী
নঙগী পাম্বোমশিংদো মনুং ফানা, চোৎলবা শল্লাংদো ঙমজখিদে ঐনা
রা ঙাংবা, ঐগী ইমিৎনা উজবসু ফংখিদে, ঐবু ওইখিদে অনীমক
হিংনা নত্রগা শিনা অদুগা শুখঙ খঙখিদ্রে ঐ
য়েংনা মঙালগী থম্মোয়নুংদা, চিক্লবা
অঙাংবা অমদি মী তাদ্রবা সমুদ্র।
মেদাম সোসোসত্রিস, মমিং চৎলবী মাইবীদো,
যাম্না কন্না নিংথমখি, অদুম ওইনমক
ইউরোপ পুম্বদা খ্বাইদগী হৈথোই-লৌশিংবী নুপীনি খঙনৈ,
ফত্রবা টাস মপুন্দুগা লোয়ননা। মফমসিদা হায়খি মহাক্না,
লৈরেনে নহাক্কী টাস, ইরাক্লরবা ফিনিসিয়ান হিহোনবা,
(মহাক্কী মমীৎশিংদু মণিমুক্তাশিংনি। য়েংউ!)
অসিদনা বেল্লাডোনা, চীংজাউশিংগী মবেম্মা,
নিংথ্রেল পুক্লীং লময়ৌবী।
অসিদা চৈ অহুম পুবা নুপা, অদুগা অসিদনা কাংখোঙ চক্কা,
মমিৎ নাম্মতা পানবা লল্লোনবা অমদি টাস অসি,
ইদ্রবা করিগুম্না অমা মাগী মনঙ্গলদা লেংথোংলিবা
ঐবু থিংই য়েংনিংবসু। ঐনা থেংনদেনে
ফাঁসিখ্রবা মীদু। ঈরাক্লদুনা শিরম্বা।

**উই ঐনা মীয়াম অকোয়বদা কোয়না চৎলিবা**
**থাগৎচরি অদোমবু। থেংনবিরবদি অদোম্না চান্নরবী মিসিজ এক্কইতোন,**
**হায়বীয়ু মঙোন্দা ইশামক্লা পুজ্জরক্লে কুঠিদো;**
**মতমশিংদা চেকশিনবা তাবনি অসুক্কী মতিক।**

তশেংদ্রবা সহর।
নিংথম নোংঙাল্লমদাইগী ফুৱাউনরবা লৈচিল মখাদা,
**মী শঙ্গু অমা লাম্থোকখি লন্দন-থোং অসুক য়াম্না**
খন্থকুদে ঐনা হিংনা শিরবনা মাঙহল্লে অসুক য়াম্না
স্বরশিং তেন্না অমসুং তোয়দনা হোন্দোরকখি,
অদুগা মী খুদিংনা য়েংখি মাগী মখোং মমাংদা
**কাখৎকি চীংমচাদু কিং উইলিয়মা ষ্ট্রিত তম্না কুমথরকখি,**
**সেন্ট মেরি উলনোথনা পুংশিং য়ৈনবা থম্লম্বা মফমদো**
শিরবা খোঞ্জেল অমগা লোয়ননা অরোইবা পুং মাপল য়ৈরকপদা,
উখি ঐনা কনাগুম্বা খকখঙবা অমা মাবু লেপহল্লগা লাউখি ষ্টেটসন!

নঙগা লোয়ননা তোংমিন্নখি জহাজ মাইলিদা।
হৌখিবা চহীদা নংগী লৈকোন্দা লিংখিবা অশি-মরুদো,
মদুবু ময়োল চোংলক্লব্রা? কুমশি মপাল শাৎকদৌরিব্রা?
নত্রগা খঙহৌদনা উন্না মাঙহনখ্রবরা মহাক্কী কাঙখুলদু?
**আঃ তাম্থোকখো হুইদু, মীওইবগী মরুপনি মদুদি,**
**নত্রগা খুজিলশিংদুনা মাগী হন্দোকখিগনি মদু অমুক**
**নহাক তাৎতৌবা পাঠক! ঐগী মরুপ, ঐগী ইচিন ইন্নাও!**

## গ্লোস্যারি (অর্থ):

১। Crullest month (নুংশিহৈতবা থা): এপ্রিল য়েন্নিংথানি, অমুক হন্না পোক্লকপনি। ৱেষ্ট ল্যান্দা লৈবশিংগীদি অশিবগুম্লে, অদুনা কবিনা এপ্রিল (শজিবু) থাবু নুংশিহৈতবা থানি ফোঙদোক্লি।

২। Lilacs (লাইল্যাক): মনম নুংশিবা মঙ্গ্রা নত্রগা অঙৌবা মচুগী লৈপাম্বী।

৩। Mixing memory and desires (য়ানশিন্নরি অৱা নীংশিঙ অমসুং অপাম ইথৌ): হৌজিক মতমগী মীনা অদুবু হোৎনবগী অপাম্বা লৈত্রে, নুংঙাইথোক্নুনা লৈরে, মসিবু শিরবা পুন্সিনি।

৪। Starnbergersee (স্তার্নবরগরসী): জর্মনগী মিউনিশ মনাক্তা লৈবা পাৎ।

৫। Colonade (য়ুম্বী পরেং)

৬। Hofgarten (হোপগারটেন): মিউনিশতা (জর্মন) লৈবা পার্ক।

৭। Frisch weht der wind Der Heimat Zu Mein Irisch kind Wo weilest du (The wind blows fresh from the homeland. My Irish child where you lingering)? নুংশিৎনা নরমদমদগী নামিনা শিৎলক্লি, ঐগী আইরিসকী অঙাং, নংনা কদয়াদগী মতম চানা থুংলদ্রিবা?

৮। Hyacinth কবোকং: শরীক/কাংসি মওংগী মনম নুংশিবা লৈ মখল।

৯। Oed Und Leer das Meer (Empty and desolate is the sea i.e. despair and grief of the guilty lover): অহাংবা অমদি মী তাদ্রবা সমুদ্র

১০। Madame Sosostris (মেদাম সোসোসত্রিস): তুংদা থোক্লগদবা হায়বা ঙম্বী ইউরোপ্তা খাইদগী হেন্না শিংবী নুপী ওইনা লৌনবী।

১১। Clairvoyante: মাইবী

১২। Phoenician (ফিনিসিয়ান): ইষ্টরন মেডিটরনিয়ান মপান্দা লৈবা লেবাননগী অরিবা মমিং।

১৩। Bella donna (বেল্লাডোনা): মশক খাইদগী হেন্না ফজবী ইটালিয়ান

১৪। Lady of situations (নিংঙোল পুক্লীং লময়ৌবী): নুপা নুপী অনিগী হকতিন্নবদা লোয়া ইথিন তৌবী নুপী।

১৫। The man with three staves (চৈ অহুম পুবা নুপা): ইলিয়টনা নির্বান (অরান-খূভম) ফংনবগীদমক দা দা দা পীথোকপা, থৌজান অমদি পুক্লীং লাকশিনবা খুদমশিং শিজিন্নবর্বুনি।

১৬। The hanged man (ফাঁসীখ্রবা মীদু): ফর্টিলিতি গোড নত্রগা কোর্সতা হাৎখ্রবা যিশু খৃষ্ট।



১৭। Mrs. Equitone (মিসিজ ইকইতোন): মেডাম সসোসত্রিসগী মফমদা কুঠী য়েংবা চংজরকপা নুপী।

১৮। Unreal city (তশেংদ্রবা সহর): এমষ্টরডাম বোডেলিয়ার পেরিসপু অনরিয়েল সিটি হায়না কৌখি। ইলিয়টনসু মফম অসিদা লন্দন সহরবু অনরিয়েল সিটি কৌরিবসি মেকানিকেল রোবোটকী পুন্সি লেল্লে, মীওইবগী পুন্সি লেন্দ্রে হায়রি।

১৯। Saint Mary Woolnoth (সেন্ট মেরী উলনোথ): লন্দনগী কিং উইলিয়ুম ষ্ট্রিটতা লৈবা চর্চ অমা।

২০। Stetson (ষ্টেটসন): টেরেসিয়াসনা মীয়াম মরক্তা কৌরকপা মরুপ অমা।

২১। Mylae (মাইলি): সিসিলিগী (ইটালি) অন্নাংথংবা মপান্দা লৈবা তারিবা সহর।

২২। Sprout (অশি-মরু): মরুদগী চোংখৎলকপা মনাশিং মফম অসিদদি ফর্টিলিতি অমদি মরু হুনবা।

২৩। Dog (হুই): স্পিরিটিউয়্যাল শক্তি মাংথরক্লবদা ফগৎনবা ৱাখল

২৪। Lecteur (পাঠক): পারিবা মী (ফ্রেন্স)।

২৫। Men semblable my fellow man (ঐগী মরুপ): ইলিয়টনা নিংঙমদনা স্পিরিটউয়্যাল রিজেনেরেসন য়াম্লা লাপনা লৈরি হায়রি।

২৬। Mon Frere - my borther (ইচিন-ইন্নাও): স্পিরিটিউয়্যাল ভেল্যুবু ফংনবগীদমক কন্না হোৎনবা চঙভী হৌজিক্কী মীশিংনা করিমত্তা হোৎনদে।

- - - - - - - - - - - - - -



# ব্রেষ্ট ল্যান্দগী

## অনিশুবা শরূক

**লেডীগী কা (ড্রোইংরুম) শন্দোক্না নৈনবা:** বেল্লাডোনা (লেডী ওফ রোক্স) কৌবী নুপী অসিনা শীৎ নান্দুনা লংত্রিক লঙবা সিংহাসন অমদা ফমদুনা লৈরম্মী। সিংহাসন অসিগী মমিসু মার্বলগী ফ্লোরদা তারম্মী। শকয়েং মিংশেলসু মহৈ-মরোং অমদি অঙ্গুর মওং য়াওনা হক্লবা য়ুন্বীশিংনা ঙাকখৎলম্মী। সনাগী মূর্তিনা হক্লবা কামদেব অমসু য়ুন্বী অমদগী য়াম্থুরম্মী। অতোপ্পা অপিকপা কামদেবগী শক্তম অমসু সনাগী কামদেবগী উইংগী মতুংদগী য়েংদুনা লৈবসু উরম্মী। খুৎলোংবা থাউমৈ মখোংদা অচাকপা মোমবতী তরেৎনা চাক্কুনা লৈরিবা মিংশেলদা মমি তারম্মী। ঙাল্লিবা টেবলদা অনীরক মঙাল হুন্দোরক্লম্মী, লেডীগী রেশমগী উপুদগী লৌথোরকপা লিক্লোলগী অরংবা মঙালনা অমুক হেন্না ফজহলম্মী। শামু ময়াগী লিক্লীশিং অমদি মচুগী গ্লাসনা হাংদোকপদা অঙকপা নুংশিরবা মনম চেল্লম্মী। লেডী অসিগী শকশেম্নবগী ওইনা ক্রীম, পাউদর অমদি মহীশিং য়াওরম্মী। পূম্নমকসিনা কোক উরু-রু ঙাওবা মনম ফাওহন্দুনা ঙাওহলম্মী। নুংশিবা মনম অসি থোংনাউলোমদগী শিৎচিল্লকপা অনৌবা নুংশিৎনা অপনবা পীরম্মী অদুগা লৈতেম মান্নবদা লৈরিবা মতম শাংনা লৈরগদবা মোমবতীগী মৈরীদা চঙশিলখিদুনা মৈখুনা শিলীংলোমদা পায়শিল্লম্মী শিলীংগী শরুক্তা হকলিবশিংদা অপনবা পীরম্মী।

সমুদ্রগী উমংদগী তাউরকপা উতুপশিংনা কোরী মচেৎশিংগা লোয়ননা মৈনুংদা চাকলম্মী অদুগা মচুগী নুংশিংনা থোংমায়দা হাপ্পা মায়পোম্বীনা শেমলম্মী। মৈরীদু অশংবা কমলামচু অমদি অমম্বা মঙালদা হকলগা শারবা ডোলফিলনা ইরোইবা মওংদু উরম্মী। দি চেনজ ওফ ফিলোমেলগী চিত্র অমসু থায়নগী ধাতু অদুগী খর মথক্তা য়াম্দুনা লৈরম্মী, থোংনাউ হেক হাংদোকপদা চাউখৎতবা নিংথৌনা নমজা নমথেক্লা হকতিন্নখ্রবগী ফিলোমেলগী মরাইবক্কী বনগী পুক্সিগী শক্তম উবা ফংলম্মী। ফিলোমেলনা খোইনিং উচেক ওনখিদুনা কায়না মৈশা লাংনা নুংশিরবা ঈশৈ শক্কুনা লৈখি। ঙসি ফাওবা হৌজিক মতমগী মীওইশিংগী মফমদা খোইনিংনা লাওনা খোংদুনা মাবু নমথাক তৌদুনা নমফা পাদোংবা উৎলি। অহকপা মূর্তিশিং নুপীবু অমদি লৈতেংশিংনা হৌখ্রবা মতমগী ৱারীশিং অমদি লাইতীনগী ৱারীশিংনা ড্রোইং রুমগী মনুংদা য়ানদুনা লৈবা শংত্রিক য়েংবা লাইশিং ফক্লাংদগী পৈরপ্না ঙাবা অহকপশিং লৈরী। কা অদু ৱা ঙাংহন্দনা তুমিন্না লৈহনবা

ওইরম্মী। ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা কা মনুংদা যূমদা লাকপা মী অমগী খোঙথাংগী মখোল তারম্মী। কা মনুংদা ফমলিবী লেডী অদুনা মখোল অদু তাবদা লাংতক্লখি, মাগী কা মনুংগী চাক্লিবা মৈঙালদা মাগী শন্নাং অদু শমজেৎনা হাৎলম্মী। মহাক্না মাগী চায়খাইদুনা মফম মরাং খণ্ডদনা লৈরিবা শন্নাংদু নিংথীনা হাক্লুনা শেমজিললম্মী।

## অৱাংবা থাক্তা লৈবা সমাজদা নুপা নুপী:

চান্নরবা মরুপনা ড্রোইংরুমদা হেক চংঙকপদা লেডীনা মঙোন্দা হায়খি "ঐগী হকচাং অসি ঙসিগী অহিংদা কয়া নুংঙাইতে। হোয়, লৈমিন্নসি অদুগা ঐঙোন্দা ৱা হায়উ। করিগীদমক নহাক্না ৱা ঙাংদ্রিবনো? চানবিদুনা ঙাংবিয়ু। নহাক করি খল্লিবগে? করিনো খল্লিবদুবু? ঐ করিনো? নহাক্না খল্লিবদু ঐহাক খণ্ডবা ঙমদ্রে। খল্লু চান্নরবা ঐখোয় লোয়নমক শিখ্রবা মীগী মাংখ্রবা শরু ওইনা উচি মখুলদা লৈরে।" লেডীনা হংখি "নিল্লীবা অসিনা করিনো?" নুপা অদুনা পাউখুমখি "থোং মনুংদা নুংশিৎ শিৎচিল্লকপনি।" লেডীনা পাউখুমখি: "করিশু তৌদেনা।" লেডীনা অমুক হন্না হংখি: "নহাক্না করিমতা উদে হায়বা নহাক করিমতা নিংশিংবা ঙমদ্রে?" নুপা অদুনা পাউখুমলকখি" ঐনা নিংশিংলি মাগী মমিৎশিংদু মনিমুক্তানি।" (পরেং অসি উইলিয়ম সেক্সপীয়ারগী টেম্পেষ্টতগী লৌথোরকপনি) দি লেডীনা অমুক হন্না হংখি "নহাক হিংলিব্রা নত্রগা নহাক্কী নকোক্তা করিমত্তা খন্থদ্রবা?" নুপা অদুনা খুমলকখি ও:ও:ও:ও: মসি সেক্সপীয়ারগী দ্রামাগী পরেং অমদগী লৌথোরকপনি: "মসি কয়াদা ফজ্খবনো অমদি লৌশিং লৈদকো!" লেডীনা হংখি: "ঐ হৌজিক করি তৌগনি? মহাক মশামক্না মতোমতা পাউখুমখি ঐ ইশামক্কী শম থাথদুনা লম্বীদা চৎপগুম্না ঐ চেম্থোকপা তাই।" মহাক্না অমুক হন্না হংজখি: "ঐখোয়না হয়েংদি করি তৌগনি? ঐখোয়না তৌগদবসি করিনো? মহাক্না নুংতিগী রুটিন ওইনা পূং তরা তাবা মতমদা ঈশিং অশাবনা ঈরুজবা নীংশিলকখি। নোং তারবদি পূং মরী তাবা মতমদা থীংজিল্লবা কার মনুংদা তোংদুনা ক্লবতা চৎখি। মফম অদুদা ঐখোয়না ছত্রং শান্নগনি মিৎ অসি লাওনা পাংথোক্লুনা ঙাইগনি থোঙদা থিনবগী মখোল।" (মসি মিদলটনগী লীলা উইমেন বিৱার উইমেন গা মরী লৈনৈ)।

## অনেম্বা থাক্কী কাংবুশিংগী লুহোংখ্রবশিংগী পুন্সি মরেন

মসি লিল অমদি এলবর্ট মতৈ মনাওগী লুহোংলবগী পুন্সি শক্তমগী ৱারীনি। মখোয়গী লুহোংবগী পুন্সিগী মতাংদা সেক্স শেরান্ননা শীজিন্নবনা নুংঙাইনা যুম্বানখিদে। লিলগী মপুরোইবা এলবর্টনা আমীদগী থোক্লকত্রিঙৈদা মহাক্কী মরুপ নুপী অমা যু থকফমদা

থেংনবদা মঙোন্দা হঙ্গোইদনা ৱারী শাখি। এলবর্ট আমীর্দগী ছুটি থোরক্লনি, লিল নহাক লুনান্না অমদী কে-মৌনা মহাক্লা পাম্লবা থৌরাং তৌনবা হায়খি। এলবর্টনা নঙোন্দা অশেন্বা য়া-পরেং হাপ্পবা পীরম্বা পৈশা কদায়দা শীজিন্নখ্রে হায়না খঙনিংলক্কনি। মহাক্লা লিলগী মফমদা এলবর্টনা য়েংঙকপদা খাঙবা ঙমলকলোই, মসি য়াম্লা চুম্লবা ৱাফমনি। লেডী অসিনা লিলগী মফমদা হায়খি, এলবর্টনা লিলদা ঙাংঙকপা মতমদা তাবা অমদি য়েংবা শুকঙম ঙম্মোই। এলবর্টনা আর্মীদা চহী মরী চুপ্পা লৈরুরবনিনা মহাক্কী মনিংতম্বা অমগী মতম কয়া লেনগদৌরিবনি। লেডী অসিনা লিলগী মফমদা হায়খি নহাক্লা এলবর্টকীদমক সেক্স ফ্রীদম পিদ্রবদি অতোপ্পা নুপীশিংনা মাবু তরাম্লা ওকখিগনি। লিলনা মাগী লেডী মরুপতা হায়খি। ঐগী ইপুরোইববু ওক্তবা লম্বীদা চিংশিনগদবশিং অদু ঐগুম্লা তৌরবী ঙাক্তনি।

যুয়োনবী মিনাইনুপীনা মতম অসিনা লাউরকলম্মী য়ু-থকফম অসিগী মতম লোইশিল্লকদৌরে নুপী অনিসিনা ৱারী শান-শানা লাউরিবদু তারম্মী। অতোপ্পা নুপীসিনা হায়রিবা পাউতাকতু য়ানিংদ্রবদি লিলনা অপাম্বা তৌজখো, লিলনা লৌদ্রবসু অতোপ্পশিংনা মরায়না লৌজখিগনি। লেডী অসিনা লিলবু চহী কুম্থামাথোই খক্তা ঙাইরিঙৈনা অহল ওইরবসি ইকানিংঙাইনি হায়খি। লিলনা মাগী মায়থোংগী ফিবম থিজিল্লবসি অঙাং য়ৈথবগী গুলি (পিল) চাবননি হায়খি। মহাক মচা মঙাগী মমা ওইরে, অকোনবা অঙাং জর্জ্জ পোকপা কান্দা শিনিংচিৎতা হিংহৌই। ডাক্তরনা মাবু পিলস (গুলি) চাবতনা ফগনি হায়খি, অদুবু মসিনা মাগী হকচাং শোকহল্লিবনি খুমখি। পিলস শীজিন্নদ্রিঙৈদদি মহাক অসুম্লা তৌরমদে। লেডী অসিনা লিল অসি ওন্থোক্লা পঙখ্রে। এলবর্টনা মাবু মতোমতা হুন্দোকপিরমদ্রবদি অসুম্লা তৌরমলোই অদুগা মাগী পান্বে অমতসু লৈখিদে। মহাক্লা অঙাং পামদ্রবদি করিগীদমক লুহেংলিবনো। লুহোংবা অমদি অঙাং পোকপা অনি অসি মরী লৈনৈ। যুয়োনবী মিনাইনুপীনা অমুক হন্না য়ু থকফম অসি মতম লোইশিলদৌরে হায়না লাউরকখি। নোংমাইজিং নুমিত্তা এলবর্ট য়ূমদা লৈরম্মী। মখোয় অনীনা লেডী অদুবু অশাবা চাকলেন চামিন্নসি হায়না বার্ত্তন তৌখিরম্মী। যুয়োনবী মিনাইনুপীনা খুদক্তা থুনা য়ু থকফম থোঙ লোল্লে হায়না লাউখি। মখোয় অনীমক গুড নাইট কৌনরগা চৎনখিরম্মী।

# দি ৱেষ্ট ল্যান্দ

## ২। ছত্রং শান্নবা

## (A game of chess)

থোমাস মিডলটলনা (১৫৮০-১৬২৭) মাগী প্লে "উইমেন বিৱার উইমেন" হায়বসিদা উৎলিবদি ছত্রংশান-শান লৈরিঙৈদা খঙহন্দনা নুপীমচা অমবু নোবল মেন অমনা থেমদুনা হকচাং মাংথোকপিবগী দৃশ্যনি। মতাং অসিদা কবিনা উৎলিবদি হৌজিক্কী মতমদা সেক্স রিলেসন অসিনা মীওইববু পুম্মাং মাংহল্লে। সেক্স হায়বসি মপাঙ্গোংগী নুংঙাইনবা অমা ওইরে, সামাজিক্কী পুন্সিদা মোরেল ভেল্যু লৈত্রে। সেক্স শেরান্না শীজিন্নবা হায়বসিঅৱাংবা অমদি অনেম্বা থাক্তা লেনবা মীশিংনা মেচিনগুম্না রুটিন ওইনা নুংতিগী শীজিন্নদুনা পুন্সি লেল্লে।

**অনুবাদ:**

মহাক্লা ফল্লিবা চৌক্রিদু নীংথিনা তকথোক্লবা সিংহাসনগুম
লংত্রিক লংখি নুংঙৌগী থক্তা মিংশেল অদু
ৱাংখৎনা থাঙ্গৎলি মহৈ য়াল্লবা অঙ্গুর লৈরোংনা হক্লবা ফিরাল মখোকশিংনা মদুদগী
সনাগী কামদেবগী শকফম অমনা য়েংথোরক্লি
(অতোপ্পা অমনা (অনীশুবা কামদেব) লোৎলি মিৎতাশিং মশা মরুমদা)
মশা তরেৎ লোঙবা মোমবর্ত্তি মখোঙ হেন্না ঙালহল্লি শরুক অনী মৈরীশিংদু মঙালনা থকথোরক্লি টেবলদা
মায়োক্লগে মতাগুম লংলবা মনিমুক্তাশিংনা
রেশম্না য়োম্বা উপুশিংদগী চেন্থরক্লি মরাঙ কায়না;
শমু ময়া উতোংশিংগী মচুগী লিক্কীদা
ক্রীম, পাউদর নত্রগা মনম মহিনা ঙকহল্লি চমন্নহল্লি
ইরাকনহল্লি ইন্দ্রিশিংবু মনমশিংগী লাংদা কাইহৌরদুনা মালংবনা
তনৌ তনৌ হুমলক্লিবা থোংনাউদগী হেঙ্গৎলক্লি
পাকথোকলক্লি লেপ্তু- চাক্লিবা মোমবতীগী মৈরীশিং
হুমদোকলক্লি মৈখুশিং যূমথক্কী লৈতেং অহো-মতোল য়ৌন্না।

চাউরবা উতুপ সমুদ্রগী কোরিনা নীংথিনা শেন্নবা
চাক্লি অশংবা অমদি কোমলা মচুদা, চনশিন্দুনা মচুগী নুংনা,
মদুগী মুসি মুসিবা মঙালদা অহৃকপা দোলফিন ঙা অমনা ইরোইরি।
অরিবা মখোঙদু থক্তা উৎলি
থোঙনাও অমগুম্না উমং য়েংনঙাইদা উবা।
ফিলোমেলগী অহোং শকফম তমথি লমচৎনবা নিংথৌনা
নমজা নমথেক হৃকতিন্নখ্রবা, অদুবু খোইনিং ওনখ্রবা
নিলহল্লি লৈকংলা শন্না মখোলদুনা থিংঙমদনা
খোংলি লেপনাইদনা অসুম, ফংগে তান্নরি পৃথিবীসু অসুম,
লুজদ্রবা নাকোংশিংদা 'জগ জগ'।
অদুগা অতোপ্পা লেমহৌবা মতম কয়াসু
তর্মলি ফক্লাংশিংদা পাউদম, মীৎ য়েংল শক্তমদা
থিন্দোরক্লি য়েংথরক, তুমিন- চিক্ল কাদুবু।
খোঙথাং মখোলশিংনা নিলহল্লি থাক কাবদুদা।
মৈঙালদুগী শমজেৎতুগী মখা মখাদা শমলাংনা মাগী,
শন্দোকখি মৈরীগী মঙালনা
পুমঙাল ঙাল্লি মরোন লোনবগুম অদুদগী নুংশিহৈতনা ইচিক চিকখি।
ঐগী শিংলিশিং ফত্রে, ঙসিগী অহিংদি অশেংবনি ফত্রে। লৈমিন্নখিসি ঐগা।
ঐঙোন্দা হায়উ। করিগীনো নহাক্ন ব্রা শুকঙাঙ ঙাঙদ্রিবসিবু। হায়উনে।
করিনো নহাক্না খল্লিবদুবু? করি খল্লি? করিনো?
ঐহাক খঙবা ঙমদ্রে নহাক্না খল্লিবদুনা? খল্লু।

ঐনা খল্লি ঐখোয়সি উচিশিংগী মখুলদা
শিখ্রবা মীশিংনা মদুদা মখোয়গী শরুশিং মাঙখিবা।
করিনোনে লাংলিবা খোঞ্জেলসিনা?

নুংশিৎ শিৎপনা থোঙদা হুম্বনি।

লাংলিবসিনা হৌজিক করি? করিনোনে নুংশিৎনা হুমলিবসিবু?

করিসু তৌখিদ্রে অমুক হন্না।

খঙদ্রবরা?



নঙ কবিমতা খঙদ্রবা? নঙ কবিমতা উদ্রববা?

নঙবু নীংশিংদ্রব্রা?

কবিসু? নীংশিংই ঐহাক

মনি মৃক্তাশিংনি মহাক্কী মীৎশিংদু

নহাকপু হিংলিব্রা, নত্রগা শিবব্রা? নঙগী কোকতু কবিমতা পক্রুববা?

অদুবু

ও ও ও ও মদুগী সেক্সপীবিযান ব্রাঙাংদা-

মদু কযাদা ফজখ্রবা

কযাদা শিংখ্রবা

ঐহাক হৌজিক কবি তৌগদগে? ঐ কবি তৌগনি?

চেম্লোক্কনি ঐনা অসুম্না, চৎকনি অপাকপা লম্বীদা

শম পুম্নমক থাদবদুনা, অসুম্না। কবি তৌনি হযেং ঐখোয।

কবিবু তৌগদগে ঐখোযবু মতম পুম্বদা

অশাবা ঈশিং পূং তবাদা।

নোং চুবক্লগনা, থোঙ লোনশিল্লবা কাব অমা পূং মবী তাবদা।

অদুগা শান্নগনি ছত্রং ঐখোযনা

উশিল্লদুনা পা হৌদ্রবা মীৎশিংনা অদুগা ঙাযগনি থোঙদা থিল্লকপা।

লিলগী মপুবোইবদুনা লাম্মীদগী থাদোকপিবকপদা, ঐনা হাযখি-

ব্রাহে চিত্থদনা, হাযখি মঙোন্দা ইশানা,

**লোইশিনবিরো মতম লোইরক্কদৌরে**

হৌজিক এলবর্ট মযূমদা হল্লক্লে খবসু ফিজেৎ চাকচা ফজৌবা কৈদৌবগে। খঙলমগনি

শোযদনা কবি তৌনখ্রবনো শেলদুনা নঙোন্দা পীবম্বা

শেলশিংদুনা নশাগী যা-পবেং লৈযু ঐ লৈবিঙৈদা হাযবম্বদু

মহাক্লা হাযখিবদুমক্লা, ঐ ঙমদে নঙবু যেংবা।

ঐনা হাযখি ঐদি অমুক হন্না ঙমদ্রে, অদুবু খল্লু তোল্লবা ত্রলবর্টগীদমক,

চহী মবীদি লৈবক্লেদো লাম্মীদা অদুনা নুংঙাইথোকপা পাম্মী মহাক,

নহাক্লা পীবা ঙমদ্রবদি অতোপ্পনা পীগে হাযবক্কনি, হাযখি ঐনা

ওহ লৈব্রনে অতৈ, মহাক্লা হাযখি। কনানা খঙনি ঐনা হাযখি।

কনানো থাগৎকদৌরিবা মহাক্লা হায়খি, অদুগা ঐঙোন্দা
চুমদ্রিং চুম্না য়েংলকখি।

**লোইশিনবিরো মতম লোইরক্কদৌরে**

পামদ্রবদি নঙনা পাম্বদু অদুম তৌ ঐনা হায়খি,
নঙনা ঙমদ্রগনা অতৈ অতোপ্পনা অদুম খল্লগা চৎথজখিনি।
অদুবু এলবর্টনা চত্থ্রবদি, হায়হৌদে হায়বদি য়ারোই।
নহাকপু ইকায়দ্রা, ঐনা হায়খি, ওম্ব্রোক্লা খুনুং চঙখ্রে।
(অদুগা নহাক্তি চষী কুম্থামাথোইখক্তা।)
ঐহাক ঙল্লোইদৌরে মহাক্লা হায়খি, শংত্রিক য়েংলদুনা,
চাখি গুলিশিং অদুবু খমখিনবা, মহাক্লা হায়খি।
(মঙারক শুরে য়ৈথখিবা, শিনিংচিৎ হিংহৌই জর্জ্জগী হাক্তকতা)
ডাক্তরনদি হায়খি, করিসু তৌরোই অদুবু ওইদ্রে হান্নগী
ফিভমদুদি।
নঙসে তশেংনা অপঙবনি, ঐনা হায়খি।
ফরে এলবর্টনা নঙবু নতোমতা থাদোকনিংদ্রবদি লৈরেদনা অদুবু ঐনা হায়খি,
করিগীনো য়ুমপাল্লুরিবনা অঙাং পোকনিংদবা নঙনা?

**লোইশিনবিরো মতম লোইরক্কদৌরে**

ফরে, এলবর্টনা য়ূমদা লৈরকপা নোংমাইজিংদুদা, মখোয়না শিনখি
ফোঙ ফোঙ শাবা ওকশা
ঐবুসু মখোয়না চাক কৌখি, ফোঙ ফোঙ শাবা ওকশা ফজবদু ফংনবা -

**লোইশিনবিরো মতম লোইরক্কদৌরে**

**লোইশিনবিরো মতম লোইরক্কদৌরে**

গুনাইট বিল| গুনাইট লু| গুনাইট মে| গুনাইট,
তা তা| গুনাইট,গুনাইট|
গুদনাইট, লেডিজ গুদ নাইট, সুইট লেডিজ, গুদ নাইট,
গুদ নাইট।

## গ্লোসারি (অর্থ):

১। Burnished তকথোক্লবা

২। Shone glass mirror ইরং লংখি

৩। Fruited vines মহৈ য়াল্লবা অঙ্গুর

৪। Cupidon কামদেবগী শকফম

৫। The second image of cupid অতোপ্পা অমনা

৬। Candelabre মশা তরেৎ লোঙবা মোমবর্ত্তি মখোক

৭। Satin cases রেশম্মা য়োম্বা উপুশিংগী

৮। Laquearia, ornamental ceiling যুমথক্কী লৈতেং

৯। Dolphil - Large sea mammal with a beak like snout - দোলফিল

১০। Opened towards a forest scene উমং অমগী য়েংনঙাই উবা

১১। Forced - নমজা নমথেক

১২। Jug Jug - The bird song of the Nightingle জগ জগ

১৩। Shuffled, moved noisy নিহল্লি

১৪। Rat's alley, Narrow passage infested by rats উচিশিংগী মখুলদা

১৫। Shakespearian Rag অমেরিকান রিগাতাইম হিট সোং ১৯১২ পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাও (১৯১৪ - ১৯১৮) হৌরকপদা য়াম্না পাম্লবা জাজ ডান্স ম্যুজিক মখল অমা।

১৬। Demobbed or retired from the army থাদোকপিরকপদা

১৭। Gammon salted or smoked piece of meat from the bottom of a pig ওকশা

১৮ Goon night Slang Expression for good night (গুনাইট) খুল্লকলোন

--------------



# দি ব্রেষ্ট ল্যান্দগী

## অহুমশুবা শরূক

ইংলেণ্ডগী থেমস তুরেলগী অশেংবা শক্তমদু মাংশিল্লক্লে। নীংথমগী হেমন্ত ঋতু (autumn season) চংলকপা মতমদা ঊনশিংনা কেল্লক্তুনা ঈশিংদা লুপলম্মী। শিৎলিবা নুংশিৎনা ব্রাউথাংনরবা মচুগী লৈমায়দা শিৎপসু তাখিদ্রে। উমংগী লাইরেম্বী অমদি হেলোয়শিংনা তুরেলগী খোংবান্দা শান্নরমবদুসু লৈখিদ্রে। কবিনদি মহাকী শক্লিবা ঈশৈ অদু লোইদ্রিফাওবদি নুংশিরবী থেমস তুরেলগী মফমদা তপ্না ইংনা ঈচেল চেন্থবিনবা হায়জে। থেমস তুরেলনসু কালেনগী অহীংদা পিকনীক কোয়বশিংনা হুন্দোক্লম্বা তুরেল মপালগী দৃশ্য লিক্লী অহাংবা, সেন্দউয়িস পেপর সিঙ্কীকি হেনকরচিপ, কার্দবোর্ড বোক্স, চুরুট মথী অমদি অতৈ লেমহৌদুনা হুন্দোক্লম্বশিং চেন্থরমদে। অদুবু হৌজিক্কী মতমদদি থেমস তুরেলনুংদা ফত্ত-হৌদিনচিংবা থাদদুনা লংশিনবিরে। অমুক হন্না ফার্মদা ডিরেক্টর ওইবা মপা-মমাশিংগী ইনাকখুনবা মচাশিংনা মখোয়গী চান্নরবী নুপী মচাশিংগা লোয়ননা থেমস তুরে া মপান্দা কোয়রক্লম্লবা মখোয় অমুক হন্না উখিদ্রে। ঐনা মোৎলবা তুরেল লেমানগী তো ান্দা ফম্লদুনা ঈশৈ শকখি কপখি। নুংশিরবী থেমস ফজনা চেন্থৌ ঐগী ঈশৈ.লোইদ্রিফাওবা। নুংশিরবী থেমস, তপ্না চেন্থৌ; ঐ নঙোন্দা লাউনা নত্রগা কুইনা ৱা ঙাংজরোই। ঐগী নঙ্গনদা শিৎলিবা নুংশিৎনা ঐঙোন্দা শরু-শায়াংগী মখোল অমদি মীশিংগী তমথীরবা খুৎনোক মফমসিদা তারি। টৈরেসিয়াসনা লন্দনরশিংগী লাউখোংবা **মখোয়গী ঙকহনবা খুৎনোক।**

**লুদবা/হৌনদবা থবক:**

নিংথমথাগী নুমিদাংৱাইরমদা গ্যাস হাউসকী মনিংদা টৈরেসিয়াসনা নালাগী চেন্দবা ঈশিংদা ঙা ফানবগী খোই চোপলমখি, উচি অমনা তপলপ্না নাপীদা মাগী মোৎলবা মবুক অদু তুরেল খোংবান্দা চিংলদুনা চৎলম্মী। ঐনা ইপা শক্লবা নিংথৌগী (টেম্পেষ্টতা য়াওরিবা) মরাইবক্তা তমলক্লিবা অদুগীদমক্তা ৱাখল খনখি। ঐনা ফি থোংদনা অনেম্বা লৈনিন কাবা লৈখাদা অঙৌবা হকচাংনা লৈবদুগী ওইনা অদুগা উচিগী মখোংনা চহি চুপ্পদা চৈখায়দুনা লৈরিবা হকচাংগী শরু-শয়াং শিংনা অপিকপা কাখুলদা লংশিনবদুগী ৱাখল খনখি। হৌজিক ষ্টীনিনা মিসিজ পোর্টরবু য়েন্নীংথাদা উন্নবগীদমক ঐগী মনিংথংবদা



খোংলিবা মোটরশিংগী মখোল মতমচুপ্পদা তাখি। থাগী মঙালনা মিসিজ পোর্টর অমদি মাগী মচানুপীদা অঙানবদু উখি। মখোয়না মহৌশাগী ঈশিং শিজিন্নবগী মহুত্তা সোদাগী ঈশিংদা মখোঙ চামলম্মী। মতম অসিদা ঐহাক্না হোলি গ্রেলগী ওইনা অঙাংশিংনা ঈশৈ পুল্লপ শকপা ভরলাইনগী শেংলবা শৈশকসু তাখি। ঐনা ফিলোমেলনা খোইনিং ওনখিবগী ঈশৈসু তাখি। মহাক্কী অৱা ৱারীনা নমজা নমথেক্না হকতিন্নবগী মতাংসু উৎলি।

## ইন্দষ্ট্রি অমদি কর্ম্মসতা হৌনদবা:

নিংথমথাগী ৱাউথাংনবা লৈচিল থাবা মতমদা লন্দন অসি লল্লোনফম ওইবা সহরনি। মিষ্টর য়ুজেনিদসে, স্মিরনা লল্লোনবনা লুকোক্তনা ফুরিৎখাও থন্না কংলবা অঙ্গুর পুরকখি। মহাক্না লল্লোনপোৎ অমদি জহাজগী চে-চাংশিংসু পুরকখি। মহাক্না ঐঙোন্দা (টেরেসিয়াস) ফ্রেন্সকী খুল্লক ৱাঙাংদা কেন্নোন হোটেলদা চাক চানবা হায়খি অদুগা মেট্রোপোল হোটেলদা হাপ্তা অমা চুপ্পা নুংঙাইথোক্না লৈনবসু নিংশিংখি।

## মেকানিকেল (খুৎশেমগী) সেক্স রিলেসন:

থবক তৌরিবী নুপীমচা অমগী খুৎশেমগী নুপা নুপী অনিগী হকতিন্ননা মরীলৈনবা নুমিদাংৱাইরম ওফিসকী মতম লোইশিল্লক্লবদা টাইপিষ্ট নুপীমচা অদুনা মাগী ফমফল্লাংদগী হৌগৎলক্লগা ওফিসতগী হল্লক্লম্মী। মহাক অসি মেচিন অমগুম্না খোন্নিক্লবা টেক্সী গাড়ী অমগুম পাংখক ওইখি। টেরেসিয়াস ইশামক মিৎতাংবা ওইরবসু মপোক অনী লেল্লবা অহল ওইরবী খুইজিল্লবী নুপীগী খোল্লাং পাল্লবী অসিনা নুমিদাংগী মতমদা মীশিংনা করম তৌনা ময়ূমলোমদা হন্নবা চৎপা, হিহোনবশিংনা সমুদ্রদগী ময়ূমলোমদা হল্লকপা অমদি টাইপিষ্টনা চা থক্লবগী মতমদা মাগী কা মনুংদা লাকপা উবা ঙম্মী। মহাক্না (টাইপিষ্ট) অয়ুক্কী মতম থুনবগীদমক শেংদোক্লমদ্রবা মাগী ব্রেকফাষ্টকি টেবল শেংদোকলি, মাগী স্তোপ থাগত্তুনা টিনগী ফুড সুপশিংদগী লৌথোকতুনা মাগী চানবা থৌরাং তৌরি। মহাক্কী থোংনাউ মনুংদা নুংশা মঙাল ফংনবা ফৌরিবা ফিনুংগী ফিরোলশিং য়াল্লি। মাগী মৈখু থোকফমদা মাগী ফমুংগী অহিংগী মতমদা শিজিন্ননবা স্তোকিংশিং (খোঙমোজা অশাংবী) স্লিপরশিং অমদি লোল্লবা পোৎশিং অমদি কোমফাবীশিং (ব্রেসিয়র) পৈদুনা থল্লমখি। টেরেসিয়াস ইশামক অহল ওইরবা চপশিল্লবা থবাক ওইরবনা দৃশ্য অসি য়েংলি অদুগা তুংদা করি থোকপ্রবগে হায়বসু ঙম্মী। ঐনা আশা তৌরিবা অতিথিসু ঙায়খি। মফম অসিদা ঐনা মায়দা উরিং থুংবা নহা অমা লাকখিবসু খঙই। মহাক অদু হাউস এজেন্ট অমগী য়াম্না থবক ঙস্বা অমদি মশাবু খঙজবা কেরানী ওইখি। মহাক্না ব্রেডফোর্ড মিলিয়নরী

অমনা সিঙ্ককি টুপী উপ্পগুম থাজহনবা শোয়হন্দবা অচেৎপা মীশক ওইখিরম্মী। নহা পাখং অদুনা মতম খোংলৈ চানা লাক্লে হায়না খঙখি। টাইপিষ্ট নুপীমচা অদুনা মাগী নুমিদাংগী মশাদু চাক্লেন থোংবা লোইরগা ইতন তন্না চোকথখি। নুপা অঙাং অদুনা নুংশিনবা নুপীমচা অদুগী মফমদা কায়হৌখি, মাগী হোৎনবগী_খোঙথাংশিং পামদ্রবসু নুপী টাইপিষ্ট অদুনা কাওথোক্লমদে। হেন্না থোইনা ময়াই কানা নুপা নুপী পামননা নুপামচা অদুনা টাইপিষ্ট নুপীমচা অদুবু ফমলানখি। মহাক্কী ময়াইকারবা খুৎনা শোকপা মতমদা নুপীমচা অদুগী মফমদগী য়ানিংদবা ঙাকথোকপা অমত্তা তৌরমদে। নুপীমচা অদুনা ইথৌ থৌওইদনা লৈবা মতৌ অদু উবদা নুপামচা অদু হরাও নুংঙাইখি অদুগা নুপীমচা অদুগী মশক মতৌগী নাপল অদু শোকহল্লমদে। নহা পাখং অদুনা নুপীমচা অদুগী মখজাইদা অমুত্তং অরোইবা চুপ্পল্লগা যূম অদুগী অমম্বা কাগী সিড়ীদগী কুমথরক্লগা চৎখি। টাইপিষ্ট নুপীমচা অদুনা মাগী মায়থোঙ অদু মিৎকুপ খরগী ওইনা মিংশেলদা য়েংলি। মহাক্কী চান্নরবা নুপামচা অদুনা চৎখিবদুদা ইথৌ থৌওইরমদে। মহাক্কী মকোক অদু অতোপ্পা ব্রাখল অমগীদমক খনখি। মহাক্লা থবক অদু পাঙথোকখ্রে, অদুগা লোইখ্রে হায়না হরাওরম্মী। কনাগুম্বী নুংশিরবী নুপীদি তৌরুরিবা থবক্কী ফলগীদমক নিংঙমদবা পোক্লে। টাইপিষ্ট নপীমচা অসিদি মাগী কা মনুংদা অমুক হন্না মতোমতা চিক্লা চৎখি। মহাক্লা মাগী মখুৎনা মশম নাম্নখি অমদি রোকোর্ড অমা গ্রামোফোন্দা খোংখি।

## হরাও কুমৈশিংগী মখলশিং:

মরুওইবা নায়কনা গ্রামোফোন্দা শক্লিবা ঈশৈ তাদুনা লব্বার থেমস ষ্ট্রিটতা লৈবা পব্লিক বার তম্না চৎখি অদুগা মফম অদুদা মহাক্লা অতোপ্পা ঈশৈ তাখি। মসি ঙায়োনবা দুকান্দা লৈবা থবকশুরিবা মীওইশিংগী য়াম্না হোংলবা পোৎথানবগী হোটেলদা শকপা শৈশকনি। নুমিৎ য়ুংবা মতমদা মখোয়গী অপনবা পিদুনা মেন্দলিন যন্ত্রগী শৈশক তাখি। য়ু থকফম অসি সনানা লৈতেংলবা ফজরবা অয়েকপা লাইশিংনা ফক্লাংদা য়াল্লিবা ওল্ড চর্চকী মনাক্তা লৈবনি।

## দি সোং ওফ থেমস:

তুরেলগী ঈশিং অসি থাউথি অমদি টারনা কুপশিল্লম্মী। নুংঙাইনা তোংদুনা শান্নবগী হিনা হুরু হুরু লৈদনা ঈথক্কা লোয়ননা চেম্থখি, লৈরিবা লৈফম তম্না রেড সেলশিংনা অরুম্বা মাসুল তম্না (জহাজগী সেলবু জহাজগী পাল ঙাক্লবা উ-বীম) হাইখি। হিশিংনা গ্রীনব্বু ইস তম্না লাকপদা উতুপশিংবু চেন্দুনা পুরকখি, আইজল ওফ দোগস লাম্বোক্লগা ব্রেজনরগী ওপেরানা তুরেল খোংবান লোমদগী খোংলকখি।



## এলিজাবেথকী থেমস তম্না কোয়বা:

এলিজাবেথ অমদি মাগী নুংশিজরবা লিষ্টর অনীনা থেমস তুরেলদা হরাওনা হি তোংখি। তোংলিবা হিগী হীরুবাক (জহাজগী তুংথংবা শরুক) অদুগী মপাম্ভোংগী ঙাংনা লংলবা অমদি সনা মচুনা ওইরী। হকচাং তেকখৎনিংঙাই ওইবা হৈশিংলবা ঈথক থোকহন্দুনা তুরেল খোংবান অনিদা ঈথক মচা থোকহল্লি। সাউথ ব্রেষ্ট লোমদগী শিৎলকপা নুংশিৎনা তোংলিবা হিদু ঈচেল লোমদা চেম্থরম্মী। তুরেল খোংবানদা লৈরিবা ব্রাইট তাউব্রারশিংদগী খিংলকপা কাংশিগী মখোলশিং তারম্মী। তুবেল মপানদা লৈরিবা য়ূমশিংদগী ব্রেজনরগী ওপেরাগী ঈশৈসু তারম্মী।

## অনেম্বা থাক্তা হিংবা মীওইশিংবু সেক্স এক্সপ্লোইটেসন:

থেমস তুরেলগী মপান্দা লৈবী নুপীমচাশিংনা সেক্স এক্সপরিয়েন্সগী মরমদা ব্রারী লিরি। থেমস তুরেলগী অহানবা থৌদোক্কী ব্রারীগী হায়বুরীদা লৈবী নুপীমচা অমনা (ট্রাম অমদি মোৎলবা উপাম্বী কয়া হৌবা) ব্রারী লিরি। তুরেল মপান্দা লৈবা পিকনিক্কী মফম রিসমোন্দ অমদি কেন্টতা মহাক্না চৎলম্মী। রিসমোন্দা থুংবা মতমদা অপিকপা হি মচা অমদা মাগী মনমগন্না হিগী লৈমায়দা লৈবা মতমদা মহাকপু নুংশিহৈতনা তমথিনা মাংথোকপিখি। থেমসকী অনিশুবী নুপীমচা অমবুনা মুর গেটতা মাংহনবিখি। সেক্স এক্ট লোইখ্রবা মতুংদা নুপীমচা অদু য়াম্না নিংঙমখিদে, কপসু কপখি। মহাক মশামক অমুক হন্না থোকতনবা চেকশিনবা পামখি। নুপীমচা অদু অব্রাবা ব্রাখল খনখিদ্রে। মসিনি মহাক্কী পুন্সিগী খোঙচৎকি শরুক।

থেমস তুরেলগী থৌদোক্কী অহুমশুবী নুপীমচা অমবু মার্গেট কী লৈঙোইথক্তা ইজ্জত মাংহনবিখি। মহাক্না করিসু নাচুংবিখীদে। মহাক্না মশামক করিসু কান্নদ্রবা অমোৎপা খুৎকী খুদোনবীগী শোক্লবা খুজিল লৌথোকপগা চাংদমনজে। মহাক্কী মমা-মপা লাইরৈ, হিংনবগী আশা লৈত্রে। ব্রেজনরগী ওপেরাগী মখোল তুরেল মপান্দা তাখি। সেন্ট আগষ্টাইনগী কনফেসন্সতা মহাক্না কারথেজদা কোয়রুবগী পরেং মঙাগী পরেংতনা মতাং অসি লোইশিল্লী। সহর অসি অপাম্বনা মৈ চাক্লে। মাগী থৌজালতনা ঈশ্বরনা কনবিখী। ঈশ্বরগী মফমদা খুরুমজবা অমদি মাগী থৌজানতনা হৌজিক মতমগী মীশিংবু অপাম্বগী মৈরী অমদি হৌজিক মতমগী মাংলবা সভ্যতাদগী নাম্থোকপা ঙমগনি হায়বা ব্রাখল্লোন অসিনি।

# দি ৱেষ্ট ল্যান্দ

## ৩ দি ফায়ার সারমোন

## (THE FIRE SERMON)

**ৱাহৌদোক:** মিংথোল অসি গৌতম বুদ্ধগী সারমোন ধর্মগী পাউতাক হায়বদুদগী লৌথোরকপনি, মহাক্না হায়খি সংসার অসি মৈনা চাক্লে, "তুক্কচবগী মৈশানা চাক্লে, মৈনা পুংপঙ পঙথহল্লে, পোকপা , অহল ওইরকপা, শিবা,অৱা-তেংথাবা, নুংঙাইতবা অমদি নিংবা কায়বা"। পুম্নমক অসি মৈনি। মসিনা মচি ওইনা উৎলিবদি অপাম্বনা পুন্সিবু চাকহল্লি। অপাম্বা হায়বসি অৱাবা খাংলগা মৈদা ইক্লগা জয় তৌবা তাই। হৌজিক মতমগী নুপা-নুপীনা নিয়ম কায়না নুংঙাইথোক্লিবসিদা মহাক্না য়ানিংদে। ওস্কার ৱাইল্ডনা অসুম্না হায়খি: "The only way of resisting temptation is yeilding to it". মিহৌববু থিংবগী শুপ্লগী লম্বীদি হনজিনহনবনি।

**অনুবাদ:**

নীংখায়রে তুরেলগী (থেমস) পোথাশঙ অরোইবা খুৎশাশিংদুনা উনাগী
চেৎনা পায়শিল্লি অমসুং লুপশিল্লি অচোৎপা তোর্বান্দা। নুংশিৎনা
লাম্থোকখি কুচু মুবা লমদম তাবিদনা। উমংগী লাইরেম্বীশিং
খোঙদোইখ্রে।
নুংশিবী থেমস, চেম্থৌ তপ্না ইংনা ঐগী শক্লিবা ঈশৈ লোইদ্রিফাওবা।
তুরেলনুংদা উখিদ্রে অহাঙবা লিক্লীশিং অচা অথক্কী চেজেৎশিং,
সিল্কী রুমালশিং, কার্ডবোর্ডকী উপুশিং, চুরুট মতেকশিং
নত্রগা কালেন অহিংশিংগী সাক্ষী। উমংগী লাইরেম্বীশিং
খোঙদোইখ্রে।
অদুগা মখোয়গী মরুপশিংদো, কোয়দুনতা লৈবা সহরগী ডাইরেক্তরগী মচাশিংদো
খোঙদোইখ্রে, মখোয়গী লৈফম হৌফম তাক্লমদনা।
ঈশিং খোংবান্দা লিম্যানগী ফমথরদুনা ঐনা কপখি....
নুংশিবী থেমস, চেম্থৌ তপ্না ইংনা, ঐগী শক্লিবা ঈশৈ লোইদ্রি ফাওবা।
নুংশিবী থেমস, চেম্থৌ তপ্না ইংনা মরমদি ঐ লাউনা নত্রগা শাংনা ৱা ঙাংদে।



অদুবু ঐগী তুংদা ইংনা শিৎলকপা নুংশিৎ তায় ঐহাক
শরুশিংগী মখোল, থিক থিক নোকপগী খোঞ্জেলনা শন্দোকখিবনা অমদগী অমদা।

তুমিন্না উচি অমা চৎলম্মী তপ্লি তপ্লি, অপুম অশাগী উরক্তা
লৈখোম তৈরবা হান্নবা মপুক্তু শ্রো শ্রো চিংলদুনা ঈশিং খোংবান্দা
নমথিরবা ঈশিংখোংদা ঐহাক্না খোই চোপ্লিঙৈদা

নিংথমথাগী নুমিদাংৱাইরমদা গ্যাস হাউসকী মতুংদা
ৱাখল খল্লিঙৈ ঐহাক নিংথৌগী ইচিন-ইন্নাওগী ঈরাক্লবগী
অদুগা নিংথৌগী মফমদা ঐগী পাবুংনা নোঙ্গাখিবগী
অঙৌবা হকচাংশিংনা ফি থোংদনা কুৎল-চোৎলবা লৈমায়থক্তা
অদুগা শরু-শয়াংশিংনা কুৎল-চোৎলবা কাদা চাইরিবা
উচিগী পীক্ল-খোঙথাং, মখোলতনা লাংহল্লিবা, চহী অমদগী অমদা।
অদুবু ঐহাক্কী ইতুংদা মরক মরক্তা ঐনা তায়
গাড়ীশিং অমসুং খোংবগী খোঞ্জেল মদুনা মপাউ পুরক্লি
সুইনিবু মিসিজ পোর্টরগী নাক্তা য়েন্নিংথাগী মতমদা
ওহ, থাজনা ঙাল্লি ইরংলংনা মিসিজ পোর্টর
অমদি মাগী মচানুপীগী কোকথক্তা
মখোয়না চামথোক্লি খোঙশাশিংদু সোদাগী ঈশিংদা
ওহ, অঙাংশিংনা ঈশৈ-পালা শক্লি লাইখুরুম্ফমদা।

টুইত টুইত টুইত

জগ জগ জগ জগ জগ জগ

অসুক হাক্লা তমথিনা হকতিন্নখ্রবা

টেরেউ

তশেংদ্রবা সহর
নিংথমথাগী নুমিৎয়ুংবগী কুচু মুবা লৈচিনদা
মিষ্টর য়ুজেনিদসে স্মিরনাগী লল্লোনবা
লুকোক্তবা ফুরিৎখাউদা কিসমিস থন্না



সি: আই: এফ: লণ্ডন: মিৎনা উবা দলানশিং
ঐঙোন্দা হংখি খুল্লকলোন ফ্রেঞ্চতা
চাক চামিন্নবা ঐহাক্কা কেন্নন ষ্ট্রিত হোটেলদা
থংননা চয়োল অমা মেট্রোপোলদা।

মঙ্গ্রামচুগী পুংফমদা, মিৎশিংনা য়েংলকপদা তুংহন্না
য়েংখৎলকপদা দেস্কতগী, মীওইবগী ইঞ্জিন্না ঙাইরকপদা
টেক্সি অমগুম্না ঙাইরিবা ঙং-ঙংলদুনা,
টেরেসিয়াস ঐনা, মিৎতাংলবসু, পুক্সি অনিগী মরক্তা মিহুলচোং,
হনুবী নুপীগী খুইরবা থবাক চোম্থবগুম, উরি
মঙ্গ্রামচুগী নুমিদাংৱাইরমগী পুংফমদা
য়ুমপাংনা, হিরোইশিংবু পুরকখি সমুদ্রদগী,

চা থক্লমদাই পুংফমদা টাইপিষ্ট ময়ুমদা চরাৱানবা লোইরগা, থাগৎখি
ষ্টোভ, শন্দোক্লি টিনশিংদা চানঙাই।
থোঙনাওদুগী মপান্দা শন্দোক্লিবা খুদোংথিনীংঙাই
তারমদাই নুমিৎকী মঙালনা ৱায়বা ফিনুঙফি
খুদাদা পৈখৎলিবা (অহিংদনা ফমুংদা)
ফিগা-ফিনুং-ফিরোলশিং।
টেরেসিয়াস ঐহাক্লা, হনুরবা খুজিল্লবা থবাক
মিৎয়েংফমদু লাকশিল্লগা, তুংগী থোক্লগদবু মাঙজৌনা খঙখি
থুংলগদবা অতিথিদু ঐহাক্লা ঙাইখি।
পাখংদু, মায়থোংদা উরিং কাপ্লবা, থুংলখি,
অপিকপা ইমুংগী কেরানী, মথৌনা লৈবা মীৎয়েংনি,
পিক্লবা ফমদা লৈরিবা মহাক্লা শোয়দ-ৱাখলনা
মরল লৈবা বেডফোর্ডকী কোক্কী টুপী উপগুম।
মতম চারবা পুংফমনি থুংলৈ খনখি পাখংনা
চরা তম্বা লোইরে, উইরি তম্থনা হৈনিংদনা ইবেম্মা,
নুরাবু হোৎনরুই নুংশি ইখৌ লাংলগে

ব্বারৌহন্দ্রবা খোঙফমনি, পামদ্রবদি।
ময়াই কাখি অমদি নমজানখি থুনমক ফন্নানখি পাখংনা
চান্নবীনা য়ানিংদবসু পীখিদে মঙোন্দা নাচুংখিদে পাখংদা
চান্নবনা থৌওইখিদে, পীখি য়ানিংদনা কামগী ইরাংদা
অদুগা পেনজখি পাখংদু চান্নবীনা তায়োন্নদ্রবদা।
(অদুগা টেরেসিয়াস ঐহাকসু থেংনরবনি অব্বাবা অপুম্বদু
খুদা নত্রগা ফমুংসিদা পাংথোকখিবা
ঐহাক থিবিসকী মনাক্তা ফক্লাংসিগী মখাদা
অদুগা চৎখি লৈখা তারদুনা অশিলক্তা)।
কায়নরমদাই অরোই চীনচুপ অমা পীরম্নগা পাখংনা
অমদি খোঙশানখি মহাকতো, অমম্বা লম্বীদুদা থাক্তগী...........

টাইপিষ্ট নুপীমচাদো চঙজৈ অদুগা য়েংজৈ মিৎকুপ অমতং শকয়েং মিংশেলদা,

খল্লুবা ঙমজদে লমদম তাম্না খোঙদ্রোইথ্রবা নুংশিজববু;
মোন্দ্রংনবা ব্বাখল অমা লৈচিল ওই ফাওখি ব্বাখলদা;
নীংথিনা থবক অদু পাঙথোকখ্রে অমদি হৌখিবগীদমক হরাওজৈ ঐ
নুংশিররবী নুপীশিংনা করিগুম্বদা লঙজরুবা মরালবু
চৎলি কোয়না কানুংদা হন্না মতোমতা,
মহাক্না নাম্বুখি চোইজাইনরবা শম্লাং নাম্বুখি মখুৎনা,
অদুগী খোংগৎখি রেকোর্ড অমা গ্রামোফোন্দা।

লাইজক্তা তপ্না তপ্না চৎপদা ইন্নরকই ঈশৈনা তুংলোমদা
ষ্ট্রান্দগী মায়কৈ লমদমদা কুইন ভিক্টোরিয়া ষ্ট্রিত তম্না লানখৎখিদুনা
ও সহর সহর, ঐনা তায় মরক মরক্তা
লব্বার থেমস ষ্ট্রিতকী পব্লিক বার অমগী নাক্তা
মেন্দলিন যন্ত্রগী নুংঙাই নুংশিরবা শৈশক
মনুংদগী ঈরাং ঈহৌ কয়াগী খোঞ্জেল
নুমিৎয়ুংবগী পুংফমদা পোথানরি ঙায়োনবশিংনা, ফক্লাংদনা
লৈরি মেগনস মার্টরগী
শন্দোক্লা তাকপদা ব্বারবা আইওনিয়ানগী অরং-অরাক, অঙৌবা অমদি সনামচু।

তুরেলদা (থেমস) হুমাং শৌরি
থাউথি অমসুং মৈখু
হিনাউ তাউথরি
ঈথক ফৌরোই তুংইন্না

ঙাংল মচু পালশিংনা
পাক-চাউনা
নুংশিৎ মায়কৈ তম্না ফ্র ফ্র হাই ফম্বাক্তা
হিনাউশিংনা চামথোক্লি
ঈচেন্না পুরকপা উতুপশিং তাউথরি
গ্রিনউইচ তম্না থুংলৈ
আইজল ওফ দোগস লাম্থোক্লগা।
ব্লুইয়ালালা লইয়া
ব্রোল্লালা লইয়ালালা

মহারানী এলিজাবেথঅমদি ফম্লাইবা অঙম্বা লিষ্টর
নৌশিংগী তাম্থাদা ইপোম তানলোয় জগোয়
লংলবা শক্তম
অঙাঙবা অমদি সনামচু
মায়কৈ অনিগী ঈপাক ইরংলং
খা-নোংচুপকি নামিবা মালং
পুথরক্লি ঈচেল
শরীক য়েবগী মখোল
ঙৌরবা দলান মতোনশিং
ব্লুইয়ালালা লইয়া
ব্রোল্লালা লইয়ালালা

'ট্রাম অমদি উফুল তৈরবা উশিং
ওইহল্লে তন্নঙাই ওইবা মী হায়বড়িনা। রিমচন্দ অমদি কিউনা
ফল্লানখ্রে ঐবু। রিমচন্দা খুউশিংসি থাঙ্গৎখি ঐনা

লোংখ্রাক লোংদুনা লৈমায়দা অখুবা হিনাউ অমগী।'

'খোঙনা চৎলি মুরগেত তম্না, অদুগা ঐগী থম্মোইনা
খুয়াদা। থৌদোক পাংথোকখ্রবা মতুংদা
কপখি মহাক। "অনৌবা পুন্সি অমা" হ্রাশকখি মহাক্না,
করিসু ঙাংখিদে ঐহাক। করি তৌরুনি ঐনা য়ানিংদবা?'

মারগেটকী লৈঙোই মথক্তা।
শম্নহনবা ঐহাক্না ঙমখি
অহাঙবা অমদি অহাঙবা।
তেক্লবা খুজিলশিং মোৎলবা খুৎশাশিংগী।
লৈবাকসিগী প্রজাশিং চমজরবা মীওইশিং হ্রাকৎ
অমত্তা লৈজদ্রবা।'
লা লা
কারথেজদা ঐনা মথংদা লাকখি
চাক্লি চাক্লি চাক্লি চাক্লি মৈরী হ্রায়না
ও তাইবংমপু নঙনা হেকতৎপিরেনে ঐবু
ও তাইবংমপু নঙনা হেকতৎপিরেনে
চাক্লি

**গ্লোস্যারি (অর্থ):**

১। (Nymphs) Fairies/pastoral Goddesses, young maidens plucking flowers on the river bank, Here pretty girls loved and entertained by the sons of city directors, - উমংগী লাইরেম্বীশিং

২। Testimony evidence, Proof - সাক্ষী

৩। City i.e. Commercial centre of London - সহর

৪। Leman: French name for Lake Geneva in Switzerland -লিম্যান

৫। Waters of Leman, Leman - Lust, here mistress or prostitute - ঈশিং খোংবান্দা লিম্যান

৬। Chuckle wide-mouthed laughing gesture - থিক থিক নোকপগী

খোঞ্জেল

৭। Slimy: Covered with wed mud, muddy - লৈখোম তৈরবা

৮। Musing: Thinking of - ৱাখল খল্লি

৯। Garret: Poor men's attic (top storey of a house) - কা মতোল থংবা য়ুমখোলগী কা

১০। Rattled: Disturbed মখোলতনা লাংহল্লিবা

১১। ও অঙাংশিংনা ঈশৈ-পালা শক্লি লাইখুরমফমদা লাক্লি (Et O ces voix denfants, chantant dans la coupole! (O these children chantant dans is singing in the doome (choir)

১২। Tereu: The Latin vocative form of Tereus - টেরেউ

১৩। Smyrna: Modern Izmir in western Turkey - স্মিরনা

১৪। Currants: Dried grapes used in cookery - কিসমিস

১৫। C.I.F. (Cost, insurance & Freight) carriage & Insurance Free - সি, আই, এফ

১৬। (Demotic French) Corruptt French - খুল্লকলোন ফ্রেঞ্চতা

১৭। (Metrople) Fashionable hotel in Briton, a Sea resort on South Cost of England - মেট্রোপোল

১৮। (Violet hour) time of sunset, when the violet colour is Prominent on the Western horizon Evening time - মঙ্গ্লামচুগী পুংফম

১৯। (Like a taxi throbbing waiting) The typist girl is compared to a Taxi whose machine is on but is waiting for a customer to get in - টেক্সি অমনা ঙাইরিবা ঙংল ঙংলদুনা

২০। (Combinations) Under garments covering body and legs - ফিন্নুঙ-ফি

২১। (Camisole) Women's cotton undergarment - ফিগা ফিনুং

২২। (Wrinkled dugs) - হনুরবা খুজিল্লবা থবাক

২৩। (Carbuncular) red or inflame - মায়থোংদা উরিং কাপ্লবা

২৪। (Assrurance) Self-confidence - শোয়দবা ৱাখলনা

২৫। (Bred Ford) An industrial Town in North England - ব্রেদ ফোর্ড

২৬। (Profitious) Congenial or favourable -মতম চারবা পুংফম

২৭। (Unreproved) Unoffinded -য়ানিংদ্রবা

২৮। (Strand) Towards the city of London -ষ্ট্রান্দ

২৯। (Whinning) - অৱা ঈশৈ

৩০। (Mandoline) Stringed musical instrument -মেন্দালিন

৩১। (Magnus Martyr) Church of Magnus Martyr buit by christopher wren a great British architect. - মেগনস মার্টর

৩২। (Ionián) ancient Greek style of architecture - আইওনিয়ান

৩৩। (Barges) Large flat bottomed boats - হিনাও

৩৪। (Leeward) Side a way from the wind - লিৱার্ড

৩৫। (Spar) Strong central pole of a large sailing boat or ship

৩৬। (Brisk swell) fast moving waves

৩৭। (Peal) ring of bells - শরীক

৩৮। (Highbury) resident suburb North London - হায়বুরি

৩৯। (Richmond and kew) Two river side districts on the Thames - রিচমন্দ এন্দ কিউ

৪০। (Moorgate) Poor area in the city of London - মুরগেট

৪১। (Margate Sands) sea side resort in kent on the Thames - মার্গেট সেন্দ

৪২। (Karthage) Close to Algeria in North Africa - কারথেজ

৪৩। (Pluckest) Takes out (of fire) -হেকতৎপিরোনে

--------------

# দি ৱেষ্ট ল্যান্দগী
## মরিশুবা শরুক

**ৱাহৌদোকঃ** মতাং অসিদা ডেথ বাই ৱাটর, ইলিয়টনা উৎলিবদি ঈশিংনা পোৎ খুদিংমকপু শেংদোকই লোয়ননা অমুক হন্না মপোক অমসু পোকহল্লি। কাংলুপ অনিগী মীৎয়েং উইলিয়ম সেক্সপিয়ারগী ড্রামা টেম্পেষ্ট অতোপ্পা অমনা অরিবা মতমগী ইজিপকী লাইতীনগী গোড ফর্টিলিতি। গ্রীক্কী হিরোয় ফ্লেবাসনা ঈশিংদা ইরাক্লদুনা শিখিবা অসিনসু তাক্লিবদি সংসার অসিদা লম্বুম হেন্না পামশিনবশিংবু মখোয়গী নহা ওইরিঙৈগী পাঙ্গল থৌনাশিংদু অশিবনা জয় তৌবা ঙম্মী।

## ৪। ঈরাক্লদুনা শিবা
## (DEATH BY WATER)

ফ্লেবাস, ফিনিসিয়ান থাখায়ম্মুক্কী মমাঙদা নোঙ্গাখ্রবা, সমুদ্রগী উচেকশিংগী শৈশক, অরুম্বা সমুদ্রগী ঈথক অমদি মাঙ-তোংবগী হিসাব নীংশিঙখিদ্রে। মহাক্কী শরুশিং ঈথকশিংনা তকখায়খিবদু শরুশিংনা অমনা অমদা চিরোল তৌবনি হায়না কবিনা লৌরি। ঈথক্লুংদা মাগী হকচাংনা অকা-অকুম তৌবদু অশিবগী ঈরৈগী
কোমদুদা তপ্পা তপ্পা নহা অমদি অহল ওইবগী তাংককশিং চৎখি। জিউ অমদি খৃষ্টান, ওইনিংবা অমা ওইরবসু, লাইবক্কী চক্কাবু লৈথোক্তুনা নুংশিৎ মায়কৈ য়েংলিবা নীংশিংউ মতম অমদা নহাক্লুম্না ৱাংচাউরম্বা, শক ফজরম্বা অমদি মমিং লৈরম্বা লল্লোনবা মহাক অদুনা অমুক হন্না পোক্লকখিনি খন্দদুনা নোঙ্গাখরে।

**অনুবাদঃ**

ফিনিসিয়ান মচা ফ্লেবাস, থাখায়মুক্কী মমাঙদা নোঙ্গাখ্রবা,
কাওনখ্রে সমুদ্রগী উচেক চেক্লাশিংগী মপাউখোল, সমুদ্রগী ঈথক
অমদি মাঙ চোংগী হিসাব।

সমুদ্রগী লৈখানুংদা ঈচেল অমা
য়ৈখায়নরবা শরুশিং খুনগৎখি। ঈচেলনুংদা তাউখৎখি মথক-মখা



হৌখি অহল অমদি নহা ওইবগী তাংককশিং
জেনতাইল নত্রগা জিউ
ও নহাক লাইবক চক্কা লৈরিবা নুংশিৎ
উংলিবা, মালং ফৌরোই তুংইল্লিবা,
খল্লু ক্লেবাস, মতম অমদদি শকহেনবা অমদি ব্রাং-চাউরম্বা
নহাক্কুম।

## গ্লোস্যারি (অর্থ):

১। (Gulls) Large sea-birds that haunt the sea coasts sea Fowls - সমুদ্রগী উচেক

২। (Profit and loss) A seller or business maintaining his accounts - মাঙ-তোং

৩। (Whirpool) Current of water moving in a circle - ঈরৈ

৪। Gentile Non-jewish/Christian - জেনতাইল

৫। (Wheel) Steering wheel of a ship - চক্কা

৬। (Windward) The side of the ship from which the wind blows. - মালং ফৌরোই তুংইল্লিবা

--------------



# দি ৱেষ্ট ল্যানগী

## মঙাশুবা শরূক

যিশু খৃষ্টকী মুর্ত্তি ফলাং চনসনবা (Christ's crucification)

কবিনা যিশু খৃষ্টকী ফাজিনবা বিচার তৌবা অমদি ফলাং চনসিনবগী মরমদা শন্দোক্লা তাক্লি। মহাকপু ফলাং চনসিন্দুনা হাৎখ্রবসু মাগী ধর্মনা মতম চুপ্পদা হিংদুনা লৈরি। হৌজিক মতমগী মীশিংনা থওইদবা অমদি চেকশিন্দবদগী যিশু খৃষ্টপু ফলাং চনসিন্দুনা হাৎতোকপিখ্রে। ঐখোয়গী থৱায়দি য়াওদনা হকচাংদি হিংলি। অদুবু ঐখোয় অসি আধ্যাত্মিক শক্তি লৈখা তাদুনা অশিবগী মায়কৈলোমদা অসুম খোঙথাংজিল্লি। খুদোংথিরবা লম্বীদা লমকোয়বা (The ardous Journey) কবিনা সার পার্সিফাল অমদি মাগী খোঙলোয়শিংনা হোলি গ্রেল (Holi Grail) থিবা চৎপা মতমদা খুদোংথিবা অৱাবশিং থেংনবদু শন্দোক্লা উৎলি। মখোয়না চৎন-চৎন কাখৎপা মতমদা হায়নিংঙাই লৈতনা খুদোংথিবা অৱাবা থেংনখি। ভুতশিং অমদি হিংচা য়াইতম্বশিংনা মখোয়বু লম্বী চৎপা মতমদা ওৎনৈরম্মী। মখোয়না ঈশিং ফংদবনা অরাম খৌরাংবা কয়া তৌখি। মখোয়না আধ্যাত্মিক্কী ওইবা অচুম্বা থিরিবসি অৱাবা খুদোংথিবা কয়া থেংনবা তাবনি।

### কোক খুম্নবা খৃষ্ট

খৃষ্টকী পারুৱা ছাত্র অনিনা যিশু অমুক হন্না হিঙ্গৎলখিনি থাজদুনা এম্মামস (Emmamus) তম্না লাকখি। পারুৱা ছাত্র অমনা কোকখুম টুপী উপ্পা মুর্ত্তি অমা মখোয়গা লোয়ননা চৎমিন্নবা উখি। কোকখুম টুপী উপ্পা মুর্ত্তি অসি মখোয়না আধ্যাত্মিক শক্তি ফংনবা থিবগী হৌজিক মতমগী মীওইশিংনা অসিগুম্বা চাউরবা আধ্যাত্মিক্কী পম্বুং অসি ফংবা ঙমদ্রে।

মরু মরা য়াওদ্রবা মীওইবগী শক্তম কবিনা পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাওনা মাঙতাকহনবা থোকহনবগী মতাংশিংগী মিৎনা উবা শক্তম অমা উৎলি।

### যিশু খৃষ্টপু ফলাং চনসিনবগী দৃশ্য

যিশু খৃষ্টপু ফারগা মৈরাগী মৈঙাল পুরিবা মীয়ামগী মতুংদাঅমদি মহাক্কী খোঙলোইশিংনা হুমাং কারবা মাঙহন্নবা তৌরিবা মীশিংগী মায়থোঙ উখি, লৈকোন্নুংদা খৃষ্টপু হাৎলবা মতুংদা তুমিন-তুমিন লৈনরবা মতুংদা মীয়ামশিং হন্নখিরম্মী। জেলগী ৱায়েলগীকাদা



খৃষ্টপু অৱাবশিং পিরবা মতুং যিশু খৃষ্টপু থাদোকখিগদ্রা হায়না চিংনবা মীয়ামশিংনা লাউ-খোংবা মতুংদা জেলদা অমদি গবর্নরগী কোনুংদা লৈপাক মীয়াম্না লাঙখি। যিশু খৃষ্টনা অমুক হন্না পোক্লকপগী খুদম উৎপা ওইনা অথাপ্পা চীংশিংদা অখাক-অরাও য়াওনা নোংখোং খোল্লাওগী মখোল তাখি। খৃষ্ট হিংদুনা লৈরম্বা মহাক অদু ফলাং চনসিন্দুনা হাৎখ্রে। ঐখোয় হিংলিবনি হায়না লৈরিবসি তশেংনা শিরবনি। ঐখোয় মচেৎ মচেৎ শিরবনি।

**নাইটকি (থৌগললমচা) লম্বী খোঙচৎ**

চাপেল পেরিলস তম্না হোলি গ্রেল (মখা লাওবা কোল্লিক অমা) থিনবগীদমক নাইট অমদি মখোয়গী খোঙবুশিংগী খোঙচৎ ৱারীনি। নাইটনা চীংথক্তা ঈশিং ফংদদুনা চীংশিংদা মখোয়না য়েংদুনতা লৈ, লৈঙোইগী লম্বীশিংদা কাখৎপদা অকুৎ-অতোং শিংদা চীংথক্তা থেংনৈ হায়না ফোঙদোক্লি। মখোয়না ঈশিং খর ফংলবগা অরাম খৌরাংবা কোক্লে। চীং কাবা মতমদা চীংয়াংদা পোৎথাবসু ঙম্মদে মখোয়গী থোক্লকপা হুমাংশিংদু লৈঙোইলমদা শিৎলকপা নুংশিৎনা থুনমক কংথোকখি। নাইট শিংনা অহাঙবা চীংশিংবু অশিবা কোক্কী ময়াশিংগী মচিলগসু মান্নে হায়না চাংদমনৈ। মসিনা মখোয়না ফমথবা নত্রগা পোত্থাবা ফংলমদে। মফম অসিদা মখোলসু বজ্র তাবগী মখোলগুমই, অদুগা নোংশু চুরমদে। ভুত প্রেতশিংনা চীংদা লৈবা মাঙতাক্লবা য়ুমশিংদগী য়েংথোরক্লুনা করেম্নদুনা লাউখোৎপসু লক্লবসু তৌই হায়না নাইটশিংনা ফোঙদোক্লি।

**আম্বাগী (থৱায়) খৌরাংবা:**

চীংশাং নত্রগা খর কাখৎপা হৌদ্রিঙৈদা নত্রগা কাখৎলকপা হৌরকপা মতমদা ঈশিং লৈবগী ঈফুৎগী খুদম চীংদা ফংলবসু নত্রগা মখোয়না ঈশিং লৈবগী খোঞ্জেল তারবসু নত্রগা নুংশিত্তা অচিকপদা ঈশৈ শকপা উচেক খোঞ্জেল তারবসু নত্রগা ঈশৈ তারবসু মাগী ঈশৈ অসি ঈশিংনা তপ্না তপ্না চেম্থবগা পাংখক ওই মসিসু খাংদুনা লৈবা ঙম্মী। অদুবু লাইবক থিবদগী চীংশাং অসিদা ঈশিং অমত্তা ফংখিদে।

**খৃষ্টনা অমুক হিংগৎলকপা:**

খৃষ্টকি ছাত্র অনিনা এম্মামস তম্না খৃষ্ট অমুক হন্না হিঙ্গৎলকপি ৱারীগা মরী লৈনবগী মতাংনি। চৎমিন্নরিবা খোঙলোয় অমনা মাগী মরুপ্তা ৱাহংখি; "নহাক্কী ননাক্তা চৎমিন্নরিবা অহুমশুবা নুপা অদু কনানো? ঐনা মশীং থিবা মতমদা ঐখোয় অনি নং অমসুং ঐহাক তনি। অদুবু ঐনা অঙৌবা লম্বীগী মমাংদা য়েংবা মতমদা ঐনা অতোপ্পা মীশক অমা নহাক্কা লোয়ননা চৎমিন্নবা উবা ফংলি। মহাক অমুবা মচুগী অচোনবা ফিনা কুপশিল্লি



অদুগা মাগী মায়থোঙ উবা ফংদে। ঐনা অহুমশুবা মীশক অদু নুপারা নত্রগা নুপীরা হায়বা ওমদে। টুপী উপতুনা নংগী নাক্তা চৎলিবা নুপাদু কনানো?" অতোপ্পা খৃষ্টনা মকোক খুমজিন্দুনা মাগী ছাত্র অনিগা চৎমিন্নদুনা মহাক হিংলি হায়বসি থাজনবা উৎখি হায়না লৌনখি।

**রুসিয়ান রিভোলুসন অমদি অহানবা লাঞ্জাউনা খুন্তাকহনখিবগী মতাং:**

মীৎয়েং অসি ইউরোপ মহাদেশরোমদনি। পৃথিবিগী অহানবা লাঞ্জাউনা ইউরোপকি মরুওইবা শরুকশিং, মীয়াম কয়া মরুফঙনা মাঙ তাকহনখ্রে। আকাশতগী থাদরকপা বোমশিংনা মী কয়াগী পুন্সি মাঙখ্রে। কপ-লাউবা, তেংথাখোলতনা লম্বীশিংদা ময়ুম মকৈ লৈতবশিংনা নিল-খোংলদুনা চৎলি। মীশিংনা অনিংবা য়াওদনা মফম খঙদনা চৎলি। থোকখিবা থৌদোকশিংগী পরেংনা খরনা লম্বীদা তাদুনা শিদুনা লৈরম্মী। মীশিংনা মশা মশাগী ৱাখল লৈজরমদে, অঙাউবগুম লম্বীদা চৎলম্মী। সহর কয়া, য়ুমকৈ কয়া মাঙতাকখি, লৈনুংদা অচৌবা অচৌবা টৱারশিং লৈপাক চেকখায়দুনা পুৎথখি। চাউখৎলবা সহরশিং এথেন্স, আলেকজেনদ্রিয়া, ভাইয়েনা ,লন্দন, জেরুসালেম মাঙ তাকখিরম্মী। মসি পৃথিবিগী অহানবা লাঞ্জাউনা আধ্যাত্মিক লৈতবদগী থোকহল্লিবনি।

**থাজনবা মাঙথরকপা (Absence of faith):**

রেফ্যুজি নুপী অমনা শাংলবা অমুবা শম্লাং পুনশিল্লগা সারঙ্গগী যন্ত্রমরীগুম্না লৌদুনা মাগী শম অদু শান্নখি। মহাক্কী শৈশকসু অৱাবা ঈশৈনি। মসিনা উৎলিবদি নোংপোক ইউরোপতা মিলিয়ন রেফুজিশিংবু রুশিয়ান রিভোলুসন্না অৱাবা কয়াশিং পীখিবদু উৎলি। কবিনা হোলি গ্রেলদা নাইটনা চৎখিবদু নৈনরি। শেকপীশিংনা অঙাংগী মায়থোঙ মান্ননা লৌবা মখোয়গী মশা খপ্পা পায়বা মকোক মথক মখা ওম্থোক্তুনা অমুবা ফক্লাংদা য়ান্দুনা লৈবশিং উৎলি। নাইটশিংনা টৱারশিংনা মথক মখা ওন্না লৈবা শরীক খিংদুনা অমদি অকক্লবা পুংফমদা য়ৈবা থেংনখি। মখোয়না অহাংবা পাত্র অমদি কংলবা গুহাশিংদগী খৃষ্টকি মতাংদা শকপা ঈশৈ উখি। খৃষ্টান ধর্মগী চর্চতা পাংথোকপা থৌরমশিংদা থাজবগী মফম লৈত্রে। থাজনবা ৱাৎনরকপা অসি হৌজিক মতমগী সভ্যতাগী মরুওইবা য়ুমফম য়াওনরকতবদগীনি।

**নাইটকি মায়পাকপা খোঙচৎ:**

চীংশাংশিংগী অরিবা লম্বী, থাবলগী অমুবা মঙাল, চর্চকি মনাক্তা লৈবা মোংফমদা নাপীশিংনা ঈশৈ শকখি। (নাইটকী খোঙচৎ অদু মায়পাক্তুনা চাপেল পেরিলস য়ৌখিরম্মী) চাপেলদা ইহাং হাংনা নুংশিৎ মরাং কায়না শিংখিরম্মী থোঙনাও পান্দবা থোঙশিং অদু

মনুং মপান্দা হায়দোক হায়জিন তৌরম্মী। (মসিনা তাক্লিবদি চর্চতা কনাগুম্বনা অমত্তা লৈত্রে হায়বনি)। মসি ইহাং হাংবা মফমনি। মোংফমদা তারিবা অকংবা শরুশিংদু করিমত্তা ফত্তবা ওইরমদে। য়েনবা অমনা উগী মতোন্দা লেপ্লদুনা অয়ুক্কী মতম ওইরে হায়না মঙালদা খোংদুনা লৈবদু নাইটনা ফংখি। অদুগা নোংচেনগদবা অইংবা নুংশিৎসু শিৎলম্মী।

## নোংথাংগী মপাউখোলঃ

গঙ্গা তুরেলগী ঈশিং লৈরকত্রে, উনাশিংনা তুরেনগী মপান্দা অনৌবা চুগদবা নোংবু ঙাইরম্মী, অথাপ্পদা লৈরিবা হিমালয় চীংশাংদা লৈরিবা অমুবা লৈচিলনা কুপশিনখিরম্মী। উমংগী শাশিংনা পুল্লপ পুল্লপ পুন্না তুমিন্না মচিঞ্জাক অমদি ঈশিং লৈতবনা লৈরম্মী। নোংথাং হায়রকই দা ব্রাহৈসিনা খঙহল্লিবদি দত্ত(পীবা) হায়বনি। অদুবু ঐখোয়না করি পিরবগে? ও! ঐগী চান্নথোইবা ঐহাক য়াম্না লাংতক্লরে। ঐখোয়না থৌনাফনা অচৌবা ব্রাখল্লোন পিরব্রা? ঐখোয়না অমুক হন্দোকলোইদবা পোলোই পিবা ঙম্লব্রা? ঐখোয়সিনা করম্বা থবক (Commitment) পীরবগে? কনাগুম্বা অমা শিরবা মতুংদা অচৌবা থবক পাংথোক্লবগী ঈ-পাউগী খুথাংদা ইশানা য়াজনা ফোংলব্রা? মীরাংনা কুপশিল্লবা অমদি মঙগী নুংদা ইরব্রা, (Wills) অমদি টেষ্টামেন্তশিংদা ফংলব্রা, ঐখোয়গী হাঙলবা কাশিংদা অশোনবা মোক্তরনা থুগাইরল্লবা চাদুমশিংদা?

নোংথাংনা অমুক হন্না 'দা' হায়না হায়রকখি। মসিগী অর্থদি দয়াধবম হায়বনি। অমুক্কসু নোংথাংনা হাযরকখি দা। মসিনা দম্যত (খুদুম চনবা) হায়বনি। হিবু অহৈবা হিরোয়না নীংথিনা ঈশিংদা হোনবনি। সমুদ্রগী ঈচেল তপলম্মী।

## অরোইবা (conclusion):

কবিনা খল্লিবদি ঙসিগী পৃথিবী অমসি হৌজিক মতমগী সভ্যতা অসি আধ্যাত্মিক য়াওদ্রবা শিরবা শক্তমদগী করম্না কনগদগে হায়বসিনি। কবিনা মাগী তুংদা কংলবা লৈবাক্তা ফমদুনা সমুদ্র মপালদা ফমখি। মহাক্না ফংনবগী হোৎনগদ্রা? লন্দন থোঙ নিংখায়রে। সহরগী সভ্যতা মরাই চায়থরে। ইশাবু চুমথোকচবদা অৱাবা ওইরে। মীওইবগী অমুক হন্না শেমগৎ-শাগৎপদা অৱাবা খুদোংথিবা কয়া খাঙবা দরকার ওইরি। নির্বান ফংনবগী লম্বীদা থৱায়বু তোঙান্না খাইদোকপা দরকারনি। ব্রাখল অহুমসিদগী হৌরকফম ওইনা কবিনা মশামক মাঙতাকহনবদগী সহরদগী কনজবা পামখি। ব্রাখল খন্থজদুনা কবিনা ঙাওরবা হিইরোন্যমোগুম্না লাউজৈ। কোক্লবগী পাম্বৈ অহুম দত্ত, দয়াধ্বম অমদি দম্যত অসিনি। শান্তি শান্তি শান্তি লাকপা ওইসনু। হিইরোন্যমোগুম্না (টোমাস কইডকি ১৫৫৭-৯৫ স্প্যানিশ ট্রেজেদিগী লমচৎ অমা) লাউজৈ।

# দি ৱেষ্ট ল্যান্দ

## ৫। করি হায়খি নোংথাংনা
## (WHAT THEE  THUNDER SAID)

**অনুবাদঃ**

মৈরাগী মৈঙাল মচুগী তুংদা হুমাং চোৎল শকফমশিং
উন্না কুপ্লবগুম পুমচিক চিকখ্রবগী তুংদা হৈকোল লৈকোলশিং
নুংমুক কনবা লমদমশিংগী অৱা-চৈনাগী তুংদা
লাউনা ঙাঙবা অমদি ৱাহৈগী খোল্লাও
কৈশুমশঙ, কোনুং অমদি খোঙ্থাং-খোনঙং
থাপ্ল চীংজাউশিংদা য়েন্নিংথাগী অখাক-অরাও
হিংলম্বা মহাক্তু হৌজিক্তি অমঙ য়াইথোং কুমখ্রে
হরাও-তয়াম্না হিংলম্বা মখোয়সু হিংনা মঙ্গাখ্রে
পুক্নীং তপ্না লৈতাজদুনা।

মফমসিদা শুপ্নগী অকং-নুংদুমঙাক্তনি ফংদে লাইজ ঈশিং
লাইজ ঈরিকত্রবা লৈঙোইগী লমদম নুঙদুম ঙাক্তা
খোয়দ্রিং খোয়দ্রাংনা চীংশাংশিংগী মথক্তা কাখৎখ্রিবা লম্বী
নুঙদুমগী চীংশাংশিং লাইজ ঈরিক পক্রুবা
ফংলম্লবদি ঈশিং ঐখোয় পোত্থাদুনা কোক্লরমগদবনি ঈখৌ-মৈচাক
নুঙদুমলক্তা কনানা ঙমদে চপলেপ্পা অমদি ৱাখল খনবা
হুমাং কংলে অদুগা খোঙশাশিংনা লৈঙোইথক্তা
নুঙদুমলক্তা লৈরম্লবদি লাইজ ঈশিংদং
অশি-চীংশাং চাথৎলবা শরু-য়াশিং চীনবান তিন-শিৎপা ঙমজদ্রবা
মফমসিদা কনাসু ঙমদে লেপ্পা, হিপ্পা নত্রগা ফম্বা
চীংশাংসিদা ফংদ্রেনে তুমিন তুমিন অচীকপা

অদুবু ঙাঙন-শুক্তোক্লবা মায়থোঙশিংগী নোক্রেম্নবা অমদি খিগৎপা
কিম্থুরবা ফক্লাংগী য়ূমশিংগী থোঙশিংদগী
লাইজ ঈশিং ফংলম্লবসু।

অদুবু নুঙদুম লৈতে
কংলবসু নুঙদুম
অমসুং ঈশিং
ঈশিং
ঈফুৎ
পুখ্রি অমা নুঙদুম মরক্তা
ঈশিংগী মখোল তারমলবসু.
কৌজেংগী খোঞ্জেল নত্তনা
কংল তিংথৌ নাপীনা শক্লকপা ঈশৈ
অদুবু ঈশিংগী মখোল নুঙদুম অমগী ব্রাংমদা
উচান-পাম্বীশিংগী মরক্তা খোইনিং ঈশৈ
ড্রিপ ড্রোপ ড্রিপ ড্রোপ ড্রোপ ড্রোপ ড্রোপ
অদুবু ফংদে অমত্তা লাইজ ঈশিং

অহুম শুবদু কনানো মতম লৈবা খিবিক্তা নঙগী ননাক্তা চৎলিবা?
ঐনা মশিং থিবদদি নঙ অমদি ঐহাক
অদুবু য়েংখৎলুবদদি ঐহাক ঙৌরুনবা লম্বেলদা
মতম লৈবা খিবিক্তা অতোপ্পা অমদি চৎমিন্নরি ননাক্তা
অমুবা অচোনবা ফুরীৎ ঙকয়েম্ম শিন্দুনা কোক্তা কুপশিন্দুনা
ঐ খঙদে নুপারা নত্রগা নুপীরা
অদুবু নঙগী নাকন্দা চৎলিবদু কনানো?

অহাঙবা তরংদা তারিবা খোঞ্জেলদুনা করি
পলেম ওইবগী থম্মোইনুংগী তেংথাখোল
মখোয়শিংদুনা কনা ঙকফাওবা য়োমশিল্লবা য়ুমলিংদবগুম কোয়চৎ চৎলিবা

লোইনাইদ্রবা তম্পাকশিংদা, লৈত্রক চৎলবা লৈমায়দা তুশিন-তুশিন্দুনা
কোয়শিন্দুনা শন্দোক্লিবা অতিয়াগা ঙমখৈতনা
চীংশাংশিংগী ব্রাংম পংখৈদা উরিবা সহরসিনা করি
চেকখায় থিনগাইরবশিং অমদি শন্দোকখ্রিবা মন্ত্রামচুগী তরংদা
নিঙখায়-তুরক্লিবা ফুরাদলানশিং
জেরুজালেম এথেন্স আলেকজান্দ্রিয়া
ভিয়েন্না লন্দন
তশেংদ্রবা

নুপী অমনা মুনা শাংলবা শম্লাংশিংদু চিংথোরকখি চেকশিন্না
অদুগা খৎলকখি যন্ত্র মরীশিংদা ঈশৈ
পীক্ক অঙাংগী শকফম লৌরিবা শেকপীশিংনা মন্ত্রামচুগী মঙালদা
খোংল-খোংলদুনা, অমদি খপ্লি মশাশিং
অমম্বা ফক্লাংলোমদা মকোক নোম্থরদুনা শিংনা চৎলি
অদুগা মকোক মমৈ ওন্নরদুনা মালংদা লৈরি ফুরা-দলানশিং
খিংলি নীংশিং শরীকশিং, পুংফমশিং শেন্নরিবা
অদুগা খোম্থোক ইপোমশিং ঈশিং য়াওদ্রবা গুহাশিং অমদি ঈশিং কোমফুশিংদগী

চীংশাংশিংগী মরক্তা লৈরিবা তেক কায়রবা অহোবশিংদা
থাবলগী মুৎশি মুৎশিবা মঙালদা, শক্লি তিংথৌ ঈশৈ
কীম্থু-নীংখায়রবা মোংফমশিংদা, লাইশঙ-মরুমদা
অহাঙ-লাইশং অমা লৈ, শুপ্নতগী নুংশিৎকী য়াতাফম ওইরিবা
থোঙনাউ পান্দ্রে, ফ্র ফ্র হাইরি থোঙশিংনা
অকং শরুশিংনা কনাবুসু মাংতাকহন্দে।
শুপ্নতগী ফক্লাং উথক্তা য়েনবা অমত্তংদি খোংলি।
কো কো রিকো কো কো রিকো
মমীৎ কুপলকপদা নোংথাংনা, অহিংবা নুংশিৎ অমা
নোং পুরকপা

ঈচেল কংশিল্লক্কে গঙ্গাসু পুমথরবা উনাশিংনা
নোংজুবু ঙাইহরি, অমু-লৈচিলশিংনা
লাপ্না পৈরি, হিমালয়থক্তা।
উমংনা লৈবাক্তা কুল্লি, ভুমিন-নমপোল্লদুনা।
অদুদগী হায়থরকখি নোংথাংনা
দা
দত্ত: করি পীখ্রে ঐখোয়?
ঐগী মরুপ থম্মোয়দা ঈনা চোংলি
ঙকচান্না মীৎকুপ অমত্তং অকি-অখংলৈতনা
পোলোই যেংবা তুংওইনবা মতমসিনা হন্দোক্লুবা ঙমদ্রবা
মসিনা অমদি মসিতনা ঐখোয়না হিংলিবা
মঙগুমখ্রবা কনাগী ৱারীদসু ফংলরোইদ্রবা
নত্রগা মিরাংনা নীংথিনা লৈতেং কুপশিনবীরম্লবা নীংশিংনঙাইশিংদা
নত্রগা অশোনবা মোক্তারনা থুগাইরম্লবা চাদুমশিংদা
ঐখোয়গী হাঙলবা কাশিংদা
দা
দয়াধ্বম: শোদুগী তারে ঐহাক্লা
থোঙদুদা অমুক্তা মায়কৈ ওলহনবা, অমুক্তমক
শোদুগী খল্লি ঐখোয়না মহাক খুদিংমক্কী কৈশুমশঙদা
খল্লিঙৈ শোদুগী, থুংবীরি খুদিংমক্কী কৈশুমশঙ অমা
শুপ্নগী অহীংদা অহাঙ-তরংগী তোকঙা-ঙাংনবশিংনা
মীৎকুপ অমত্তংগী হিংঙ্গৎহল্লি কায়বা কোরিওলেন্স
দা
দম্যত: তাউথৈ ৱাকয়ৈ-হি
হরাও তয়াংনা, খঙহৈরবশিং খুত্তাদা নৌ অমদি পালদা

ইংনা তপ্না লৈরি সমুদ্র, থম্মোয় নঙগী পাউখুমজরমগনি
হরাও-মথোই কা, হায়জরুবদা হায়বা ইন

হিমায় চুম্না হোল্লিবা খুৎশিংদা
ফমলমখি ঐহাক সমুদ্র মপান্দা
লেমলৈ ঙা ফাখি, ঐহাক্কী তুংদা কংল-লৈপাকশিংনা শন্দোক্লিবা
শোয়দনা শেনরুগদ্রা ঐগী লমদমগীদমক ফজনা?
লন্দন থোং নিঙখায়রে নিঙখায়রে নিঙখায়রে
"চানবিদুনা নীংশিংবিয়ু ঐগী অৱা-চৈনাখোলশিংসে"
মহাক্কী ঈশৈদু তাবা ফংখিদ্রে
এক্কাইতেইনগী নিংথৌ মচা, মাঙ তাক্লবা টৱার

অকায় অতোইশিংগী মরক্তা লীক্লশিংসি লোকহৌই ঐনা
হাপ্লু য়েংদুনা চান্নগদবদু। হিইরোনাামো ঙাওরে অমুক্কা
দত্ত। দয়াধ্বম। দম্যত।

শন্তি শান্তি শান্তি

## গ্লোস্যারি (অর্থ):

১। After the torchlight red on sweaty faces - জুডাসনা খৃষ্টপু লান্না লমজিংবা অসিনা মাগী খোঙবু অমদি ওফিসারশিংগা লোয়ননা লেনর্টন অমদি টোর্স পুদুনা খৃষ্টপু ফান্নবা হোৎনবা রেড (red) হায়বসিনা অকিবা অমদি ওৎনৈবা।

২। Forsty silence in the Garden's Gethsemane গী লৈকোল, খৃষ্টপু ফাখ্রবা মতুংদা অশিবগুম পুমচিক চিকপা।

৩। After the agony in stony places - খৃষ্টকি খুদোংথিরবা অৱাবা, রোমান গবর্নর পাইলেটনা মাবু ফলাং চন্দ্রিঙৈদা কৈশুমশংদা ৱানা থম্বা।

৪। Shouting and crying - মীয়ামগী খোল্লাউ

৫। Reverberation খৃষ্টপু ফলাংচনবা মতমদা পৃথি-লৈপাক নিকপা।

৬। Carius - তেক-কায়রবা কোমশিং

৭। Sterile Thunder - নোংদি খোংলগা নোংচুদবা

৮। But red sullen faces sneer and snarl - তীর্থ-চৎপা মীশিংবু ভুতনচিংবগী অকিবা শকফম্না

৯। Mudcracked houses- মী লৈত্রবা নীংখায়বা য়ুমশিং ভুতশিংগী লৈফম ওইরবা

১০। Cicada - য়াক্লা লাউনা খোংবা তীল অমা

১১। Hermit-Thursh - অচিকপদা ঈশৈ শকপা উচেক

১২। Mantle জোন জোন লাউবা ফুরীৎ

১৩। Hordes - মীয়াম তিনবা

১৪। Jerusalem জেরুসালেম - পেলেষ্টাইন (মোদর্ন ইজরেল) খৃষ্টকি মোংফম-জিউ, খৃষ্টান অমদি মুসলমানশিংনা অশেংবা তীর্থনি লৌনবা।

১৫। Athens - গ্রীসকী কোনুং, অরিবা মতমগী গ্রীক-কলচর।

১৬। Alexandria - ইজিপকি পোর্ট সিটি, মেসোডোনিয়াগী (অরিবা গ্রীস) আলেকজেন্দর দি গ্রেটনা লিংখৎলম্বা।

১৭। Veinna - অষ্টিয়াগী কোনুং, আর্ট অমদি ঈশৈগী মফম।

১৮। Cisterns - ঈশিং থমনবা পুখ্রি/কোম ।

১৯। Chapel - খৃষ্টানগী লাইনিংফম

২০। Himavant - হিমালায় চীংশাংগী সংস্কৃতকি মিংখৈ

২১। Humped - য়াম্বুবা

২২। Datta - দত্ত (সংস্কৃত) পিবা

২৩। Prudence - সংসারগী লৌশিং

২৪। Retract - ওন্নতৈনবা

২৫। Obituaries - পাওজেল চেদা অশিবা মীগী মরোল ইবা পাও

২৬। Solicitor - উকিলনা চঙজরকপা মীদা পাওতাক পিবা

২৭। Dayadhvam - দয়াধ্বম (থৌজাল)

২৮। Aethereal - নুংশিৎগী ওইবা

২৯। Coriolanus - রোমান জেনেরেল সেক্সপিয়ারগী লীলা অসিমক্তা

৩০। Damayta - দম্যত (খুদুমচনবা)

৩১। Arid - অকণ্ডবা

৩২। Poi...........affina - দান্তেগী Purgatorio XXVI 145-8 দগী লৌথোরকপা, দান্তেদা অরনাউট ডেনিয়েলনা ঙাংখিবা ঐগী অৱাবা নীংশিংবিয়ু (অৱাবতনা অমুক হন্না পোক্লক্কদবনি)

৩৩। Quando ........... chelidon - অইবা মীশক খঙদ্রবা লেটিন শৈরেং Pervigiliuna veneris তগীনি। ফিলোমেলগী মচে Procne না শেম্বাং ওন্দুনা ঐহাকপু ৱাঙাঙদনা ফাগদগে মসিদা উৎলিবদি অমুক হন্না মপোক অমা পোকপদা অৱাবা চংঙি।

৩৪। Le Prince.........abolie - ইটালি শৈরেং - সোনেট, El Desdichado - (General de Naval) "The Prince Aquitaine of the ruined tower" অমুক হন্না আধ্যাত্মিক ওইনা পোক্লবগীদমক থাদোকপা চংঙি।

# ৱেষ্ট ল্যান্দগী তোঙান-তোঙানবা মীৎয়েংশিং নৈনবা

## ১। ৱেষ্ট ল্যান্দগী হৌরকফম

টি এস ইলিয়টনা ৱেষ্ট ল্যান্দ হায়বা শৈরেং অসি মার্গেট (Sea side resort in kent on the Thames) কৌবা মফমদা ইহান হান্না ইখি অদুগা লুইসানিদা ইং ১৯২১ গী শরত ঋতুগী মতমদা ইবা লোইশিনখি। মহাক্না এজরা পাউন্দগী মফমদা শৈরেং অসিগী খুৎই অদু উৎলুবদা শৈরেংগী মওং মতৌ খরা শেমদোক- শেমজিন তৌরকখি। এজরা পাউন্দনা কোর্নাডকী হার্ট ওফ ডার্কনেস হায়বসিদগী এপিগ্রাফ (অতোপ্পা লাইরিক্তগী লৌখত্তুনা পনবা ৱা) শীজিন্নগনু, জেরোনসন হায়বসিনা ৱাহৌদোক ওইনা মাগী ডেথ বাই ৱাটর শৈরেংদা শীজিন্নদবা অদুগা ৱেষ্ট ল্যান্দ শৈরেং অসিগী শরুক অহুমগী অমা শৈরেংগী পরেংশিংগী তংখায় অমা ককথৎলকখি। ইলিয়টনা এজরা পাউন্দগী মত মতুংইন্না শৈরেং অসি মচেৎ মকায় তাখি। মসিমক্না শৈরেং অসি অরুবা অমা ওইরকখি। জোহন প্রেসনা হায়খি "It is possible that the deleted passages contained matter which would have made the waste Land more logically coherent than the final version has proved to be possibly, but unlikely, for we know that the missing sections included a particle of pope, a description of a fashionable Lady break fasting in bed, a long episode about a Shipwreck inspired by Dante, a handful of Lyrics".

ৱেষ্ট ল্যান্দ হায়বা শৈরেং অসি য়াম্না হেন্না লুরবা শৈরেং ওইদুনা পুক্লিংদা থুক লাওরবা পোকহন্দুনা লানগী চৈনাখোলনা পৃথিবীগী মীপুম খুদিংদা খঙহল্লি। শৈরেং অসিনা অংগ্রেজী শৈরেংগী নীংথিরবা মরুওইবা শক্তম উৎলি।

## পৃথিবীগী লাঞ্জাও অনিনা থোকহনবা:

ৱেষ্ট ল্যান্দ হায়বা শৈরেং অসি পৃথিবীগী লাঞ্জাও অনি অসিনা ইলিয়টকী মফমদা ইথিল পীখিবদগী ইরকখিবনি। মহাক মশামক লন্দনদা লৈবা মীশক অমা ওইনা লাঞ্জাও অনি অসি থেংনখ্রবনি। পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাও (১৯১৪- ১৯১৮) অসিনা মীশিংবু লানগী অৱাবশিং থেংনখি। লানগী চৈথেং অকিবা, মীওইবগী চোকথরবা অমাং অতাশিংগী ফিবমশিং উরুবদগী ইলিয়টনা মাগী শৈরেং ৱেষ্ট ল্যান্দ হায়বসি ইখি।



মহাক্কী শৈরেং অসি মঙোন্দদি শিবনা লোইবা ( Dead end) হায়বসিনি। অনিশুবা লাঞ্জাওনা (১৯৩৯- ১৯৪৫) মাগী ৱাখলদা মীনুংশি পোকখি। মসিনা মহাক্না কার্টেটস অমদি লীলাশিং ইখি। মহাক্না লান মতুংগী ওইরকপা ফিবমশিংদু তেংথাদুনা ইখি।

## টি, এস, ইলিয়টকী হকচাং নাবনা মরম ওইনা:

ইলিয়ট মশামকসি য়াম্না তোয়না হকচাং নাখি। মসিমক্নসু মহাক্কী ৱেষ্ট ল্যান্দ হায়বা শৈরেং অসি ইখিবনি। মহাক্না পৃথিবীগী লাঞ্জাও অনিনা লন্দনগী পুন্সিদা অৱাবা চৈথেং পীবতনা শৈরেং অসি ইখিবনি লৌনরবসু মহাক্কী হকচাংদা অনাবা হায়বসিনসু ৱেষ্ট ল্যান্দ শৈরেংসি ইখিবনি। মহাক্না চহি তরুকচুপ্না অকনবা থবক শুরকপা, শেম্ভুম তানবগী মৈশা অমদি লৌশিংগী শক্তি ফংনবা হোৎনবনা মঙোন্দা চোকথবা পুন্সি লেনখি। অদুবু মাগী হকচাং নাদুনা লৈবা অমদি পৃথিবী অসিগী নারবা শক্তমনা ৱেষ্ট ল্যান্দ হায়বা শৈরেং অসি ইরকখি। মহাক্না নারবা মাংথরক্লবা মীওইবগী সমাজ অসিবু লায়েংবা পামদুনা শৈরেং অসি ইখিবনি।

## অতোপ্পা অইবশিংদগী ফংলকপা থৌইনশিন:

টি এস ইলিয়টনা অতোপ্পা অইবশিংগী মফমদগী মাগী ৱেষ্ট ল্যান্দ ইবদা মচাক কয়াশিং মতেং ওইনা লৌখি। লাফোরগ, ষ্ট্রাভিসকী, এজরা পাউন্দ, মিস ৱেষ্টননচিংবদগী মওং কয়াশিংগী মতেং লৌখি। শৈরেং অসিনা ইলিয়টকী ধর্মগী ফিবমগী মতাংশিং মীওইবা হায়বসি মপুং ফাদবা লাইবক থিরবা জীব অমনি। কবি অমা ওইনা মহাক্না মীওইবগী মপুং ফাবা ফংনবা হোৎনবসু উৎলি। মহাক্না আধ্যাত্মিকপু অমুক হন্না পোক্ন বা অমদি জেসি এল ৱেষ্টোনগী লাইরিকনা ৱেষ্ট ল্যান্দ শৈরেং ইনবা খুজিল থৌরাং তৌখি। মহাউ য়াওদ্রবা ময়োল চোংদ্রবা পুন্সিবু অমুক হন্না পোকহন্দুনা অহোংবা পুরক্তুনা উৎপনা মহাক্কী শৈরেং অসিগী মরুওইবা মীৎয়েংনি।

## কবি মশামক্কী পুক্লিং চিংশনবা :

ইলিয়টকী শৈরেং অসিদা ফোঙদোক্লিবা টেকনীক মচেৎ মকায় তারবা মচোয় মচোয়বা মমিশিংনা ইলিয়টনা শৈরেং অসি ইবা হৌগৎপদা কবিনা উৎলিবা অর্থনা ঐখোয়গী পুক্লিংবু হেন্না চিংশিল্লি। ৱেষ্ট ল্যান্দগী শৈরেংনা হায়দোকপা ঙমদ্রবা খুদমশিং ঐখোয়গী মফমদা তশেংনা উৎলি। শৈরেং অসিনা ঙাংথোকপা ঙমদ্রবা ফোঙদোকপদসু



হেন্না খুদোংথিরবা অমদি ওইরি। ব্রেষ্ট ল্যান্দ শৈরেংবু নীংথিনা ফোঙদোক্লবগীদমক চহি নিপাল চংনবগী থবক ইলিয়টনা হোৎনবা চঙখি। অদুগা তুংগী অনৌবা কবিশিংনা শেম শাবদা চহি কুষ্লা ওইগনি।

## ২। লান মতুংগী মীওইবা জাতিগী শকয়েং মীংশেল ওইনা নৈনবা :

দি ব্রেষ্ট ল্যান্দ হায়বসি শতাব্দী কুনশুবা চহিগী ইংরাজী সাহিত্যদা থোইদোক হেন্দোক্লা মরুওইবা শৈরেংনি। পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাওনা (১৯১৪-১৯১৮) ঐখোয়গী মফমদা মীৎ পাংহন্দুনা লৌশিং শিংহনবা ঙম্বা শৈরেং অমনি। মসিদা ইউরোপ মহাদেশতা বৈজ্ঞানিক অমসুং ইন্দষ্ট্রিগী ঈহৌনা মীওইবগী মফমদা নুংঙাইবা পুরকই হায়না লৌনরম্বা ব্রাখল্লোনশিংদু ওন্ন- তৈননা অমাংবা কয়া পুরকই হায়না শৈরেং অসিদা নীংথিনা শৈথারি। সাইকোলোজিষ্ট ফ্রেইড অমদি জং অনিগী মীৎয়েংদা হৌজিক্কী সমাজদা অহোংবা পুন্সিগী শক্তমশিং উৎলি। ইংরাজী শৈরেং অসিদা ঐতিহাসিক ওইনা মতম অমগী ওইমিন্নবা সমাজদু নীংথিনা নৈনরি। হৌজিক্কী পৃথিবী অসিগী মনুংদা তোঙান- তোঙানবা সমাজগী মনুংদা লৈরিবা মীওইশিংগী পুন্সি খুল্লেন উৎলি। ইলিয়টকী অহানবা শৈরেংদা জর্মন নিংথৌগী মচানুপীগী নুংঙাই য়াইফবা ইমুংগী শক্তম উৎলি। অনিশুবা শৈরেংনা অব্রাংবা সমাজদা লৈবী লেডি ওফ সিটিউয়েশন মাগী দ্রোইং রুমদনা ফজরবা মনম চেল্লিবা থাউশিংগী শন্দোক্লপা মতাং পল্লি। মহাক্লা মাগী চান্নরবা মরূপ নুপা অমবু অহিং অথেংবদা ঙায়দুনা লৈ। সমাজগী মনুংদা হিংলিবা অচৌ- অশাংগী মচাশিংনা থেমস তুরেলগী খোংবান্দা নুপীমচাশিংগা পিকনীক চৎমিন্নে। লল্লোনবা কাংবুশিংনা সেক্স অমদি হোমো সেক্সচ্যুয়েলিটি পাংথোকপা পামখি। মিষ্টর য়ুজোনিদসে হায়বা মীশক অসি সেক্স শেরান্ননা শীজিন্নবা মীশক্লি। সমাজদা ময়াই ওইনা হিংলিবী মেডাম সোসোস্ত্রিস হায়বী তুংগী পুন্সি হায়বা ঙস্বী অসিনা মাগী কার্ড পায়দুনা মীশিংবু পেলহনখি। সমাজদা হস্থনা পুন্সি লেপ্লিবী নুপীনা মাগী মপুরোইবনা আর্মিদগী হল্লক্লগা পোৎথাবা পামখি। টাইপিষ্ট নুপীমচা অমনা মেকানিকেল সেক্সকী মরী লৈনবা পামখি। অরোইবদা থেমস তুরেলদা মীশিংনা নুপীমচা অহুমগী শেরান্ননা সেক্স পাংথোক্লনা ইজ্জৎ মাংহনখিবগী মতাং উৎলি। ইলিয়টনা মহারাণী এলিজাবেথ অমদি অঙম্বা লিষ্টর অনিনা থেমস তুরেলদা হিজাও তোংদুনা ফমদিন্নখিবগী মতাং উৎলি। অসুম্না শেরান্ননা নুপা নুপীগী হকতিন্নবগী মতাং ইংরাজী সমাজগী পুন্সি খুল্লেন ব্রেষ্ট ল্যান্দ শৈরেংদা শন্দোক্লা নৈনৈ।

পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাওনা ইউরোপ পুম্বগী সমস্যাশিং নীংথিনা লোইশিনবা ঙমখিদে। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা রুসিয়াদা ওক্টোবর ১৯১৭ দা কম্যুনিজম চৎনবা হৌরকখি। মসিনা ইউরোপ মহাদেশতা লৈরিবা কোনুং অমদি সহরশিং মফম খণ্ডদনা চাইখায়খি। মীচেন লীশিং কয়ানা ইউরোপ মনুংদা চিঞ্জাক অমদি লৈফমগী কোয়থি থিখিরম্মী। ইলিয়টনা ফোঙদোক্লিবদি কম্যুনিজম্না নমফু শাসন অমদি লাই লৈতে হায়বা ৱাখল্লোন লৈবা অসিনা ইউরোপকী সমস্যা লোইশিনবা ঙমদে হায়বসিনি। মহাক্না অনৌবা সভ্যতা পুরক্লবগীদমক থাজবা পোকপা হায়বসি মীওইবগী মফমদা চঙই হায়না লৌখি। যিশু খৃষ্টকী মফমদা থাজবা পোকপা অমদি অরিবা মতমগী অৱাং ভারত্তা ঈকং অমদি চাক তাংবা থোরকপদা ঈশ্বর প্রজাপতিগী মফমদা পূজা তৌবগী মতাং ইলিয়টনা উৎলি। মীওইবনা পীথোকপা থৌজাল অমদি ইন্দ্রি খুদুম চনবা হায়বসিনা অফবা লম্বীদা পুরকপা ঙমগনি লৌখি। ৱেষ্ট ল্যান্দ হায়বা শৈরেং অসিনা হৌজিক্কী মীশিংবু মিৎ পাংহন্দুনা নারবা সমাজবু নীংথিনা লায়েংবা ঙম্মী হায়মসিনি।

### ৩। ৱেষ্ট ল্যান্দগী হীরম (থীম) :

ৱেষ্ট ল্যান্দ হায়বসিদা হৌজিক মতমগী লায়নাগী অনা লায়ওং লেপ্পা ঙম্মী হায়বসি উৎপনি। ইলিয়টকী শৈরেং অসিদা হৌজিক্কী সভ্যতা অসি লৈখা তারকপসিগী হৌরকফমশিং য়াম্না নীংথিনা নৈনরি:

***শেরান্নলা সেক্স শিজিন্নবা :***

ইলিয়টনা লৌরিবদি সেক্স হায়বসি মীওইবগী পুন্সিদা য়াম্না মরুওইবা অমনি। মসিগী নুংশিনবগী ফোঙদোক্লবা অমদি চাগোকপগী পাম্বে অমনি। ঙসিদি মসি শেরান্নলা শিজিন্নরে, শারমচৎকী নুংঙাইনবা শেন্দান লম্বীদা চৎলে। পুন্সিঅসি লোয়শিন্নবা লায়না চেনবা শক্তম ওইহল্লে। অচুম্বা ফজবা মাংথরক্তুনা স্পিরিচ্যুয়েল (আধ্যাত্মিক) লম্বীরোমদা অপনবা খুদোংথিনিংঙাই ওইরে। য়াম্না হোংনা সেক্সকী মরী লৈনবা অসি মীওইবা পুন্সিদা চৎনরক্লে। দি ব্যুরিয়েল ওফ দি ডেড হায়বা শৈরেং অসিদা জর্মন নিংথৌ মচানুপীনা শেরান্নলা সেক্স শিজিন্নে। মসিমক টিউডর মতমগী মহারাণী এলিজাবেথ অমদি মাগী অঙম্বা লিষ্টরগী নুংশি নুংঙোলগী লম্বীদা চৎথনবগী শকফমগা মান্নে। ইলিয়টকী অনিশুবা শৈরেং "এ গেম ওফ চেছ" হায়বসিদসু দি লেডি ওফ সিচ্যুয়েশননা শেরান্নলা সেক্স শিজিন্নে। মহাক্না লিল অমসুং থেমস তুরেলদা নুপীমচা

অহুমগী নমদুনা সেক্স চৎথখিবগী মতাং নীংথিনা উৎলি। খুদম অমনা টাইপিষ্ট নুপীমচা অমদি বোই ফ্রেন্দ অনিগী মেকানিকেল সেক্স রিলেসন শন্দোক্লা উৎলি। মিষ্টর য়ুজিনিদসেনা হোমো- সেক্সচ্যুয়েলগী লম্বীদা চৎথবসু শন্দোক্লা নৈনৈ। সেন্ট আগষ্টাইনগী ৱাহৈদা ইউরোপ সমাজগী ওক্তবা লমচৎপু ইলিয়টনা অসুম্না ফোঙদোক্লি।

To Carthage then I came
Burning Burning Burning Burning

কারথেজদা ঐনা মথংদা লাকখি।
চাক্লি চাক্লি চাক্লি চাক্লি মৈরী ৱায়না

ইলিয়টনা ফোঙদোক্লিবদি ইউরোপ পুম্নমক অসি কামগী মৈনা চাকথেক্লে।

**থাজনবা অমদি মোরেল ভেল্যু মাংলকপা:**

থায়নগী মতমদদি থাজবগী ৱাখল্লোনবু থোইদোকপা মগুণ লৈজরম্মী। থাজবনা শেন্দগী হেন্না মগুণ চেলম্মী। ঙসিদি শেনবু ঈশ্বরনি লৌনরে। অহলশিংবু নহাশিংনা থৌওইদ্রে। খৃষ্টান ধর্মসু মমিংতা ওইরে। শিনফমগা থবক্কসু খেন্নরে। নমথাক তৌবা ওইদবা ঙাংবতনা পুন্সি লেল্লে। মসিনা হিংবগী পুন্সিদা লৈখা তারক্লে। ইলিয়টনা অসুম্না ফোঙদোক্লি :

And upside down in air were Towers
Toiling reminiscent bells, that kept the hours
And voice singing out of empty cisterns and exhausted wells.

**মীশিংগী অমনা অমদা লৈনরিবা মরী ৱাংলকপা:**

মমাংঙৈগী মতমদা মীশিংনা অমগা অমগা নুংশিনা লৈমিন্নরম্মী। অপুনবা ইমুং অমদা লৈমিন্নরম্বদু হৌজিক্তি মরন্নাই মতোমতা অপিকপা ইমুং অমগী ওইনা লৈনরে। মসিনা মীয়ামগী থবক অমদি মরৈবাক নুংশিবগী ৱাখল লৈরক্লে। ইলিয়টনা মাগী অরোইবা শৈরেং "ৱাট দি থন্দর সেড" হায়বসিদা হৌজিক্কী পুন্সি অসি পুন্মাং মাংলে হায়না উৎলি:

We think of the key each in his prison
Thinking of the key, each confirms a prison.

## পুক্নিংগী য়েংথিনবগী মিহুন হুনবা ফীভম :

হৌজিক মতমগী মনোবৈজ্ঞনিকশিংনা মীশিং অসি মহৌশাগী ফীভম কায়রে হায়না লৌরি। মীশিংনা অব্বাবা, লাংতক্লবা অমদি হিংবগী লানফমনচিংবা থেংনরী। মসিনা মীশিংবু নিংবা কায়হল্লি। অসুম্না মীশিংগী পুক্নিংদা সেক্সকী শেরান্নবা ৱাখল অমদি নিংবা কায়হনবগী ফীভম পোকহল্লি। ইলিয়টকী অনীশুবা শৈরেং এ গেম ওফ চেছ হায়বসিদসু পুক্সি চম্মনবা অমদি শেরান্নবা সেক্স চৎথবগী মতাং য়াওরি। ফেসনদা হিংজবী নুপী দি লেডি ওফ সিচ্যুয়েশন হায়বসিনা মাগী পুক্সিদা হিংদুনা লৈবদা চোকথরক্তুনা থোপকী লায়নানা নারকই, মাগী চান্নরবনা পুক্নিং চোকথরক্তুনা অসুম্না হায়খি-

I think we are rat's alley

Where the dead men lost their bones

মতৌ অসুম্না ইলিয়টকি অনীশুবা শৈরেং 'এ গেম ওব চেছ' হায়বসিদা লিল কৌবী য়ুম্বালবী অসিনা মাগী মপুরোইবা এলবর্ট অসিনা মতম কুইনা আর্মিদা লৈরুরগা ময়ুমদা হল্লকপদা নুংঙাইনা সেক্স ফ্রীদম পীবা ঙমখিদে। লিল পিল গুলী চাদুনা অঙাং তোয়না য়ৈথখি, মসিনা মাগী হকচাং শোকচীলত্তুনা থিরবা শকফম ওইখী।

It's Then pills I took, to bring it off, she said,

(She's have five already, and nearly died of young George)

The chemist said it would be all right , out I've never been the same.

মী খুদিংনা মতম মাংহল্লে হায়বসি খঙদে। মসি পুক্নীংগী য়েংথিনবগী মিহুনগী ফীভমনি।

ইলিয়টনা ইচম চম্না পুক্সি লেল্লিবা নুপা অমদি নুপীশিংনা অর্থ য়াওদনা হিংলিবা মতমগী মতাংদা অসুম্না ফোঙদোক্লি :

The hot water at ten

And if it rains a closer car at four

And we shall play a game of chess,

pussing lidless eyes and waiting a knock upon the door.

**রাজনীতি অমদি লান :**

হৌজিক মতমগী সভ্যতা লৈখা তারকপগী মরমদি রাজনীতিরালাশিংনা শক্তি হেন্না খুৎনা পায়দুনা শীজিন্নবা অসিনি। মখোয়না প্রজাশিংগী অয়াবা য়াওদনা অতোপ্পা লৈবাক্তা লান তৌগনি হায়না লেপথোক্লি। মখোয়না লৈরিবা মীচমশিংবু হায়নিংঙাই লৈতনা রাহল্লি। লাননা খুদোংথিবশিং থেংনহল্লি। মীচেলশিংনা লৈতেম মান্নবা লমদমশিং অমদি চীংগী লমদমশিংদা তেংথাহল্লি।

What is the sound high in the air
Murmur of maternal Lamentation
Over endless plains, Stumbling in cracked earth
Ringed by the flat horizon only.

**অনৌবা রাজনৈতিক্কী ঈহৌ :**

ওক্টোবর রিভোলুসন ১৯১৭, হায়বসিনা ইউরোপকী সভ্যতাদা অঙকপা তুজুংবা পোকহল্লকখি। মখাদা অনৌবা শাসন লাকখি। ঈশ্বর লৈতে হায়বসিনা লেনিনগী খৃষ্টান ধর্মদা থাজবা মাংলকখি। থৌদোক অসিনা ইউরোপ লৈবাকশিংদা মরুওইবা মচাকশিংদা অপনবা কয়া পীখি।

ইলিয়টনা ইউরোপিয়ান সমাজদা স্পিরিচ্যুয়েল লৈখা তারকপগী শক্তম উৎলি। মসি হৌখিবা মতমদসু থোকখ্রে হৌজিকসু থোক্লি। হৌখিবা মতমদসু অৱাবা কয়া খাংদুনা ঈশ্বরগী মফমদা হায়জ নীংজদুনা মীওইবনা নুংঙাইনা হকচাং ফনা লেনখি। মতৌ অসুম তৌনা হৌজিক্কী মাংথরক্লবা সভ্যতা অসি কন্নবগীদমক অমূক নীংশংনহনবা অমদি অমুক পোকনবগীদমক হোৎনবা চংই। থায়নগী লাই- তীনগী ওইনা প্রজাপতিগী মফমদা দা, দা, দা, পীথোকপা, থৌজাল অমদী খুদুমচনবা অহুম অসি শীজিন্নদুনা হৌজিক্কী শোকচিলল্বা পৃথিবী অসি কনবা ঙমগনি হায়বসি ইলিয়টকী থাজবনি।

**৪। হৌখিবা মতমগী খঙমাং মাংখিবা মিংচৎ :**

ইলিয়টকী শৈরেং 'দি ৱেষ্ট ল্যান্দ' হায়বসি ঐখোয়গী মতম অসিগী সামাজিক্কী প্রমান উৎলবা অমনি হায়বদা অরানবা ওইদ্রে হায়বা য়াই। মসিনা হৌজিক্কী সভ্যতাগী থৌদোকশিংনা পুরক্লিবা চম্মনরবা সমস্যাশিং শুগায়না নৈনদুনা উৎলি। ইলিয়টনা

হৌখ্রবা মতমগী মাংখ্রবা মিংচৎশিংনা শুমহৎপা ঙমখিদে। মহাক্তি য়াম্না চেৎলবা রিয়েলিষ্ট অমনি। মহাক্না অঙনবা মতমগী ফজবা অমদি মিংচৎতা থাজবা পোকখিদে। কিং ওডিপস অমদি কিং ফিশরগী ব্রারীশিংনা উৎলিবদি মখোয়গী ব্রেষ্ট ল্যান্দ ওইখিবদু নোং চুদবা অমদি লমকংবগী ফীবমদু পাপ অমদি অরানবা থৌদোক্লনি উৎলি।

শৈরেং অসিনা ঐতিহাসিক্কী মরী অমদি মীওইবগী আত্মাগা মরী লৈনদুনা হৌজিক মতমগী ফীবমগা মরী লৈনহল্লি। হৌজিক মতমগী মীওইনা সামাজিক, অর্থনৈতিক, তেকনীকেলবু মরুওইবা অমনি লৌবদা থৌওইদবা তৌরোইদৌবনি হায়বসি ইলিয়টকী মীৎয়েংনি। মহাক্না লৌরিবদি হৌখ্রবা মতমগী সমস্যাশিংনা হৌজিক মতমগী থৌদোকশিংবুসু পান্থে ওইনা নৈনবা তঙাইফদে হায়বসিনি।

ইলিয়টনা লৌরিবদি অঙনবা মতমদদি মীগী মরক্তা থাজনবা, পুক্লিং চঙবা লৈরম্মী। থায়নগী মীশিংনা থাজবগীদমক্তা মপুন্সিদা অৱাবা কয়া খাঙদুনা হিংনখি। মহাক্না ক্লিওপত্রাগী নুংশিবা হায়বদু য়াম্না মপাঙ্গল কনখ্রবা মশামক্কী লৈজবা পুন্সা নুংশিবগীদমক্তা কৎথোকখি। অদুবু ঙসিদি টাইপিষ্ট নুপীমচা অমনা মশাবু নুপামচা অমগা অরানবা সেক্স এক্ট (sex act) চৎথবদা করিসু নুংনাংদে। মসিমক নুপীমচা অসিনা কোক চীকপা মতমদা এসপীরিন টেব্লেট অমা চাবগুম খন্দোকই। মসি হৌজিক মতমগী সভ্যতাগী অর্থ য়াদ্রবা পুন্সি শক্তমনি হায়বা য়াই।

হৌখ্রবা মতম হায়বসিদা থৌনা লৈবগী অফবা ফত্তবগী ৱাখল্লোন খন্থবা ঙম্বগী শক্তি লৈজে। মীশিংসু হিংনবগী লম্বীদা অতনবা পোক্তে। হৌজিক্কী মতমগী মীশিংনা থৱায়গা মরী লৈনবা পুন্সিদা মফম মরাং খঙদ্রে। মসি বৈজ্ঞানিক্কী চাওখৎলকপা, ললোনবগী মায়কৈদা পুন্সি লেন্নরকপা, সেকুল্যার ডিমোক্রেসি, ধর্মদা থাজবা ৱাৎলকপশিংনা ওইহল্লকপনি। ইলিয়টনা উপনিষদতা য়াওরিবা দত্ত (পীথোকপা), দয়াধ্বম (থৌজাল) অমদি দম্যত (পুক্লিং লাকশিনবা) হায়বসিতনা মীওইববু নির্বান ফংবা ঙমগনি হায়না লৌখি।

ইলিয়টনা হৌখ্রবা মতমগী পুন্সিদা অফবা ফজবা শক্তমশিং নৈনখ্রবসু শতাব্দী কুনশুবদা উৎলিবদি বৈজ্ঞানিক্কী লম্বীদা খুমাং চাওশিন্দুনা মীওইবনা থবক শুবদা হৈনিংদবা ৱাখল্লোন থাদোক্তুনা লায়না অমদি প্রকৃতিগী মাঙ- তাকপদগী কনববুনি। মহাক্না হৌজিক্কী মতমবু হৌখ্রবা মতমগা শীন্নদুনা হিংবা অদু নত্তে। মহাক্কী শৈরেংদা

উৎলিবদি তোঙান তোঙানবা মতমগী মীওইবগী পুন্সিদা কুপ্পা নৈনববুনি। মহাক্লা লৌরিবদি অফবা পুরক্লবগীদমক্তা ফত্তবগী মায়কৈদা লৈববুনি। মহাক্লা মীওইবগী পুন্সিবু কনবা ওন্নবদি তুংগী আশা কয়া লৈরি হায়বসিনি।

## ৫। ৱেষ্ট ল্যান্দা মিথীকেল :

ইলিয়টকী মীৎয়েংদা হৌখিবা মতম অমদি হৌজিক্কী মতম অনিগী মরী লৈনহনবা হায়বসিদা লিটরেরী মেথদ অমা লৈহনবসি পামখি। মতমগী খোংলৈগী মতুংইন্না মীওইবগী প্রোব্লেম হায়বসি মফম খুদিংমক্তা চপ মান্নে। হৌখিবা মতমগী মায় পাকখ্রবা থবকশিংদু হৌজিক্কী মতমগী ওইনা হোৎনদুনা শীজিন্নবসু দরকাররনি, অদুবু মতম অনিমক অসিগী ঈহৌগী থৌদোক্তি চপ মান্নদে। অদুনা ইলিয়টনা হৌখ্রবা পৃথিবী অমদি হৌজিক্কী পৃথিবী অনিগী মরম খঙনবগীদমক্তা মিথীকেল মেথড হায়বসি শীজিন্নখি। মহাক্লা অরীবা মতমগী মিথকী মরমদা নৈনবা মরুওইবা লাইরিক অনিখক পাখি। Jessie Weston গী লাইরিক From Ritual to Romance অমদি James Frazer গী The Golden Bough হায়বসিনি। ইলিয়টনা James Joyce কী Ulysses হায়বসিদা মিথীকেল মেথড হায়বসিগী মরমদসু কুপ্পা নৈনদুনা উৎখি। মিথীকেল মেথড হায়বসিগী মচাক্তি হৌখ্রবা অমদি হৌজিক্কী মতমগী মান্নবা মওংদু উৎপনি। ইলিয়টনা হকথেংনদুনা মিথকী পান্সেনা ৱেষ্ট ল্যান্দ হায়বা শৈরেংবু নৈনবতনি।

## মিথ হায়বসি ওবজেক্টিব কোরিলেটিব ওইনা :

ইলিয়টকী মতুংইন্না ওবজেক্টিব কোরিলেটিব হায়বসি অসুম্না ফোংদোক্লি - "Is a set of objects, situations and a chain of events which shall be formula" for some particular emotion of the poet. মিল্টননা মাগী পুক্লিং ইন্থল ফোংদোকপদা সামসনগী ৱারীবু ওবজেক্টিব কোরিলেটিব ওইনা শীজিন্নে। ইলিয়টসু অরীবা মিথশিং অমদি লেজেন্দশিংবু খৃষ্টান অমদি খৃষ্টান নত্তবশিংবু ওবজেক্টিব কোরিলেটিব ওইনা শীজিন্নে।

## প্রোটাগোনিষ্ট টেরেসিয়াস :

ইলিয়টনা টেরেসিয়াসকী মরুওইবা ৱামফদা অসুম্না ফোঙদোকখি- "Tiresias, although a mere spectator and not indeed a 'character'

is yet the most important personage in the poem, uniting all the rest .... what Tiresias sees in fact is the substance of the poem. টেরেসিয়াস হায়বসিগী ৱারী অসি ওবিদ (Ovid) না পীখি। মহাক অসি থেবিস লৈবাক্কী নিংথৌ ওডিপসকী মতমদা লৈরম্মী। মহাক্লা লীন অনিনা পুন্না হকতিন্ননা লৈমিন্নবা উখিরম্মী। লীন অনিদুনা মহাকপু শাপ তৌখি অদুগা খুদক্তা নুপী অমা ওনখি। মখোয়না শাপ তৌবদা মহাক নুপা অমা ওনখি। টেরেসিয়াসনা নুপা অমদি নুপীগী পুক্সি খঙবা ঙমখি। মমৈথংদা জিয়ুস অমদি মাগী নুপী হেরা অনিনা ৱাহংখিবদা নুপানা নুপীদগী হেন্না সেক্সকী লম্বীদা কা হেনব্রা হায়বদা নুপীনা নুপাদগী হেন্না কাহেন্না সেক্সকী লম্বীদা পামনা চৎথবা হেল্লি হায়না পাউখুমখি।

মসিদা লাইরেম্বী হেরানা মাবু শাপ তৌবদা মমীৎ তাংখি। মহাক্লা জিয়ুসকী মফমদা থৌজানবীনবা হায়জখিবদা মঙোন্দা প্রোফেট অমা ওইনবগী বর ফংহনখি অদুগা মহাক্লা তুংগী থোক্কদবা ৱাসু খঙবা ঙমখি।

## টাইরেসিয়াস অমদি নিংথৌ ওডিপস:

থেবিস লৈবাক্কী নিংথৌ ওডিপসনা মাবু পোকপা মপাবু খঙদনা হাৎলগা মমাবু লুহোংখি। ঈশ্বরনা মাবু শাপ তৌখি। মহাক্কী লৈবাক লমদমবু লায়না অমদি চাক তাংবা থোকখি। টেরেসিয়াসনা নিংথৌনা মরম ওইদুনা খুদোংথিবা অৱাবসি ওইরিবনি হায়খি। টেরেসিয়াসনা নিংথৌবু মাগী লৈবাক্তগী শাপ অসি কোক্লবা লাই নীংহনখি।

## টেরেসিয়াসনা মরুওইনা লৌরম্বা থৌদাং:

টেরেসিয়াস হায়বসি হৌখিবা অমদি হৌজিক্কী মতমবু খঙবা মীওই ওইখি। মহাক্লা নিংথৌ ওডিপসকী কংলবা লমদম অমদি হৌজিক্কী কংলবা সভ্যতাগী শক্তম খঙবা মীশক্রি। টেরেসিয়াসনা নুপা-নুপী অনিগী মশক অমসুং পুক্সি খঙবা ঙমখি। মহাক্লা মমিৎ তাংলবসু তুংগী থোক্লগদবশিংগী মরমদা মাগী মিত্তা উবা ঙম্মী। মহাক্লা ৱেষ্ট ল্যান্দা থোক্লিবা হৌজিক্কী মতমগী মরমদসু খঙবা ঙম্মী। মহাক্কী মরমদা অসুম্না ফোংদোকই- "He is at once the relic of the past and an inhabitant of the present, at once a project and detached spectator of the agonizing drama of contemporary history and a participator and fellow sufferer, with a superior insight into the meaning of the ghostly

masquerade, miscalled human life. ইলিয়টনা লৌরিবদি টেরেসিয়াস হায়বসি ইচম চম্বা য়েংলিবা মী অমা ওইনা অমদি মহাক্কী লমচৎনা মরুওইবা মফম অমা ৱেষ্ট ল্যান্দ শৈরেংদা ফিদা অমা লৌরি। টেরেসিয়াসনা অসুম্না থৌদাং লৌরি। "Just as the one eyed merchant, seller of currants melts into the phoenician sailor, and the latter is not wholly distinct from Ferdinand Prince of Neples, so all the women are one women sexes and the two sizes meet in Tiresias".

**ভেজেটেসন অমদি ফর্টিলিটি মিথ :**

প্রকৃতিগী ঋতু নাইনা চৎথরিবা খোঙচৎশিংনা থায়নগী মতমগী ভেজেটেসন মিথ হায়বসি ওইরক্লিবনি। নীংথমথাবু অশীবগী ঋতুনি লৌনৈ। য়েন্নীংথাবু অমুক্কা হেন্না পোক্লকপা ঋতুনি লৌনৈ। ইনৌ নৌবা পুম্সি পীরিবা য়েন্নীংথাগী নোংজুনা উপাল হৈপালশিংবু হিংগৎহল্লি। থায়নগী ঙল্লিঙৈ মতমদা ইজিপকী ভেজেটেসনগী লাই ওসিরিস এদোনিস এটিসনা লবুক্তা মহৈ মরোং মরাং কায়না পিবীনবা লাৎলি অদুগা মমৈথংদা লৈনুংদা ফুমজিল্লি। মসিনা উৎলিবদি ভেজেটেসনগী লাই অসি শিরবনি হায়না লৌনখি মতম খরগী মতুংদা লৈপাক্তগী হৌগৎলকপা মরুশিংবুনা লাই অসি অমুক হন্না পোক্লক্লবনি হায়না লৌনৈ। ইলিয়টনা মাগী অহানবা শৈরেং দি বুরিয়্যাল ওফ দি দেড হায়বসিদা মিথ মখল অসি নীংথিনা নৈনৈ। মফম খরদনা ভেজেটেসন লাই অসিবু তুরেলদা নত্রগা নুমিৎতা ঈশিং মনুংদা লুপশিল্লি। মতমগী মতুংইন্না মূর্ত্তিশিং অসি অমুক হন্না পূজা তৌনববু নৌহৌনা অমুক পোক্লে হায়না লৌনৈ। মসিমক ইলিয়টনা ডেথ বাই ৱাটর শৈরেংদা উৎলি। শিবা অমদি পোকপা হায়বসি খৃষ্টান মিথকী মীৎয়েংদা খ্রাইষ্টকী পাং তিংদুনা হাৎপা অমদি অমুক হিংগৎলকপগী ৱাফমনি। শিবা হায়বসি পাপনি, অমুক পোকপা হায়বসিনা ৱানা লাই নিংলগা ফংবনি।

**কিং ফিশরগী মিথ :**

ইলিয়টনা হোলি গ্রেলগী ৱারীগা কিং ফিশরগী মতাংগা মরী লৈনরম্বদু নীংথিনা উৎলি। মহাক্না ফোঙদোক্লিবদি হোলি গ্রেল হায়বসি কিং ফিশরগী মনাক্তা লৈরম্মী। নিংথৌ অসি পাপ য়াম্না তৌরবা অমদি ইন্দ্রি খুদুম চনদ্রবা মীওই ওইবনা মাগী লৈবাক্তা অৱাবা অনাবা, ঈকং অমদি চাক তাংবা থোকখিরম্মী। অতোপ্পা লেজেন্দ অমগী

ৱারীনা কিং ফিশরগী লান্মীশিংনা হোলি গ্রেলগী চাপেলদা লৈরবা লম্বোইবীশিংবু নমদুনা সেক্স এক্ট চৎখি। মসিনা মরম ওইদুনা কিং ফিশরগী লৈবাক্তা চাক তাংখিরম্মী। কিং ফিশরনা নোংমদি মহাক্কী নাইটনা চাপেল পেরিলস চৎনবা থৌরাংলম্মী। মসিগী মতুংদা মহাক্কী লৈবাক্তা লৈহাউ চেনবা মফম ওইরগনি। নিংথৌগী ধর্ম লৈরবা নাইট সার পর্সিফালনা চাপেলদা চৎলুবদগী নিংথৌগী মফমদা লৈরম্বা শাপ কোকখিরম্মী অদুগা মাগী লৈবাক্কী অৱাবা কোকখি। ৱেষ্ট ল্যান্দা পল্লিবা কিং ফিশর হায়বসিনা উৎলিবদি হৌজিক মতমগী কংলবা লমদমবু নৈনবনি। নারবা নিংথৌনা নারবা মীওইবগী শক্তমনি। নিংথৌনা নারিবসি সেক্সকী অরানবা থবক চৎথরুবদগীনি। অদুগা হৌজিক্কী মতমগী মীওইশিংনা নারিবসিসু সেক্সপু শেরান্নবা লম্বীদা চৎলুবদগীনি। সেক্সপু অশেংবা নুংশিবগী লম্বীদা চত্তদুনা শাগী পুক্সিদা খোঙদারুবদগী পুক্সি মাংলক্লিবনি। হৌজিক্কী নারবা পৃথিবী অসি লাই নিংদুনা অমুক হন্না অফবরোমদা পুরকপা ঙমগনি।

**বাইবলগী মীৎয়েংদা ৱেষ্ট ল্যান্দ:**

মতাং অসি অরিবা বাইবলদা য়াওরিবা এস্মামসকী লমদমগা মরী লৈনৈ। হায়রিবা লমদম অসিদা খুন্দারিবশিংনা মূর্ত্তি পূজা তৌরুবদগী লম অদু লৈকং ওইখি। লাইনা থারকপা মী (প্রোফেট) এজেকিলনা খুন্দারিবশিংগী মফমদা মূর্ত্তি পূজা থাদোক্লবা হায়বদগী লমকং ওইরম্বদগী লৈহাউ চেনবা মফম ওইখি। ইলিয়টকী ৱেষ্ট ল্যান্দগী অহানবা শরুক দি বুরিয়াল ওফ দি ডেড হায়বসিদা বাইবলগী ৱেষ্ট ল্যান্দা শিজিন্নরিবা ৱাহৈশিং রোক্স ডেড ট্রি, ড্রাই গ্রাস য়াওরি। ৱাহৈশিং অসিনা উৎলিবা অর্থদি থৱায় য়াওদ্রবা পুক্সিদা শিরব হায়বনি। ৱাটর (ঈশিং) হায়বসিনা লৌরিবদি থৱায়না অমুক হন্না পোকপা নত্রগা হকচাং অমদি হিংবদা লাকপবুনি। ইলিয়টকী ডেথ বাই ৱাটর অসিদসু ঈশিংনা খুদম ওইহন্দুনা করিসু তৌদে উৎলি।

ইলিয়টনা উৎলিবদি থায়নগী মতমদা লৈকং ওইখ্রবা লমদমশিংবু নিংঙমদবা অমদি লাইনিংদুনা হায়জবদগী ঈশ্বরনা থৌজানবীদুনা অমুক হন্না লৈহাউ চেনবা লমদম ওইহল্লি। অরোইবদা ইলিয়টনা ফোঙদোক্লিবদি হৌজিক মতমগী ৱেষ্ট ল্যান্দ থোক্লিবসি সেন্ট আগষ্টাইনগী দর্শন, নোংপোক লমদমগী বুদ্ধিজম অমদি হিন্দুইজমতনা অফবরোমদা পুরকপা ঙমগনি। হৌজিক মতমগী নির্বান ফংগে হায়রবদি নোংথাংদগী লাউরকপা খোল্লাও দা, দা, দা হায়বসিনা পুরকপা ঙমগনি।

## ৬। ৱেষ্ট ল্যান্দগী ষ্ট্রকচর অমদি ফোর্ম :

ক্রিটিকশিংনা ইলিয়টকী ৱেষ্ট ল্যান্দ হায়বসিগী মওং মতৌগী মরমদা য়ানিংদবা মতাং কয়া ফোঙদোক্লরকখি। অতোপ্পা ক্রিটিক খরনা তোঙান- তোঙানবা শৈরেংশিংনা কোমতক্লা পুন্না পরেং শানা লেংবনি হায়না লৌনৈ। অতোপ্পা মীৎয়েংদা কবিগী লৌশিংনা য়েংহন্নিংনা উৎপা মওংনি। ক্রিটিক খরনদি ৱারী লৈতবা খোঙচৎকী শৈরেংনি লৌই। কবিনা শৈরেং অসি অরোইবা নাইদবা উতোং অহোবদা হাপ্পা থৌখাংলি। শৈরেং অসি কুপ্পা নৈনবদা কুপ্পা লং নাইবগা অপুনবগী শক্তম নি। মসিনা সভ্যতাগী ফত্তবশিং ঙাকথোকপসু ঙমগনি।

## টেরেসিয়াস অপুনবগী শক্তমগী মরী লৈনহনবা ওইনা:

টেরেসিয়াসকী লমচৎনা অথোইবা নায়ক ওইদুনা ৱেষ্ট ল্যান্দ শৈরেংদা অমত্তা ওইনা পুনশিনবগী থৌদাং লৌরি। ষ্ট্রীম ওফ কনশস ওইদুনা টেরেসিয়াসনা হৌখ্রবা অমদি হৌজিক্কী মতমগী থৌদোকশিংগী ভাবনা ৱাখল খল্লি অমদি মান্নবা মওংশিং য়েংদুনা লৈখি।

## ফিল্ম টেকনিক মোন্টাজ
## (ফিল্ম মতেক মতেক নমখিবা মপুম ওইনবা খন্দোকপা)

ইলিয়টনা অরিবা মতমগী পৃথিবী অমদি হৌজিক মতমগী পুন্সিগী শক্তমশিংবু ফিল্মগী মওংদা মাগী শৈরেং অসিদা উৎলি। মহাক্কী অহানবা শৈরেংদা জর্মন নিংথৌ মচানুপী মেরিগী ৱারী মহাক্না রেষ্টুরেন্ট অমদা প্রোট্যাগোনিষ্ট (অথোয়বা নায়ক) অমগা কফি থকমিন্নখিবা মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা চীংথক্তা স্লেজ (উন মথক্তা কাংখোঙ য়াওদবা গাড়ী অমা) তোংদুনা চৎখি। ফিল্মগুম্না মেরিগী মতাংদা উৎলি।

## কোয়না কোয়লৈ লৈবা শক্তম :

ক্রিটিক খরগী মীৎয়েংদা ইলিয়টকী শৈরেং অসি কোয়লৈ লৈদুনা চৎলি হায়না ফোঙদোক্লি। হেলেন গার্ডনরনা অসুম্না ইখি- "we are not, however moving in a circle but on a spiral up and down". কবি ইলিয়টনা অহৌবা মতাং অমা হৌরগা থংনবা মতাং অমসু চৎথৈ অদুগা অহৌবদু অমুক হন্না ওন্ন- তৈননা ফোঙদোকই। অতোপ্পা ক্রিটিকশিংনা ইলিয়টকী শৈরেং অসিবু সিম্ফোনি ওফ ফাইভ

মুভমেন্টনি হায়, মহাক্কী শৈরেং অমম্মবু মুভমেন্ট অমনি লৌখি। মহাক্কী শৈরেং অসি অহৌবদা মরুভূমি চীংগী শক্তম নৈনরগা শৈরেংগী অরোইবদা লৈচীল অমদি নোংবু আশা তৌনা উৎলি। মহাক্না শৈরেংগী অরোইবদা ঐখোয় মীওইবসি ইশানা চুমথোকচবা তাবনি হায়রি। মহাক্না প্রজাপতিগী মরুওইবা অচুম্বা অহুমবু মীওইবনা পাংথোক্লবা উৎলি।

**মিথ শিজীন্নবা :**

ইলিয়টনা প্রকৃতি, থায়নগী সভ্যতা অরীবা সাহিত্য অমদি খৃষ্টান ধর্মগী লাইরিকশিংদগী মিথকী মরমদা শিজীন্নখি। মহাক্না মীওইবনা পোকপা শিবা অমদি অমুক হন্না পোকপা হায়বসি মিথ ওইনা শিজীন্নে। মসি থায়নগী ইজিপকী উ-ব্রা হৌবা, ধর্ম কর্ম তৌবা হায়বসিগা মরী লৈনহল্লি। খৃষ্টানগী মীৎয়েংদা যিশুবু ফলাং চন্দুনা হাৎপা অমদি অমুক হন্না হিঙ্গৎপা অসিগসু মরী লৈনহল্লি। কিং ফিশর অমদি থেবিসকী কিং ওডিপস অনিগী হিষ্টোরিকেল মিথ নৈনদুনা পাপনা লৈখা তারুবদগী নিংঙমদবদগী লাই নিংলুবদগী মখোয়গী লৈবাক্তা অমুক হন্না লৈহাও চেন্দুনা অনৌবা উ-ব্রা হৌখি। ইলিয়টনা হৌজিক মতমগী ৱেষ্ট ল্যান্দা থব্রায়গী লৈখা তাবা অমদি সেক্সকী অরানবা লম্বী চৎলুবদগী মাংথরল্লিবশিং অসি ইশাগী অরানবশিং চুমথোকচদুনা কৎথোকপা অমদি থাজবতনা কনবা ঙমগনি।

**করেম্নবা ফোঙদোকপা অমদি মান্নদবা উৎনবগী চাংদম্নবা :**

ইলিয়টনা থায়নগী মতমদা হেলোয়শিংনা থেমস তুরেলগী খোংবান্দা কোয়চৎ চৎলি হায়না উৎলি। অদুবু হৌজিক্কী মতমদদি ওক্তবী অমদি অকৌবী য়াবী নুপীমচাশিংনা সেক্স লল্লোন্নবগীদমক্তা থেমস তুরেলগী মপান্দা কোয়চৎ চৎলি হায়না ফোঙদোক্লি। হেলোয়শিংনা মখোয়গী খোঙশিংদু থেমস তুরেলগী ঈশিংদা চামথোকখি। হৌজিক মতমদি মিসেজ পোর্টর অমদি মাগী মচানুপীনা মখোয়গী খোঙশিংদু সোডা ৱাটরদা চামথোক্লি হায়না উৎলি -

"They wash their feet in soda water", (L. 201. The waste land)

সেক্সকীদমক থায়নগী মতমদদি থব্রায় থাদোকপা অমদি শিজনীংবা ৱাখল পোক্লরম্মী। অদুবু হৌজিক্কী মতমদদি করিসু লৈতবা শান্নপোৎকুম্বা ওইনা পাংথোক্লরে। ইলিয়টনা টাইপিষ্ট গার্ল অমগী নুংতিগী হৈনখ্রবা লমচৎ মাগী "ফায়ার সারমোন" শৈরেংদা অসুম্না উৎলি -

Hardly aware of her separated lover:

Her ............formed thought to pass.

.....................................................

Well now that's done and I'am gladit's over

Paces about her room again, alone.

She smooths her hair with automatic hand.

(250-256. The waste land)

ৱিলিয়ম সেক্সপিয়ারগী 'দি টেম্পেষ্ট' হায়বসিদসু অসুম্না উৎলি।

"Those are Pearls that were his eyes" (L. 125. The waste land)

মিথ হায়বসিনা অপুনবা অমদি ফাগীগী লৌশিংগী মান্নবা উৎলি।

ইলিয়টনা আধ্যাত্মিক্কী লৈখা তাবা হায়বসি মতম কয়ামরুম অমুক হন্না পোকপা ওইনবগীদমক চংই। হৌজিক্কী ৱেষ্ট ল্যান্দ হায়বসি আশা লৈত্রবা হায়বদুদি নত্তে। থায়নগী মতমগী আধ্যাত্মিক্কী ৱাখল্লোন অমদি সংস্কৃতিনা হৌজিক্কী সভ্যতাগীদমক লংজিন অমদি পিবা ঙমগনি। মহাক্না খল্লিবদি নোংচুপ অমদি নোংপোক অনিগী ৱাখল্লোন পুনশিন্দুনা হৌজিক্কী মতমবু অফবরোমদা লমজিংবা ঙমগনি।

## ৭। ৱেষ্ট ল্যান্দা সিম্বোলিজম

সিম্বোলিজম হায়বসি সাহিত্যদা পোৎশক অনিগী মরক্তা চাংদম্নবা পাম্বে অমনি। ঐখোয়না শোকপা য়াদবা ৱাখল অমবু শোকপা পায়বা য়াবা পোৎশক ওইহল্লগা তাশিন্দুনা চাংদম্নরবদি অর্থ থোক্তুনা তশেংবা ওইরকই। আতরগুলাপ হায়বা লৈ অসি য়েংবদা ফজবা খুদম অমনি। ঐখোয় মীওইবনা খুদমগী পোৎশক অসিবু ৱাখল ওইনা উবা নত্রগা খঙবা ঙম্মী। সিম্বোলিজম হায়বসি খুদোংচারবা মেথড অমা ওইনা কবিনা মিথ অমদি শক্তম ওইনা তোঙান-তোঙানবা পোৎশকশিংগী মান্নবা মতৌ অদুনি।

পোইতিক সোর্টহেন্দ : মসিনা ইলিয়টবু মহাক্কী ৱাখল অমদি পুক্নিং চিংশিনবা ঙম্মী। মসিদা মফম অমদি থৌদোকশিং, ইতিহাস অমদি লেজেন্দ কয়া অতোপ্পা লৈবাকশিং অমদি মতমশিংগী তোঙান-তোঙানবা অইবশিংনা ইরম্বা ৱাহৈশিং অমদি পরেংশিংনা ফোঙদোক্লিবা পাম্বেনি। মীওইবগী মশামক্না খঙবা তশেংবা মতম চুপ্পগী ওইরবা গুণ লৈজে। ফেসনশিং অমদি পুক্সি খুল্লেন হোংখ্রবসু মীওইবগী পুক্সিদি হোংদে।

লান তৌবসু মীওইবগী অপাম্বনা থোকহনবনি। সভ্যতাসু অচৌবা মীশিংনা পুরকপা ঙম্মী, অদুগা সভ্যতাসু মাংখিবা য়াই। লন্দনগী সহরসু এথেন, আলেকজেন্দ্রিয়া ভিয়েনাগুম মফম মরাং খঙদনা পুন্সি লেনখিবসু য়াই। সংস্কৃতি মাংখিবা সহরগী মফম খঙদবা পুন্সি ফেক্টরীদা থবক শুরিবশিংগী পুন্সি মরেল সহর খুদিংদা চপ মান্নবশিংগী থৌদোকশিং পৃথিবীগী মফমশিংদা লৈরী। ইলিয়টনা লাইরিক কয়াশিংদগী কোটেশন অমদি এলুসনশিং পোইতিক সোর্টহেন্দ ওইনা শিজীন্নরি। ইটালিগী থাগী লাইরেপ্পী লুহোংদবী শাদানবী **ডায়্যানানা** জঙ্গলদা শাতানবগী মখোলবু ইলিয়টনা মিসিজ পোর্টরনা মহাক্কী চান্নরবা সুইনীবু মোটরগী মখোলনা তান্নবগী মতাংগা চাংদম্নে। ইলিয়টকী টাইপিষ্ট গার্লবু গোলডস্মীথকী দি ভিকার ওফ ৱেকফিল্ড হায়বসিদা রেপ গার্লগী নিংঙমদবগা চাংদম্নে।

## মিথীকেল সিম্বোলশিং :

হঞ্জিন্না থোক্লিবা মিথীকেল সিম্বোলশিং হায়বসি প্রকৃতিগী মনুংদা থোক্লিবা ঋতুশিংগী অওনবশিংদগী ওইরক্লিবনি। নীংথম থানা অশিবা য়েন্নীংথানা অমুক হন্না পোক্লকপা, নোংচুদবনা আধ্যাত্মিক মাংথরক্কুনা লৈকং ওইবা, নোংনা আধ্যাত্মিক ওইরক্কুনা অমুক হন্না পোক্লকপা অমদি লৈহাউ চেনবা খঙনৈ। চীংশিংনা আধ্যাত্মিক ওইরক্কবা, মৈনা অর্থ অনি অমনা মাংনিংঙাই ওইরবা অপাম্বা, অতোপ্পা অমনা শেংদোকপা অমদি আধ্যাত্মিক ওইনা খুমাংচাউশিনবা অসিনি। মহৈ মরোং থাবা অসিনা অর্থ অনি থোক্লি- অশিবা অমদি অমুক হন্না পোক্লকপা হায়বসিনি। ঈশিংনা মাং তাকহনবা অমদি শেংদোকপা অর্থ অনি থোক্লি। ঙা ফানবা খোই চোপ্পা অসিনা আধ্যাত্মিক ওইনা অমুক হন্না পোকপা অমদি হিঙ্গৎলকপা ওইনা লৌনরি। সিম্বোলশিং শিজীন্নরিবা অসিনা তশেংনা উৎলবা অর্থ ওইনা শৈরেংদা উৎলি।

## ময়ামগা মান্নদবা সিম্বোলশিং :

ইলিয়টনা মশাগী ওইবা সিম্বোলশিং শিজীন্নদুনা তোঙানবা অর্থ শিজীন্নে। হুই হায়বসি মীওইবগী লৌশিং ওইনা শিজীন্নে। রেড রোক্স (অঙাংবা চীং) হায়বসি খৃষ্টানগী চর্চ ওইহল্লগা মীওইবগী মাংথ্রবা থৱায়না চংজফম ওইনা উৎলি। ব্রোকন কোরিওলেন্স হায়বসি মীওইবনা নাপল মাংলবা মতমদা পুক্লিং থৌগৎপগী মিৎকুপ ওইনা শিজীন্নে। তেরোট পেক কার্ডকী মওং অমদি মূর্ত্তি অসি ইলিয়টকী মরন্নাইগী

মিৎয়েংনী। 'এ তেক্সী থ্রোবিং ব্রাইটিং' হায়বসি ইলিয়টনা য়ুমদা হনবগী খাংঙমদবা অমদি টেক্সী ব্রায়দুনা সেক্সকীদমক চৎপাওইনা লৈনৈ। দি ব্রোকন ফিংগর নেলস ওফ দেলী হেন্দস হায়বসিনা থেমস তুরেল থৌদোক্কী অহোংবা নুপীমচা অহুমগী পুন্সিবু উৎলি। 'এ সিল্ক হেট ওন এ ব্রেডফোর্ড মিলিয়নস' হায়বসিনা নহা ওইরিবা ক্লর্ককী মশাগী থাজবদু উৎলি।

**শন্দোক্লা উৎপা সিম্বোলশিং :**

ইলিয়টনা ৱেষ্ট ল্যান্দ শৈরেংদা শন্দোক্লা উৎপা সিম্বোলশিং শিজীন্নৈ। খুদম ওইনা জর্মন নিংথৌ মচানুপীনা তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা কোয়চৎ চৎলিবসি হৌজিক মতমগী মীওইশিংগী মফম খঙদনা চৎপগুম্বনি, মহাক্লা নিংথম থাগী মতমদা খা মায়কৈ কোয়রিবসি মাগী ইন্দ্রিগী পেনজনবনি। Rats alley অমদি লন্দন থোংনা তুথরকপা অসিনা উৎলিবদি সহরগী পুন্সি লেনবদা হৈনদবা উৎপনি অদুগা হৌজিক্কী ইউরোপকী রাজনৈতিক অমদি আধ্যাত্মিক লৈখা তারকপা উৎপনি। 'জগ জগ' হায়বসিনা হৌজিক্কী মীওইশিংনা নাইটিঙ্গলগী ঈশৈদা থৌওইদবা উৎপনি। টাইপিষ্টনা গ্রামোফোন্দা রেকোর্ড খোংলিবসি সেক্স এক্ট পাংথোক্লবা মতুংদা সেক্সগী অশেংবদু হৌজিক্কী মীওই ওইনা থৌওইদবনি।

**লোনগী শিজীন্নবা :**

লোন হায়বসি উ অমগুম্না হৌই অমদি শিবা নাই। উনানা কংলবা মতুংদা লৈপাক্তা কেল্লকই। মতৌ অসুম তৌনা ৱাহৈশিংনা লিরবা শিজীন্নদ্রবা ওইরকই। অনৌবা উনাগুম্না ৱাহৈশিংবু কবিনা শিজীন্নরকই। ইলিয়টনা লোন হায়বসি অনৌবা শিজীন্নদুনা হৌজিক্কী ঙাংনরিবা ৱাহৈ ৱাতা নুংতিগী ঙাংনরিবা ৱারী ৱাতায় দরকারনি লৌখি। রোমান্তিক কবিশিংনা শিজীন্নরিবা লোনশিংগা চাংদম্নবদা ইলিয়টকী লোনদি রিয়েলিজম ওই। "The Jungle crouched humped, in silence" উমংনা লৈপাক্তা কুল্লি, তুমিন-নমপোল্লদুনা (ৱেষ্ট ল্যান্দগী পরেং ৩৯৮)

অপুবা ফ্রেজশিং : টি. এস. ইলিয়টনা মাগী ৱেষ্ট ল্যান্দা অতোপ্পা অইবশিংগী ৱাহৈ ৱাতাশিংবু নীংথিনা শিজীন্নৈ। মহাক্লা কোটেসন কয়া ৱেজনরগী ওপেরাদগী অরানবা নুংশিবগী শক্তম শিজীন্নৈ। ফ্রেন্সকী বোদেলিয়রগী কোটেসন মাগী অহানবা শৈরেংগী অরোইবা শরুক্তা শিজীন্নৈ। লেডীগী কাগী শন্দোক্লা শক্তম উৎপদা কিট কবিদগী মতেং লৌখি।

In vials of ivory and colour glass

And drowned the sense in odours

সেক্সপিয়ারগী 'টেম্পেষ্ট' তগী ইলিয়টনা অসুমা শিজীন্নখি:

Those are pearls that were his eyes

সেন্ট আগষ্টাইনগী 'কনফেসন্স' দগী অসুম্না শিজীন্নখি:

To Carthage them I came

O Lord thou pluckest

দান্তেগী 'ড্রিভাইন কমেডি' গী পরেংশিং ইলিয়টনা অসুম্না শিজীন্নখি:

I had not thought that death had undone so many,

Dayadhvam: I have heard the key.

দান্তেগী অতোপ্পা পরেং অমসু ওরিজিনেল ইটালিয়ান ওইনা শিজীন্নখি অর্থদি

"Please remember my pains".

**ৱাহৈ শনবা :**

ইলিয়টনা হৈশিংনা ৱাহৈশিংবু মতম মাংহন্দনা অর্থসু চান্ননা শিজীন্নখি। Synthetic Perfumes অমদি থেমস তুরেলগী পোলুসনবু অসুম্না ফোঙদোকখি।

The river sweats

Oil and tar

হৌজিক মতমগী নুপা নুপীনা পুক্লিং চঙদবা, হৈনিংদবা মতৌদু ইলিয়টনা অসুম্না ফোঙদোকখি।

What are you thinking of? What thinking? What?

জকসট্যাপোজিসন (Juxta position থংননা থম্বা ফিবম)

ইলিয়টকী লোন্দা পুদাদি ওন্ন- তৈনবা ৱাহৈশিং শিজীন্নরগা চৎনবা মতকা খেন্নবা ৱাঙাং (প্যার‍্যাডোক্স) ফোঙদোকপনি। খুদম ওইনা মহাক্কী অহানবা শৈরেংগী অহৌবদা অসুম্না উৎলি:

April is the cruellest month, breeding

Winter kept us warm, Covering

Summer surprised us coming over starnbergerse

ইলিয়টনা মাগী অরোইবা শৈরেংদা অৱাবা ফোঙদোকখিবদু স্প্যানিশ ট্রেজেডীদা মচা কায়নবগী ৱারবা হিইরোন্যমোগা চাংদম্লে।

মহাক্লা কৈশুমশঙ (প্রিজন) মনুংদা মাংখ্রবা শোবু মনিং তম্বগীদমক অসুম্না উৎলি:

"We think of the key, each in his prison,

Thinking of the key each confirms a prison".

**৮। রেষ্ট ল্যান্দা আয়রনি (করেম্নবা ৱাঙাং) :**

আয়রনি হায়বসি সাহিত্যগী টেকনিক অমা ওইদুনা ৱাহৈশিং, লমচৎশিং নত্রগা ফিবমশিংনা ওন্ন- তৈনবা নত্রগা মপুং ফারবা (ফজনবা মওংশিংনা পাম্বৈশিং ওইদুনা সবজেক্ট নত্রগা ইথিলদগী তোঙান্না উৎপনি। মসি ফিগর ওফ স্পীচ ওইদুনা ৱাহৈশিংনা অর্থ ফোঙদোক্তুনা খল্লিবা অর্থগী ওন্ন- তৈনবা ফোঙদোকই। মসিগী কা হেনবা হকথেংনবা মওংদি খোইদৌ শীকপা ৱাহৈ- ৱাতা, ফাগী, অকনবা ৱাঙাং, ওন্ন- তৈনবা অর্থ ফোঙদোকই। সাহিত্যগী খুৎই অমগী মনুংদা আয়রনি হায়বসিনা মওং মতৌ নত্রগা ৱাখল নত্রগা পুক্লিংগী ইহুল ওইনা য়াওরি।

**অর্থ শেরাম্নহনবা :**

ইলিয়টনা হৌজিক মতমগী পুন্সিগী ভেল্যুবু আয়রনি শিজীন্নদুনা চাংদম্লে। থেমস তুরেল খোংবানবু মতম অমদা হেলোই লাইরেম্বীশিংনা শান্নদুনা ঈশৈ শক্তুনা লৈরম্বদু হৌজিক্তি নুপীমচাশিংনা মখোয়গী চান্নবশিংগা লোয়ননা লৈমিন্নবগী শক্তম ওইরে। মিসিজ পোর্টরনা সুইনিবু ঙাইরে। মহাক্লা সেক্স এক্টকীদমক অমদি নুপীগী ইজ্জৎ মাংনবগী মওংশিং আইরনি ওইনা উৎলে। থায়নগী মতমদদি লৈশাবী অমগী হকচাং মাংহল্লবদি আত্মাঘাট তৌনৈ। মসিগী খুদমদি গোল্ড স্মিথকী দি বিকার ওফ ৱেকফিল্ডদা নায়িকাবু নমদুনা সেক্স এক্ট চৎথরুবদগী থৱায় থাখি। হৌজিক টাইপিষ্ট নুপীমচা অদুনা এজেন্টকী কেরানী অদুগা সেক্স এক্ট চৎথরবা মতুংদা গ্রামোফোন্দা রেকোর্ড খোংদুনা করিমত্তা তৌদ শানা লৈথোকখি।



## প্যার্যালিজম (মান্নবা, চাংদম্নবা) :

ইলিয়টনা আইরনি হায়বসি মাগী শৈরেংদা কন্না শিজীন্নে। হৌখিবা অমদি হৌজিক মতমগী ফিভমশিংবু চাংদম্নে। মাগী শৈরেংদা বাইবলগী নিংথৌ ফিশর অমদি নিংথৌ ওডিপস মতমগী ৱেষ্ট ল্যান্দগী শক্তমশিং হৌজিক মতমগী ৱেষ্ট ল্যান্দগা মান্নবা মান্নদবশিং নিংথীনা উৎলি। ইতিহাসকী তোঙানবা মতমশিং প্রিহিষ্টোরিকী ৱিকতগী হৌরগা ইজিপসিয়ান অমদি গ্রীক সভ্যতা য়াওনা বিনাঁসা মতমদগী শতাব্দী কুনশুবা ফাওবা নৈনরি।

ইলিয়টনা ওবিদ, ডান্টে, চৌসর, সেক্সপিয়ার, ৱেবষ্টর, মিদলটন, ফ্রেন্স অমদি জর্মন অইবশিংদগী কোটেসনশিং শিজীন্নদুনা মাগী ৱেষ্ট ল্যান্দা আইরনি ফোংদোক্লি।

## আইরনি ওইনা কেরেক্টরশিং নৈনবা :

লমচৎ নৈনবা হায়বসি হৌজিক মতমগী আইরনি অমনি। অরীবা মতমগী তুংদা থোক্কদবশিং হায়বা ঙন্বী মেডাম সোসোসত্রিস হৌজিক মতমগী মীহুৎনি। মহাক্কী পেক ওফ কার্ড হায়বসি মীতৌ করেম্নবা ওইনা থায়নগী ইজিপকী নাইল তুরেলগী ঈশিং অকা- অকুমগী ফিভম উৎপনি। গেমস ওফ চেছতা য়াওরিবা লেডী অসি হৌজিক মতমগী ক্লিওপত্রা ওইদুনা সেক্সতা করান্বী অমনি। টাইপিষ্ট নুপীমচা অসি হৌজিক মতমগী ফিলোমেলনি। ফিলোমেলনা নাইটিঙ্গল উচেক ওন্দুনা অৱাবা ঈশৈ শকপসি সেক্সকী খৌরাংবনা কৌবনি, লান শোক্লরিবা ইউরোপ অসি ডান্টেগী নরকনি। চাংদম্নরিবশিং অসিনা উৎলিবদি হৌজিক্কী পুন্সি অসি লৈখা তাদুনা মথোং মরম খঙদ্রে। ইলিয়টনা উৎনিংলিবদি হৌজিক মতমগী ৱাহৈ- ৱাতা অয়াম্বা হোংদোক্লনা অচুম্বা মওংদা শান্তি অমদি নির্বান হায়বসি মী খুদিংদা ফংহনবা অসিনি।

## ১। ৱেষ্ট ল্যান্দগী ভর্সিফিকেসন (শৈরেং লেংবা)

ম্যুজিক ওফ আইদিয়াজ - ইলিয়ট মশামক ঈশৈগী ৱাখল লৈজবা মীশক অমা ওইনা মহাক্কী রিদম অসি ফিলিং অমা ওইনা শৈরেংদা ফোংদোকলি। আই. এ. রিচার্ডনা ভর্সিফিকেসনগী মীৎয়েংবু "ম্যুজিক ওফ আইদিয়াজ" হায়না মিংথোনখি। ইলিয়টনা পাবদা নুংঙাইবা পরেংশিং অমদি টাইরেসিয়াসকী ৱাখলবু নায়ক অমা ওইনা চীংলেম্না অতপ্পা খোঙচৎ, ৱেষ্ট ল্যান্দরশিংগী ৱারী- ৱাতায় ইচম চম্না ফোঙদোকই। হৌখিবনা হৌজিক অরুবনা অচম্বরোমদা ওইদুনা শৈরেং লেংই। খুদম ওইনা টাইরেসিয়াসকী চীংলেম্লবা ধ্যান অদুদগী জর্মন নিংথৌমচানুপী ৱারী- ৱাতায়গী ইচম চম্বরোমদা চৎথৈ। লেডীগী দ্রোইংরুমবু মতাং চানা পরেং লেংশিল্লবা শৈরেং ওইনা

ফোংদোকই। লেডীনা মাগী চান্নরবগা ব্বারী শাবা অমদি পুক্সিবু ইহাং হাংবা ওইনা ব্বারী ব্বাতায় শাদুনা তৌফম খণ্ডদনা জ্ঞান তাদবা মতাং উৎলি। কবিনা মসিবু ব্রেষ্ট ল্যান্দা উৎলি:

"My nerves are bad to-night. Yes, bad stay with me.
Speak to me. Why do you never speak speak".

**ভর্সিফিকেসন্দা অহোংবা নাইবা :**

ইলিয়টনা হৈশিংনা অতেনবা অমদি অশাংবা পরেংশিং শিজীন্নখি। মহাক্না ইয়াম্বিক মিতর (iambic metre) বু ইখণ্ড খণ্ডহৌনা অহোংবা ব্বাখল শিজীন্নদুনা রিদম শ্বীম চাং নাইদনা শিজীন্নে। ব্বাহৈশিং ফ্রেন্জশিং হন্না হন্না শিজীন্নদুনা পুক্লিংগী অহাংবা ওইহল্লি। ব্বাহৈশিংবু মচেৎ মচেৎ থুগায়দুনা সিম্বোল ওইনা হৌজিক মতমগী সভ্যতা উৎলি। অনুপ্রাস (alliteration) অমদি ওনোমেতোপোইয়া শিজীন্নদুনা শৈরেংদা ঈশৈ ওইনা শিজীন্নে। নাইটিঙ্গলগী ঈশৈ:

Twit Twit Twit
Jug Jug Jug Jug Jug Jug
হরমিট থ্রসকী ঈশৈ
Drip drop drip drop, drop drop drop
But there is no water
য়েম্বারাবগী ঈশৈ
co co rico co co rico

**ঈশৈগী মখল মখেলশিং :**

ব্রেষ্ট ল্যান্দ শৈরেংদা ঈশৈগী তোঙান- তোঙানবা মখলশিং য়াওরি। নাইটিঙ্গল অমদি হরমিট থ্রসকী ঈশৈদা নত্তনা থেমস তুরেলগী মচানুপীশিংগী অব্বাবা ঈশৈ থেংনরি। চর্চকী য়ৈরঝপা পুংজাগা লোয়ননা মেন্দালিনগী খোংলকপা খোঞ্জেলনা য়ু থকফমদা ঈশৈ তারি। ঈশিংগী মখোলগী ঈশৈনা নুংশিৎতা শিৎপা নাপীশিংগী মখোলগসু মান্নদ্রি। অহাংবা চীংশিংদা শক্লিবা ঈশৈগী চীংলেম্বা মপাউখোন মমিং পনবা য়াই।

If there were the sound of water only
Not the clouds



And dry grass singing
But sound of water over a rock
Where the hermit thrush sings in the pine trees
Drip drop drip drop drop drop drop
But there is no water

ইলিয়টনা লন্দনগী লম্বীশিংগী ঈশৈ দি টেম্পেষ্টতা ফরদিনেল্ডনা ঈশিংগী মখোলবু ঈশৈ ওইনা তাবা উৎলি। লৈচীলগী ঈশৈনা সমুদ্র ঈথৎতগী তোঙাল্লি:

The Music crept by me upon the waters'
And along the Strand, up Queen victoria street
O city city, I can sometimes hear
Beside a public bar in lower Thames Street,
The pleasant whining of a mandolline
And a clatter and chatter from within
Where fishermen Lounge at noon. Where the walls
of Magnus Martyr hold.
Inexplicable Splendour of Ionian white and gold.

ইলিয়টনা ইটালিয়ান তুরেল খোংবান্দগী লন্দনদা লৈবা কীইন ভিক্তোরিয়া ষ্ট্রীট তম্না চোংলকই। মতম হায়বসিগী অহোংবা অমদি অরোইবা শতাব্দী কুনশুবা চহীদা লন্দন সহরদা উৎলি। কবিনা অরীবা চর্চকী ফজরবা লুপা অমসুং সনাগী মচুগী অয়েকপা লাইশিংগী মরমদা উৎলি। ঙাওরবা রিফ্যুজি অমনা মশাগী মশমদা ঈশৈগী string ওইরবোই খন্দুনা বেহালানি খোংখি:

Weialala Leia
Wallala Leialala

## ১০। ৱেষ্ট ল্যান্দগী পোজিতিব অমদি নেগেতিব অস্পেক (মীৎয়েং) :

ৱেষ্ট ল্যান্দ হায়বসি য়াম্না লুরবা শৈরেং অমনি। মসিনা ইং ১৯২২ শুবদা ফোঙলকপদগী অপাবশিংগী মফমদা তোঙান তোঙানবা মীৎয়েংশিং লাকখি। ক্রিটিকশিংনা তোঙানবা মতশিং সাহিত্যগী লমদা ফোঙদোক্লরকখি। এজরা পাউন্দনা

মসিবু "মথং মনাও কায়দবা শৈরেংশিংনি (Sequence of poems) হায়খি। ব্রেষ্ট ল্যান্দ হায়বসি তোঙান তোঙানবা শৈরেংশিংনি। লুইজ অন্টরমিয়র। মসি মহাও অমদি হৈশিংবা য়াওদ্রবা মীতৌ করেম্নদুনা লেংবা শৈরেংনি টাইমস লিটরেরী সপ্লিমেন্ট। মসি খরা মতিক চাদ্রবা অমনি। এমী লোয়েল।

### পোজিটিব এস্পেক (চুম্মি হায়না লৌবা মীৎয়েং) :

ব্রেষ্ট ল্যান্দ হায়বা অসি শীংথানিঙাই থৌদোক কয়া থোকপা মতমগী শৈরেং অমনি। মসিনা শতাব্দী কুনগী সাহিত্যদা হৌজিক মতমগী সভ্যতাগী লৈখা তারবা কান্নদ্রবা কাংখোঙ চাইরবা শক্তম উৎলি। বিজ্ঞানগী চাউখৎলকপা হায়বসিনা নুংঙাইবা পুরক্লুনা হৌজিক্কী মতমবু খঙনরি। ব্রেষ্ট ল্যান্দ শৈরেংনা ঐখোয় মীওইবগী মফমদা কান্নবশিং পুরকপদু মখাদা অসুম্না উৎলি:

### *সিম্বোলিজম :*

ইলিয়টনা প্রকৃতি, হৌখিবা অমদি হৌজিক মতম, পৃথিবীদা লৈরিবা ধর্মশিং অমদি ধর্মগী ওইবা ফোকলোরদগী সিম্বোলশিং শিজীন্নে।

মিথ: ইলিয়টনা অরিবা সাহিত্যদগী ভেজেটেসন অমদি ফর্টিলিতিগী মিথশিং শিজীন্নে।

### ইউনিবর্স্যালিতি (ময়াম পুম্নমক্কী ওইবা) :

লান মতুংগী অৱাবা অসি শতাব্দী কুনগী অঙকপা নত্তে। মতম খুদিংমক অসিগী অফবা ফত্তবা মতাংশিং লৈ। ইলিয়টকী মীৎয়েংদা ফত্তবা মতাংশিংদি পুন্সিগী শক্তম মাংথরকপা, সেক্সকী লান্না শিজীন্নবা, মথৌ খঙলক্তবনচিংবাসি শতাব্দী কুনশুবদদি অঙকপা ওইদ্রে। সেক্সপু লান্না শিজীন্নবসি থায়নগী ভারত্তা বাইবলগী ব্রেষ্ট ল্যান্দা অমদি মহারাণী এলিজাবেথকী মতমদসু চত্থনরম্মী। অসিগুম্বা ফত্তবা লমচৎশিংবু ৱানা অফবরোমদা হোৎনদুনা কোকনরম্মী। ব্রেষ্ট ল্যান্দদি নোংথাংগী মপাউখোলনা মীওইবনা হোৎনদুনা অরান খুবম ফংলি।

### অনৌবা মওং মতৌ :

ব্রেষ্ট ল্যান্দ হায়বা শৈরেং অসি নোবেল অমগী শক্তমনি হায়বসু য়াই। হৌজিক মতমগী নারবা লায়নগী শক্তম উৎলি। মসি সিম্ফোনিগী মঙাশুবা মুভমেন্টকী মতৌগুম্মী। আই, এ, রিচার্ডনা মসিবু "ম্যুজিক ওফ ইদিয়াজ" হায়না মিংথোনখি।

থাঙ্গেশেংনা মসিদা প্রকৃতিগী নিয়ম পোকপা, শিবা, অমুক হন্না পোকপা নীংথিনা নৈনরী।

### অনৌবা লোন্দা পুদা :

কবি ইলিয়টনা এলুসন, কোটেসন, কন্ট্রাস অমদি প্যার‍্যালেলিজম (মান্নরিবা মতা) হৈশিংনা শিজীন্নে। মসিবু ক্রিতিক খরনা "পোইটিক সোর্টহেন্দ" হায়না মিংথোল্লি। শৈরেং অসিগী মনুংগী অর্থ লুমনবনা ঐখোয়না হন্না হন্না পাবা তারকই। আই, এ, রিচার্ডনা ৱেষ্ট ল্যান্দ হায়বা শৈরেং অসি এপিক অমগা মান্নে, মসিগী পান্বে ওইনবা লাইরিক তরানিথোই দরকার ওই।

### হিংনঙাই পাঙ্গল (বাইট্যালিটি) :

ৱেষ্ট ল্যান্দা শৈরেংদা য়াওরিবা শক্তমশিং অসি ঙসিগী পৃথিবী অসিগী ইং ১৯৭০ গসু মরী লৈনৈ। লমচৎ মাংথরকপা, রাজনৈতিক্কী মফম মরাং খঙদবা মপাঙ্গল লৈরবা কাংলুপশিংগী মুক্লবা, লানগী খুৎলাইগী থৌরাং থাজনদবা, জাতিশিংগী মরক্তা তুক্কচনবা, অঙৌবা কুচুগা অমুবা কুচুগা মুক্লবা, অ্যাপার্টহেট (জাতি অমবু তোখায়না খাইদোকপা থৌওং) কম্যুনিষ্ট লৈবাকশিংগী মরক্তা উংখৎনবা, ফেসিজমগী পাঙ্গল হেনগৎলকপা মরম খজিক্তংদা নোংমৈ কাপকনবা নিয়ম অসিনচিংবা ঙসিগী পৃথিবী অসিগী চৎনবী ওই'রি। ইলিয়টনা উৎলিবদি হৌজিক্কী মতমদা অচুম্বা পুরক্লবগীদমক পীথোকপা মীনুংশি চাউবা অমদি ইন্দ্রি খুদুম চনবা পাংথোক্লবদতা মীওইবগী মুক্লবশিং অসি কোক্কনি হায়বসিনি।



### য়াদবা মীৎয়েং :

লান মতুংগী মীওইশিংগী পুক্সিদা শৈরেং অসিনা য়ানিংদবা ওইনা হৌজিক্কী সভ্যাতা অসিগী অমম্বশিং নীংথিনা উৎলি। ইনাক কৈরাক খুনবা কাংলুপ, মিদল ক্লাস কাংলুপ অমদি থবক শুদুনা হিংলিবা কাংলুপশিংগী মরক্তা চুমদবা অরানবা কয়া চথরি। অফবগী মীৎয়েংদা বৈজ্ঞানিক্কী চাউখৎলকপনা লায়না কয়াবু মাংহনবা ঙম্বা, অফবা সমাজ অমা পুরকপা, লাইরবশিংগী মতেং পীবা, সহরগী নুংাইরবা পুক্সি লেনবা, থুনা লাইনা লমকোয়বা ঙম্বা, লাইরিক লাইশু হৈবগী মশিং হেনগৎলকপা অসিনচিংবা অসি ইলিয়টনা করিসু থৌওইখিদে। বাইবলগী অরিবা মিথ, ইজিপকী সিম্বোলশিং, খৃষ্টান অমদি বুদ্ধিজমগী সাহিত্যশিংদগী অরীবা অমদি অনৌবা মতমবু চাংদম্লদুনা উৎলি।

মসিমক পারুবদা ইকায়বা পোকহল্লি। খৃষ্টানগী ৱাখল্লোন, হিন্দুগী উপনিষদকী পাউতাক শৈরেং অসিদা পল্লিবশিং অসি ইচম চম্বা শরুকনি।

**ফত্তবা মায়কৈদমক উবা :**

শৈরেং অসিনা আধ্যাত্মিকপু মাংহল্লগা সহরগী পুন্সিদা সেক্সকী করাম্বা উত্তুনা লৈখা তাহনবগী শক্তম উৎলি। শৈরেং অসিনা হিংলিবা পুন্সিবু অশিবনি লৌরি। হৌজিক মতমগী ৱেষ্ট ল্যান্দরশিংবু অশিবনি লৌরি। ধর্ম হায়বসি মীওইবগী অফবা শক্তম উৎপনি হায়না লৌনরিবসি অরানবনি হায়না উৎলি। সেক্সকী মথোং হুকত্রে হায়না সমাজ অসিবু চৈরি। শৈরেং অসিদা সহরদা লৈরিবশিংবু ঙাওরবা পুন্সিবু মশক খঙদবা ওইনা উৎলি।

**খঙবদা অৱাবা পোকহনবা :**

ইলিয়টকী শৈরেং অসি খঙবদা অৱাবা পোকই। কবিতাগী পাম্বৈশিং শিজীন্নবদা খুদোংথিবা কয়া য়াওরি। ইউরোপকী সাহিত্য অমদি কলাদা য়াম্না অপেনবা নুংঙাইবা পোক্লবসু ইচম চম্বা মীওইশিংগী মফমদদি তেনখ্রবা শৈরেং ফাওবদসু খঙবা লুই। ইলিয়টকী ৱেষ্ট ল্যান্দ হায়বসিদা অশাংবা শৈরেংনা অমুক হেন্না খঙবদা ৱানা থোক্লি। মহাক্কী শৈরেং অসি খঙনবগীদমক শাংখ্রবা অর্থ দরকার ওই।

**১১। ৱেষ্ট ল্যান্দা কেরেক্টরাইজেসন (লমচৎ য়েকপা) :**

ৱেষ্ট ল্যান্দা লমচৎ নৈনবা হায়বসি য়াম্না নুংঙাইবা, তশেংনা লমচৎ য়েক্তনা ইলিয়টনা শৈরেংশিংদা সিম্বোলিক ওইবা মওংদা লমচৎশিং য়েকলি। লমচৎ খরদি ফজনা য়েকলি, লমচৎ খরনা সিনেমাগী স্ক্রনদা উৎলগা মাংখিবগুম তৌবি। মহাক্না লমচৎশিংবু হৌজিক মতমগী সভ্যতাগী মাংথরক্লবা শক্তম উৎলি। মহাক্ন ৱেষ্ট ল্যান্দা নুপীমচা মেডাম সোসোসত্রিস মমিৎ অমা পানবা লল্লোনবা অসিনচিংবগী লমচৎ নৈনৈ। টাইরেসিয়াস হায়বসিনা নুপা নুপী অনিমক্কী লৌশিং ফংলবা মীশক, নহা অমদি অহল ওইবগী গুণ চেল্লবা মীপুম খুদিংমকপু উবা ঙম্বা মীশক্লি।

হেলেন গার্ডনরগী মতুংইন্না "ৱেষ্ট ল্যান্দ হায়বসিদা মীৎয়েং কয়া য়াওরি, মসিদা প্লোট নত্রগা হেরো য়াওদে।"

## টাইরেসিয়াস :

ব্রেষ্ট ল্যান্দা হায়বা শৈরেং অসিদা খ্বাইদগী মরুওইবা লমচৎতি টাইরেসিয়াস হায়বসিনি। ইলিয়টকী ব্রেষ্ট ল্যান্দা মহাক অসি য়েংদুনতা লৈবা মীশক্লি, লমচৎ অমা তশেংনা ওইবা নত্তে। মমিৎ নামখক্তা পানবা লল্লোনবা, কিশমিস য়োনবা, ফিনিসিয়ান হিহোনবা ওইনা ওনখিবা, ফর্দিনেন্ড, প্রিন্স ওফ নেপলস, নুপী পুম্নমক নুপী অমখক ওইখিবা অমদি নুপা অমদি নুপী অনিমক্কী গুণশিং টাইরেসিয়াসকী মফমদা য়াওরি। মতম হায়বসি মতম পুম্নমক্কীনি, মতমসু নত্তে। মীওইবা পুম্নমক মফমসিদা ঙাইবা মাল্লি। ঐখোয় পুম্নমক হৌজিক্কী লন্দন অসিদা লৈজরবসু, লন্দন তশেংদ্রবা সহরনি, দান্তেগী 'ইনফরনো' বোডেলিয়ারগী পেরিস, নত্রগা লাফোরগগী সহরনি। ইলিয়টনা লৌরিবদি লান তৌরিবা পুম্নমক লান ঙাক্তনি, নুংশিবা পুম্নমক নুংশিবনি, য়ুমদা হল্লকপসু হল্লকপা চপ মান্নে। পুন্সি হায়বসি মশক থিরবা, হৈনিংদ্রবা অমদি অকিবগী মশক ওইরদুনা মতম পুম্নমক্তা ওইরবা অমনি।

টাইরেসিয়াস হায়বসি মিথীকেল কেরেক্টর অমনি। থিবানগী তুংদা থোক্কদবশিং হায়বা ঙম্মী। মহাক পাখং ওইবা মতমদা মমিৎ তাংখি। টাইরেসিয়াসনা এথেনাবু ঈরুজরিঙৈদা উখিরম্মী। মাবু পোকপা মমাগা এথেনাগী মতা শান্নরম্বনা শিহন্দা মমিৎ তাংহনখি। এথেনানা তুংদা থোক্কদবংগী মরমদা খঙবা ঙম্বগী বর পীখিরম্মী। নোংমা মহাক্না লিল মতৈ মনাওনা হকতিন্নবা উখিবদা মহাক্কী চৈনা কনখি। মহাক খুদক্তা নুপী ওনখি। মতুংদা মহাক্না লিল মতৈ মনাওনা হকতিন্নরিঙৈদা চৈনা কল্লুবদগী খুদক্তা নুপা ওনখি। জেয়ুস অমদি হেরা অনিনা নুপা অমদি নুপী অনিগী মরক্তা কনানা হেন্না কামুক (Sexy) ওইবগে হংখিবদা টাইরেসিয়াসনা নুপী নুপাদগী হেন্না কামগী লন্নীদা পান্না হেল্লি ফোঙদোকখি। লাইরেম্বী হেরানা শাওদুনা মাবু মমিৎ তাংহনখি। লাইরেম্বা জেয়ুসনা মাবু মপুন্সিগী শিদবা অমদি তুংদা থোক্কদবশিংগী মতাংদা হায়বা ঙম্বগী বর পীখি। মসিনা টাইরেসিয়াসনা মতম কুইনা হিংখি।

## অতোপ্পা লমচৎশিং :

ব্রেষ্ট ল্যান্দা অতোপ্পা লমচৎশিং য়াওরি। মেরি মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈ মতম, চীংথক্তা কাবা, মিৎকুপ অমগী অকিবা অমদি অকিবা লৈরক্তবা

"He said Marie

Marie hold on tight. And down we went".

A summary of the routine of her life now is given in the line.

"I read much of the night, and go south in winter".

**সংসার অসিদা ঋতুশিংগী হোংলক্লিবা শক্তমশিং :**

শান্নবা অমদি লমকোয়বা মুনিগী হোগার্টেননা উৎলিবদি লমকোয়বশিংগী রারীশিং চীংদগী ওস্থরক্লিবা নূংশিংনা পুম্নিগী ঈচেলদা রিদমগী শরুক য়াওখ্রবনি।

ত্রিষ্টান অমদি আইসোল্দদা য়াওরিবা পরেংশিংনা নুংশিবগী খোন্থাং অমা পীবি। কবোকং নুপীমচাগী শক্তম্না য়েন্নিংথা লাকপগী নীংশিংহল্লি। অদুবু ঐখোয়গী মফমদা ওৎলিবা অমদি নুংশি হৈতবগী মতাংদি উৎলি। প্রোসপেরোগী যাদু মন্ত্রনা শুমহৎহনখিদুনা হোংদোকপা য়াদ্রবা লেংদ্রবা মিরান্দা অমদি ফর্দিনেল্ডবু নীংশিংহল্লি।

**মেডাম সেসোসত্রিস :**

রেষ্ট ল্যান্দা মেডাম সোসোসত্রিস হায়বী অসি লমচৎ অমা ওইনা হৌজিক মতমগী লুজদবা ইজিপকী মিত্রং তৌবী অমনি। মহাকসি নাইল তুরেলগী ঈশিং অকা- অকুমগী মরমদা মাগী টেরোট কার্দশিংনা খঙহল্লি। মহাক অসি ফার্টিলিতিগী মরমদা খঙবী অমনি। মহাক্কী তশেংবসি খঙবা ঙমদে। মহাক্না মীওইবশিংগী মরাইবক খঙবা ঙম্মী। মহাক্কী শিনফম অসি পুলিসপু য়াম্না কিরম্মী। মহাক্না বেল্লাডোনা দি লেডী ওফ রোক্স, মিৎ নামতা পানবা লল্লোনবা, দি হেং মেনশিংবু মরী লৈনহল্লি। মঙোন্দা অকিবগী মতাং অসুম্না উৎলি :

"One must be so careful these days"

মথংদা ঐখোয়না লন্দনবু তশেংদ্রবা সহর হায়না থেংনৈ। লন্দন থোংগী মখাদা মীয়ামশিংনা লান্থোক লানশিন তৌদুনা চৎলিবদু উরগা নায়ক্না অৱাবা শকফমদা ষ্টেটসনবু কৌখি। নিংথমগী য়েন্নিংথাগী মওংদসু অসুম্না ফোঙদোকই।

"That corpse you planted last year in your garden.

Has it begun to sprout? will it bloom this year?"

ইলিয়টনা মাগী "গেম ওফ চেছ্" হায়বসিদা নুপা নুপী অনিগী লুহোংবা হায়বসিদা নুংশিবা অমসুং লুহোংবসি ফিদমগী মশক ওইবা ফৈ হায়না উৎলি :

"Two people who know they do not understand each other
Breeding children who they do not understand
And Who will never understand them".

ইন্দ্রি খুদুম চন্দ্রবা অমদি অপাম মিহৌবনা ময়াই কারবা অসিনা মীওইবগী সভ্যতাবু লৈখা তাহল্লি। "গেম ওফ চেছ" শৈরেংদা রাখলগী লায়নানা নারবা শক্তমবু মীওইবগী লমচৎ নীংথিনা উৎলি:

"My nerves are bad tonight. Yes bad. Stay with me,
Speak to me. Why do you never speak. Speak".
"What shall I do now, What shall I do".

পব্লিক হাউস অমগী মনুংদা য়ু য়োনবগী মখোল মরক্তা এলবর্ট অমদি লিলগী নুংশিরবা রারীনা মপুং ওইখি। লিলগী চহি কুম্লামাথোই চংলকপা মতমদা অহল ওইশিল্লকপগী ফিবম উবদা মাগী মপুরোইবা ত্রলবর্টনা নুংঙাইরোইদৌরি হায়না নৈনৈ। এলবর্টনা মাগী য়া ফজনা শেম্লবা আর্মিদা চৎত্রিঙৈদা পৈশাসু পীরমখি। লিলনা ডাক্তরগী পাউতাক লৌদুনা গুলি চাদুনা অঙাং য়ৈথবনা মাগী মশাদু শিনিংচিৎতা হিংখিরম্মী। মসি ইচম চম্বী নুপীশিংগী পুক্লিদা থোকই হায়না ইলিয়টনা ফোঙদোকই। মসিমক নুপা নুপী অনিগী মরক্তা লুহোংবগী নুংঙাইবা শক্তম নত্রে হায়না ইলিয়টনা নৈনৈ

ইলিয়টকী 'ফায়ার সারমোন' হায়বসিদা নুংশি হৈত্রবা শকফম অমা ওসিগী পৃথিবী অসিদা উৎলি। টাইরেসিয়াসকী মফমদা থোকত্রিবা থৌদোকশিং, টাইপিষ্ট অমদি মাগী চান্নরবা মরুপ, এলিজাবেথ অমদি লিষ্টর তুরেল খোংবান্দা নুপী মচাশিংগী ফিবমশিং অসুম্লা নৈনবা য়াই :

"The nymphs are departed
And their friends, Loitering heirs of city directors
Departed have left no addresses".

টাইপিষ্ট নুপীমচাগী মফমদা তনবা অমদি থৌওইদবা অনিগী মরক্তা খেন্নবা লৈখি। এলিজাবেথ অমদি লিষ্টর অনিগী নুপী নুপা পামশন্নবা অমদি থেমস তুরেলগী নুপীমচা অহুমগী নিংঙমদবা থৌদোকশিং পনবা য়াই। ফ্লেবাসকী লমচৎতা লনথুমগী অপাম্বা লৈখিবদু অরেম্বা তাখি, মাগী মফমদা অশিবনা জয় তৌখি। মমৈথংদা নোংথাংগী

খোল্লাউনা খুদম অহুমশিং পীথোকপা, থৌজান অমদি খুদুম চনবা হায়বসিনা মীওইবগী পুন্সিদা অফবা লম্বীদা লাক্কনি হায়বসি ফোঙদোক্লি।

## ১২। বেষ্ট ল্যান্দ শৈরেংদা ভারতকী রাখল্লোন :

ইলিয়টনা মাগী বেষ্ট ল্যান্দ হায়বসিদা ভারতকী রাখল্লোন নৈনদুনা ফোঙদোক্লি। মহাক অসি ভারতকী দর্শন শাস্ত্র অমদি ধর্মগী লাইরিকশিং নৈনখিবা মমিং লৈরবা মীশক অমা ওইখি। মহাক্না সংস্কৃত তমখি অমদি নৈনখি। ভারতকী কুইখ্রবা মতমগী অঙনবা মতমগী হীরমশিং নৈনখি। কনাগুম্বা ক্রিতিক খরনা মাগী মরমদা অসুম্না হায়খি- "ভারতকী রাখল্লোন অমদি খঙগনবা অসিগীদমক মহাক্না তোঙানবা মখলগী শৈরেং ইরমগদবনি।" মহাক্কী খুৎইগী মচাকশিং অয়াম্বা খৃষ্টান অমদি খৃষ্টান নত্তবশিংদগী মতেং লৌজরবসু মঙোম্দা ঋগ- বেদ, উপনিষদ অমদি বুদ্ধিজমগী ইথিল কন্না তাখি। মহাক্কী পুন্সিদা বৌদ্ধ ধর্মদা লাইমিং লৌবগী অপাম্বা লৈখি। মহাক্কী শৈরেংদা বেদশিং, উপনিষদশিং, ভগবদ গীতা, বুদ্ধিজমগী লোর অমদি সাহিত্যগী অকনবা ইথিল চঙখিরম্মী।

### বুদ্ধিজমগী ইথিল :

ইলিয়টকী মফমদা বৌদ্ব ধর্মগী দর্শন শাস্ত্রনা অকনবা ইথিল চঙখি। ইলিয়টকী মরীশুবা শৈরেং "দি ফায়ার সারমোন" হায়বসিদা বুদ্ধগী ফায়ার সারমোন হায়বসিগী অকনবা শাফুগী মমি তাখি। সেন্ট আগষ্টাইনগী কনফেসন্স হায়বসিগী মরমদা শৈরেং অসিগী অরোইবা শরুক্তা খরদি হাপচিল্লি। মহাক মশামক্না নোংপোক অমসুং নোংচুপ অনিমক্কী সাধনা মাগী শৈরেংদা য়াওহল্লিবসি থাজদবা থৌদোক নত্তে হায়না ফোংদোকখি।

বুদ্ধিজমনা অরাববু য়েংই, অরাবদগী নাম্থোকপা পাম্মী। অরাবগী হৌরকফমদি ইশাগী ওইজবা পাম্বা অসিদগীনি। মীওইবা হায়বসি রানবা পোক্লকপনি। পোক্লকপা হায়বসি অরাবনি হায়বসি, অমনবা হায়বসি অরাবনি, অনা- অয়েক হায়বসি অরাবনি, শিবা হায়বসিসু অরাবনি, নুংঙাইতবা হায়বসি অরাবনি, নুংঙাইতবদগী কায়নবা হায়বসি অরাবনি, অপাম্বদু ফংদবসি রাবনি। অরাবসিদগী লাম্থোক্লবগীদমক কনাগুম্বা অমনা পাম্লিবদুগী ফিবমদগী লাপথোক্লবগীদমক ঐখোয়গী পুক্লিং অসি রারিবা ফিবমশিংদগী লাপথোক্কদবনি। ঐখোয়গী পুক্লিংবুসু অরাবা তৌরোইদৌবনি। ঐখোয়না কর্মগী রাংমদা

থবক তৌফদে, অচুম্বা থবক্তা অমদি ৱাখলনা পুক্সিগী চক্রদগী মনিং তমহনগদবনি। বুদ্ধিজমগী লম্বী নিপাল ধ্যানতনা মরুওইদুনা নির্বান ফংহনবা, ঐখোয়গী ইশাদা য়াওরিবশিংবু মাংহন্দুনা সংসার অসিদা অমতা ওইনা পুনশিনবা শরুক ওইদুনা অফবা থবক তৌবসিনি।

ৱেষ্ট ল্যান্দা কামগী মনিংতম্বা উৎলি। মসিদা নুংঙাইহল্লিবগী অরোইবা শরুক উৎতে, সংসারগী ওইবা অৱাবশিংগী মরমদা ধর্মগী নৈনবদি য়াওরি! ইলিয়টনা মাগী 'দি ফায়ার সারমোন' অসিদা বুদ্ধনা শন্দোক্লম্বা পোৎ খুদিংমক মৈথক্তা লৈরে, মিৎয়েংসু মৈথক্তা মওং পুম্নমকসু মৈথক্তা, মিৎনা উবশিং অমদি মিৎনা পাম্বশিং মৈথক্তা লৈরে হায়না উৎলি। মৈথক্তা লৈরিবশিংদু করি করিনো? অপাম্বা, অশাওবা, মায়া অসি মৈথক্তা লৈরে। মসি ইন্দ্রিশিং অমদি পুক্লিংনা থোকহনবনি। অশিংবা মীশিংনা ইন্দ্রিশিংগী অপাম্ববু পামদে, থাদোকই, পুক্লিংদগী পোক্লকপা অৱাববু কোকহল্লি।

## উপনিষদকী মীৎয়েং

নোংথাঙনা খোম্থোক অহুম দা, দা, দা হায়না লাওরক্লিবসি বৃহদারন্যকোপনিষদ হায়বসিদগীনি ৱাহৈ অহুম-দত্ত, দয়াধবম, দম্যত হায়বসিগী অর্থদি পিকথোকপা মীনুংশি অমদি খুদুম চনবা হায়বনি। ৱাহৈ অহুমসিগী পাওতাক ৱারীদি লাইয়াম, মীয়াম, হিংচাবশিংনা লাইরিক তম্বগী মতম লোইশিল্লকপদা লৈশেম মপু প্রজাপতিগী মফমদা লৌশিংগী অরোইবা ৱাহৈসি করিনো হায়না হংখি। প্রজাপতিনা মখোয় খুদিংগী মফমদা খোম্থোক 'দা' হায়খি। লাইশিংনা লৌখিবদি 'দম্যত্ত' অর্থনা খুদুম চনবা মীওইবশিংনা লৌখিবনা 'দা' অর্থনা পিথোকপা অদুগা হিংচাবশিংনা লৌখিবনা 'দয়াধবম, অর্থনা থৌজান হৈবা অসিনি।

উপনিষদশিংনা উৎলিবদি শেম্বগী মপুনা শক্তি অমনা অবতার ওইবা মপুদগী থোইদোকই হায়না লৌই। হিন্দু ধর্মনা য়েংলিবদি উবদা লুরবা থোইদোকপা মপু অমবুনি। অদুগা মপু অসিবু শক্তম কয়াদা মপোক কয়াগী মওংদা মতেং ওইনা ইরাৎহলববুনি। ইন্দ্রদেবনা মপোক অমা পোকপিদুনা মখুৎ য়েত্তা নোংথাং পায়দুনা নোংচুদনা ইকং থোকপগা লানথেংনৈ। ইন্দ্রদেব হায়বসি মহৈ মরোংগী মপুনি হায়না লৌনৈ। মহাক্লা নোংচুহন্দুনা কংলবা লমদমবু মনা মশীং হৌহল্লি। নোংমা মপুগী ৱাহৈশিং দা, দা, দা পীনহৈবা থৌজান হৈবা, ইন্দ্রি খুদুম চনবা হায়বসি পাংথোক্লদবনি হায়বসিনি। মসিনা

উৎলিবদি মহৈ মরোং চুম্না নোং তাদুনা লৈববুনি। ইলিয়টনা উৎলিবদি পুন্নমক অসি আধ্যাত্মিক্কী জ্ঞাননি হায়বসিনি।

**ঋগবেদগী মীৎয়েং :**

ইলিয়টকী ব্রেষ্ট ল্যান্দা ঋগবেদগী অকনবা ইথিল পীরি হায়বা য়াই। মহাক্কী শৈরেং অসিদা প্রকৃতিগী শক্তম নীংথিনা শন্দোক্লা নৈনরি। ঐখোয়না থায়নগী আর্য্যগী ধর্মগী মওংদা মরী লৈনহল্লবদি প্রকৃতি হায়বা ব্রাহৈ অসি তোঙান তোঙানবা অর্থ ফোঙদোকই। ঐখোয়না ঋগবেদবু ঈশৈ শক্লিবা কাংবুগী ওইনা লৌরবদি প্রকৃতিগী মনুংদা য়াওরিবা ঋতুশিংগী মরমদসু তোঙান তোঙানবা ঙানবা অর্থ থোক্লকই। ইলিয়টনা খৃষ্টান অমা ওইনা লান্না প্রমান তৌনা উৎলবসু শৈরেং অসিগী ফোংনা পন্দনা পল্লিবদি ভারতকী ধর্ম কর্ম তৌববুনি। ধর্ম কর্ম কয়াসি লোয়নমক মাংখ্রে। অদুবু তোঙানবা মওংশিংদা ফোকলোর ওইনদি হিংলি। ধর্মগী ওইনা শোক্লরিবা লান্মী অমদি গ্রেলগী নাইটশিং কয়ানা শন্দোক্লি। অদুবু চর্চশিংনা অথিংবা পীরবসু টেনিসন, ব্রেজনর, ই এ, রোবিনসন অমদি মেথিয়ু অরনোল্ডনচিংবনা অমুক হন্না হিঙ্গৎহনখি। ধর্ম কর্মগী থৌদোকশিং নোংচুপ ইউরোপশিংদা মাংশিল্লকপা অসিনা ধর্মগী থাজনবী লৈখা তারক্লুনা পুন্সি অর্থ লৈরক্তবা ওইরকই। ব্রেষ্ট ল্যান্দ হায়বসি লৈকং লমদম ওইরক্লুনা মহৈ মরোং লাইরেম্বীদগী মরী লৈনরক্তে।

ঈশিং হায়বসি ব্রেষ্ট ল্যান্দ শৈরেংদা য়ান্না মরুওইবা মফম অমা লৈরী হায়না লৌনরি। জেসি এল ব্রেষ্টনগী মতুংইন্না অসুম্না ফোঙদোকখি। ঐখোয়না ঋগবেদগী লাইশোলশিংনা হকচাংগী কান্নবশিং অমদি লৌউ- শিংউনা খুন্দারিবশিংগীদমক অহৌবা থৌনা পীরি হায়বসি খঙজিননিংঙাই ওই। মীনা হিংনবগীদমক লৈপাক্তগী মহৈ - মরোং হৌহনবা, প্রকৃতিগী চাং নাইনা নিয়ম ঙাকপা হায়বসি মরুওইবা দরকারনি।

মহাক্কী শৈরেং মরিশুবা 'ডেথ বাই ব্রাটর' হায়বসিদা ঋগবেদগী লাইশোলশিংগী খোঙ্খোক হৌবা উৎলি। মিস ব্রেষ্টননা শন্দোক্লা ফোঙদোকই।

"ট্রেদিসননা উৎলিবদি ভারতকী তুরেল তরেৎমক হিংচাবা বৃত্রা নত্রগা অহিনা ফাজিন্দুনা থমখিবদা ইন্দ্রনা হাৎখি, তুরেলগী ঈচেলশিংসু চেলহনখি।" ঋগবেদগী লাইশোলশিংনা অসিগুম্বা থৌনা ফবা থবকপু উৎলি- 'ইন্দ্রনা তুরেলশিংবু ঈশিংনা থলহল্লি, মহাক্লা অকংবা লমদমবু ঈশিং থুমহল্লি।' 'ইন্দ্রনা ফাজিনবা ঈশিংবু পৃথিথক্তা

চেলহনখি।' ইলিয়টকী মখাদা উৎলিবা পরেংশিংনা ভারতকী দর্শন শাস্ত্রকী ইথিল ফোঙদোকখি।

"A current under sea
Pitched his bones in whiispers, As he rose and fell
He passed the stages of his age and youth
Entering the whirlpool".

## ১৩। ৱেষ্ট ল্যান্দা সোসিয়েল ডোকিউমেন্ট

শৈরেং অসি সামাজিকী মীৎয়েংলোমদগী ৱাখল কয়ামরুম নৈনরি। মসিদা ইলিয়টনা মাগী মতমগী পৃথিবীদা থোক্লিবা থৌদোকশিং অমদি মতম অসিগী কবিশিংনা উবা খঙবা ঙমদ্রবা মতাং শন্দোক্লা নৈনরি। শৈরেং অসিদা সমাজগী মফম মরাং খঙদ্রবা কংঙাওনরবা লৈখা তারবা চম্মনরবা মাগী মতমগী শক্তমশিং উৎলি।

### হৌজিক্কী মতমগী অশেংবা খঙহনবা :

মোদর্ন ক্রিতিকশিংগী মীৎয়েংদা শৈরেং অসি লান মতুংগী অশেংবা খঙহনবা অমা ফোঙদোকপনি। অহানবা লান মতুংদা নিংবা কায়রবা মপৈ কয়া ইউরোপকী মতাং মরুওইনা লন্দনগী শক্তম তশেংনা উৎলি হায়বা য়াই। হেলেন গার্ডনরনা অসুম্না ফোঙদোকখি "The waste goes beyond a mere diagnosis of the spiritual distempers of the age, it is a lament over man's fallen nature, a prophecy and a promise".



### সমাজদা আধ্যাত্মিক লৈখা তারকপা :

শৈরেং অসিনা উৎলিবদি হৌজিক মতমগী মীওইবগী সমাজ অসি আধ্যাত্মিক্কী মিৎয়েংদা লৈখা তারে হায়বসিনি। শৈরেং অসিনা তাবদা ওইথোক্তবা ৱাঙাং ওইনা উৎলিবদি ফজবা থবক তৌবনা শুকতৌ তৌরোইদবদগী হেন্না ফৈ, নহাক্না হিংলিবমখৈ। মীওইবগী মফমদা অফবা অমদি ফত্তবা লৌশিং লৈত্রে, থৌওইদ্রে, হিংবগী অর্থ থোক্ত্রে। মীওইবনা হিংলবসু হিংদ্রে। পৃথিবী অসিদা হিংজরবসু কাম্নদ্রবা মী নত্রগা তশেংনা হিংবা ওইদ্রে হায়না উৎলি।

শৈরেং অসিদা উৎলিবদি ইচম চম্না চাংদম্নবা নত্তে। নুংশিবা লৈত্রে, লৈহাও



চেন্দ্রে, অমুক হন্না পোকপদি পীরি। অমুক হন্না পোকপদা মশাগী ওইজবা থাদোকপা, অরাবা খাংবা অমদি অনৌবা পুন্সি লেনবা তাই। মীওইবা হিংনা হিংনা অশিবগুম্লে, মসিদগী লাম্থোক্লবা পাম্বে থিবা চংই।

ইলিয়টনা হৌজিক্কী মতমগী মীশিংগী মশাদা শাগী শাজৎ চৎপা অমদি হকচাংগী থাদোকপা ঙমদবা অসিদা তেংথাজে। মসিমক সেন্ত আগষ্টাইনগী ৱাঙাং অমদি বুদ্ধগী ফায়ার সারমোন হায়বসিদা নীংথিনা উৎলি। নুপা নুপী অনিগী সেক্সচুয়েললনা শারমচৎ ওইরকপদগী হৌজিক্কী সভ্যতাদা লৈখা তারক্কুনা লৈপাক্কী লৈহাও চেনবগী শক্তম মাংথরক্লিবনি হায়না উৎলি। ইলিয়টকী শৈরেং অসিদা লুজদবা নুংশিবগী শক্তম, ফিদম য়াওদবা মিৎয়েং য়াওদ্রবা নুংঙাইথোকপা অসিনচিংবনা মীওইববু ফত্তবা লাই চংদুনা ঈশ্বরগী মনাক্তা নকশিনবা ঙমদ্রবনি হায়না ফোঙদোক্লি।

**হৌজিক মতমগী সমাজদা অকিবগী শক্তম :**

শৈরেং অসিনা মতম অমগী পুক্লিংগী ফিবমগী লৈখা তাদুনা লৈহাও চেন্দ্রবা, মীৎয়েং লৈতাফম খঙদ্রবা অকিবগী শক্তম উৎলি। ইলিয়টপু বোডেলিয়ার, দান্টে, লাফোরগনচিংবগী ইথিল চংলি। মহাক্না তশেংদ্রবা সহরগী অকিবা শক্তমশিং মেকানিকেল সেক্সকী কান্নদ্রবশিং, আধ্যাত্মিক্কী লৈখা তারকপশিং, অকিবা তুজুংবশিং শন্দোক্লা উৎলি। চীংশাংদা মেরিনা অঙাংগুম্না মিৎকুপ্তা অকিবা পোকপা য়ুমদা চৎনিংদবা, চীং অমদি মরুভুমীগী অকিবা শক্তম অমদি লৈকং লমদম নৈনবা থেংনরি। মিৎকুপকী মিৎয়েং, মংঙাক্লবা চোয়রোল মতমগী ৱাংমদা থোকপশিং, লৈতেম মান্নবা লমদমদা চেল্লিবা তুরেল খোংনুংনা নোংথাংনা ঙাংবা তারিবা খোঞ্জেল থেংনরি। নোংথাংগী খোল্লাওদা কৎথোকপগী মিৎকুপ, থাদোকপগী মিৎকুপ য়াওরি। ৱেষ্ট ল্যান্দগী অরোইবা শরুক্তা হেন্না অমম্বা শরুক অহৌবা শৈরেংগা চাংদম্নবদা থেংনরি। মীওইবনা অপেনবা ফংদবা হিংবগী নুংঙাইতবা পুন্সিগী লুজদবা অকিবা শক্তম শৈরেংসিদা উৎলি।

**অনৌবা আশা :**

ৱেষ্ট ল্যান্দ শৈরেংগী অরোইবা শরুক অসি নিংবা কায়নিংঙাই ওইদে। শৈরেং অসিনা মতমসিগী য়েক্কুনা আধ্যাত্মিক্কী লাইওং- লায়নাগী ৱাংমদা শন্দোক্লা উৎলি। মসিদা মীওইবগী পুন্সিদা লৈখা তারবা মওংগী তেংথাখোল নীংথিনা নৈনৈ। মীৎ



থকহনবা পোৎ, ৱাহৈ লৌথোক্তুনা, কায়রবা নাপল মীওইবগী লাইবক্তা অরোইবা ওইথোকপা থৌনা থমলি। "The waste Land ends with the truth of the human situation as the religious mind conceives it. The beginning of the wisdom is fear".

## ১৪। ৱেষ্ট ল্যান্দা লিতরেরী অ্যালুঝন্স :

ইলিয়টকী শৈরেংদা অরুবা অমদি চম্মনবা মখল কয়াগী হৌরকফমগী মীৎয়েং য়াওরি। অইবশিংগী মত মতুংইন্না ইলিয়টকী শৈরেংগী খুৎইগুম্না মহাক্কী মমাংদা কনা অমত্তনা ইখিদ্রি। মহাক অসি ট্রেদিসনদা থাজবা মীশক ওইবনা ইচম চম্না মীওইশিংনা পাবদা ক্লাসিক্সগা খুৎলোয়নদুনা অ্যালুঝন্সবু খঙহন্নবা হোৎনখি।

ৱেষ্ট ল্যান্দ হায়বসিদা 'ফোর্ম রিচুয়েল তু রোমান্স' অমদি 'গোল্ডন বাউদা উৎলিবা মিথশিংগী ৱাংমদা হৌজিক মতমগী চৎনরিবা মওংশিং উৎলি। Styricom দগী ইবা ময়েকতগী লৌথোরকপা Cumaean Sibyl না হায়খিবা I want to die হায়বা শৈরেংগী ইথিল ইলিয়টকী মফমদা তাখি। নিংবা কায়বনা মশা মতোমতগী শিজনিংবগী ৱাখলদু ৱেষ্ট ল্যান্দা ফোংদোক্লি।

শৈরেংগী অহানবমক্কী অহৌবদা অশিবনা লাকপগী একক্লিজিয়্যাষ্টিসকী (চর্চকা মরী লৈনবা) মতাং উবা ফংই।

"When fears shall be in the way desire shall fail because man goeth to his long home.

ইফুলনা লৈপাক্তা অদুম তিনখিনি।

Iraiah: And a man shall be as the shadow of a great rock in a weary Land as rivers of waters in a dry place'.

ৱেষ্ট ল্যান্দা চীং অঙাংবা হায়বসিনা মাউন্ত ওফ পার্গেটোরি হায়বসিগা ঙাংলৈনবা মচু পার্গেটোরিগী অহুমশুবা সর্গগা চাংদম্নৈ। লিতরেরীগা মরী লৈনদ্রগসু পরেংশিং অসিনা পুক্লিংগী ইথিল ওইনা লৌবসু য়াই।

Tristan and Isolde গী অহানবা অমদি অহুমশুবা এক্ট হায়বসিদা হিহোনবগী ঈশৈ অহানবা "The wind blows fresh from the home and, My Irish child, Where are you lingering?" অনিশুবা "Empty and blank the sea" না ওক্তবা নুংশিবা সমুদ্রনা নমথাক তৌবা, মসিমক মাংহন তাকহনবনি।

Quotation অনি অসিনা নীংঙমদবা নুংশিবা, লংথোকখ্রবা য়েন্নীংথা অমদি নিংবা কায়রবা ফোঙদোক্লি।

মেডাম সোসোসত্রিস হায়বসিদা Sailor সিম্বোল শিজীন্নরিবসি মোরেল অমদি স্পিরিচুয়েলগী মতাংদা কলানা ক্রিয়েটিভ এক্টিবিতি ফোঙদোকপনি। টেম্পেষ্টতা Ariel গী ঈশৈনা ইলিয়টকী পুক্নিদা পুক্লিংবু কলারোমদা ওনশিনবনি। হৌখ্রবা মতমগী হিংবগী খুদমবু অশিবা পোৎশকলোমদা হোংলকপনি। Ariel গী ঈশৈনা ঐখোয়গী মফমদা ঈরাক্লদুনা শিখ্রবা অসিনা অমুক হন্না পোকলক্তুনা সমুদ্রগী ঈশিং হোংদোক্তুনা মিৎ তাংবনা অমুক উবগুম অহোংবা পুরকপনি উৎলি। অহোংবা অসি অমাংবা অমদি নৌনা শেমগৎপা মীৎয়েংনি।

বাউডেলিয়ারনা তশেংদ্রবা সহরগী ঙমখৈবু পাক চাউনা উৎলি। শতাব্দী কুনশুবগী লন্দনগী শক্তম, বাউডেলিয়ারগী পেরিস, লাফোরগকী সিটিনা মংঙাক্লরবা মওংগী লমচৎ উৎলি। লন্দনথোংদা লাল্লিবা মীফম অসি হিংনা শিরবা ওইনা ইলিয়টনা উৎলি।

এ গেম ওফ চেছ শৈরেং অসিদা খুৎশেম অমদি মীওইবগী নুপা নুপী অনীগী লুহোংবগা মরী লৈননা লৈহাও চেনহলদুনা মহে য়ানবগী মশক উৎলি। ইজিপকী নিংথীনা লৈতেংলবা সিংহাসন্দা ক্লিওপত্রানা ফম্বগী মতাং নীংশিংহল্লি। সেক্সপীয়ারগী ক্লিওপত্রানা অরেম্বদা হেন্না চাদিং তৌদুনা নুপাশিংগা লোয়ননা ছত্রং শান্নদুনা মতম লেপ্লি অদুগা চখবা য়াদদুনা থবক লেপ্লি। অদুগা মিলটনগী পেরাদাইজ লোষ্টকী মরী লৈনবগী মতাংসু পরেং অসিদা উৎলি।

"As though a window gave upon the sylvan scene".

ওবিদকী Metamorphoses মিদলতনগী লীলা Women beware Women সু কোয়থোক্লা পন্দুনা হায়রি। অহানবগী লাইরিক্তনা ফিলোমেলগী ৱারী মাগী অৱাবা ঈশৈনা মোরেলগী অৱাবা ফোংদোক্লি। অনিশুবগী মতাংদনা অর্থ থোক্তবা সেক্সুয়েলগী চয়েৎনবা অমগী মতুংদা মথং মথং য়েক্লবা ওইরক্তুনা অরোইবদা অশিবগী মখুত্তা লোইশিনখিবগী ফিবম উৎলি।

দি ফায়ার সারমোন হায়বসিদা স্পেনসরগী লুহোংবগী দশ্য হেল্লোয় চানবীশিংগী তুরেল খোংবান্দা লুহোংবগী মতাং, নীংথম চঙকপগী উনা-ম্বানাশিংগী অৱাবা শক্তম উৎলি। স্পেনসরগী তুরেল অমদি সমুদ্র নোংলৈ নুংশিৎ অমোৎপা ঈশিং, গ্যাস হাউসতা গ্রেল কাষ্টল, প্রোটাগোনিষ্ট, ফিশর কিং অমদি ফর্দিনেল্ডনা মূর্ত্তি অমদা ওনৎখবগী মতাং নীংথিনা পল্লি।

তুরেলগী হেল্লোয়শিং ওইনা অহানবমক্তদা উৎলিবদুনা হৌজিক্তি থেমস তুরেলগী মচানুপীশিং ওইদুনা ইলিয়টনা ৱেজনরগী ওপেরাগী রাইন তুরেলগী মচানুপীশিংগা মরী লৈনহল্লি। থেমস তুরেলগী মচানুপীশিংবু হৌজিক্কী মতমগী তুরেলগী অনৈবা ঈশিংগা অমোৎপশিংগা চাংদম্নে। তপকনবা ঈচেলবু মচু অহিংবা, ঈশৈ, এলিজাবেথনা মতমগী অরংবা দৃশ্যগা চাংদম্নে। তুরেল অমদি সমুদ্রনা অকনবা ইহৌগী দৃশ্য ওইদুনা শেংদোক্লবা শক্তিসু ঙমদ্রে। মসিমক পুন্সিগী অর্থ য়াদ্রবা শরুক অমনি।

সেন্ত আগষ্টাইনগী 'কনফেসন্স' টু কার্থেজ দেন আই কেম অসিনা নোংপোক অমদি নোংচুপকী চেৎনা নীংবা লাইনিং পুল্লপ থম্বনি।

What the thunder said হায়বসিদা নোংথাংবু বৃহদারন্যকোপনিষদতা য়াওরিবদুনি। দত্ত, দয়াধম অমদি দমত্য শান্তি শান্তি শান্তি ৱাহৈশিংনা নোংচুপকী লোন্দা ফোংদোক্লুনা শৈরেং অসিবু অরোইবা মতাং পিদদুনা লোইশিল্লি।

Kyd কী spanish tragedy দা 'Heironymo is mad again' হায়দুনা লীলাগী সব টাইটলনি। Heironymo নিংথৌগী নুংঙাইনবগীদমক লীলা উৎলু হায়খিবদা মাগী নহা ওইরিবঙেদা ইখিবা ট্রেজেদী লীলাদু শান্নখি। মহাক্কী লীলাগী অঙকপা অমদি অসিনি Each one of us must act his part in unknown Languages.

লীলাগী শরুক্তা হিইরোন্যমোনা ঙাওশিন্নৈ অদুগা মাগী মচানুপা হাৎখিবগী লমন খুম্বু মফমদুদা য়ৈথোকই। মহাক্লা অসুম্না হায়খি:

"I am never better than when I am mad.
Then me thinks I am a brave fellow
Then I do wonders, but reason abuseth me;
And there's the torment, there's the hell".

ইলিয়টকী পুক্লিংসু হিইরোন্যমোগুম্না ঙাওরক্তুনা শৈরেংগী অরোইবদা "শান্তি শান্তি শান্তি" শোল্পকই।

ইলিয়টকী ৱেষ্ট ল্যান্দ শৈরেং অসি অনৌবা অপাবশিংগী মফমদা অরুবা থোক্লবসু নুংঙাইবা হেন্না শক্তি লৈবা খঙবদা লায়থোকপা অমদি শীরি :

"Given intrinsic value, the average reader will find an adequate significance in the most recondite allusions and most of Eliot's quotations make the possible".

*-লোইরবা-*

## টি, এস, ইলিয়টকী মরুইবা তারীখকী ক্রোনোলোজি

১। ১৮৮৮ ইং সেপতেম্বর ২৬ তা টি, এস, ইলিয়টনা সেন্ট লুইস, মিশৌরিদা পোকপা।

২। ১৯০৬-০৯ ইং হার্ভার্দতা অন্দরগ্রেজুয়ট

৩। ১৯০৯-১০ ইং গ্রেজুয়ট ছাত্র ওইনা হার্ভার্দ অনৌবা শৈরেংশিং ইবা, Portrait of a Lady অমদি Prufrock ইবা হৌবা।

৪। ১৯১০-১১ ইং ফাঙ্গ অমদি জর্মনীদা লাইরিক তম্বা ইবা Prufrock লোইশিনবা।

৫। ১৯১১-১৪ ইং হার্ভার্দতা গ্রেজুয়ট ছাত্র ওইনা।

৬। ১৯১৪-১৫ ইং পৃথিবীগী অহান্বা লাঞ্জাওনা জর্মনীদা লাইরিক তম্বা লেপ্পা, ওক্সফোর্দতা লৈখিবা, জুলাই ১৯১৫ দা কলাকার অমগী মচানুপী ভিভিএন্নি হেগ-উদকা লুহোংখি।

৭। ১৯১৫-১৬ ইং লণ্ডন্দা লাইরিক লাইশু তমদুনা লাইরিক নৈনবা।

৮। ১৯১৭-২০ ইং Llyod Bank তা থবক তৌবা, ইডিটর ওইদুনা নৈনবা।

৯। ১৯২১-২৫ ইং লণ্ডন কোরেস্পোণ্ডেন্ত ফোর দি ডাইল, ওক্তোবর ১৯২২ দা হৌদোকপা ক্রাইতেরিওন হায়বসিগী ইডিটর, ইং ১৯২২ দা ফোঙবা দি ৱেষ্ট ল্যান্দগী ডাইল এৱার্ড ফংখি, ১৯০৯-২৫ দা ফোঙবা শৈরেংগী মনুংদা Hollow men য়াওনা, Faber and Faber publisher দা য়াওখি।

১০। ১৯২৭-৩১ ইং ইংলেন্দগী চর্চতা য়াওদুনা ব্রিটিশ সিটিজন, ইং ১৯২৭ দা Ariel poems ইং ১৯২৭-৩০ দা Ash Wednesday ১৯৩০ দা Corioland।

১১। ১৯৩২ ইং Selected Essays, The Sacred Wood।

১২। ১৯৩২-৩৪ ইং The use of poetry, The use of criticism 1933, After strange Gods (1943), The Rock।

১৩। ১৯৩৫ ইং Murder in the cathedral, poems (1909-35)।



১৪। ১৯৩৯ ইং The family Reunion ।

১৫। ১৯৪০-৪২ ইং East Coker ফোংবা The Dry Salvages, Little Gidding, Brunt Norton, (Four Quartets 1943)।

১৬। ১৯৪৭ ইং য়াম্না কুইনা নারবা মতুংদা Mrs. Eliot শিবা।

১৭। ১৯৪৮ ইং নোবেল প্রাইজ ফংবা দি ৱেষ্ট ল্যান্দ।

১৮। ১৯৫০ ইং The Cocktail Party ।

১৯। ১৯৫৫ ইং The Confidential Clerk।

২০। ১৯৫৭ ইং ভালেরি ফ্লেতচরগা লুহোংখি On Poetry and Poets ।

২১। ১৯৫৯ ইং The Elder Statesman।

২২। ১৯৬৫ ইং 4th January দা শিখি, East Coker দা ফুমখি।

## মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং:

**Friends' English to Manipuri Dictionary Compiled**
***- By R.K. Shitaljit***

**ENGLISH:**

1. T. S. Eliot: The Waste Land and Other Poems - *Dr. S. Sen*
2. T. S. Eliot: The Waste Land and Other Poems - *Dr. Raghukul Tilak*
3. History and Principles of Literary Criticism - *Dr. Raghukul Tilak*
4. T.S. Eliot: The Waste Land - *Dr. R.L. Varshney*
5. T.S. Eliot: The Waste Land (Analytical Study) - *Dr. Tiwari*
6. The Art of T.S. Eliot: - *Helen Gardner*
7. British Poetry No.9 - *IGNOU, School of Huminities*
8. Principles and History of Literary Criticism - *Mundra & Agarwal*
9. Principles and History of Literary Criticism - *Dr. R.L. Varshney*
10. A History of English Literature Vol. I - *J. N. Mundra*
11. Literary Translation - *Edited by R. S. Gupta*
12. Aspects of Translation - *Shree Devi K. Nair*
13. Translation Its Theory and Practice - *Editor Avadhesh K. Singh*
14. Insights into Literary Translation and Language in Distinctive Use - *Dr. VVB Rama Rao*

## HINDI:

15. অনুবাদ কলা - *ডা. ভোলানাথ তিৱারী*

16. অনুবাদ বিজ্ঞান - *ডা. ভোলানাথ তিৱারী*

17. অনুবাদ সিদ্বান্ত অমদি প্রয়োগ - *জী. গোপীনাথন*

18. অনুবাদ সিদ্বান্তগী রূপরেখা - *ডা. সুরেস কুমার*

## MANIPURI:

19. ওমর খয়্য়াম্গী রুবাইয়াৎ - *ভবেন্দ্র লোংজাম্বা*

---------------

# অনুবাদক্কী শমলপ্পা পুন্সি শক্তম



অনুবাদক্কী মিং : ব্রারেল্পম যুগিন্দ্র সিংহ

পোকপা : ১১-৮-১৯৪১

অপোকপগী মিং : ব্রারেল্পম শামু সিংহ

অপোকপীগী মিং : ব্রারেল্পম ওংবী ইবেচা দেবী

লৈফম : তোপ খোংনাংমখোং, পোরোম্পাৎ রোড, ইম্ফাল ইষ্ট।

মহৈগী তমলকপা : পোরোমপাৎ এল. পি. স্কুল (১৯৪৯-১৯৫২) ইম্ফাল, আনন্দ সিংহ একাদমী (১৯৫৩-১৯৫৪) চেক্কোন ইম্ফাল, পোরোমপাৎ এম.ই. স্কুল (১৯৫৫) চুড়াচান্দ হায়স্কুল (১৯৫৬-১৯৬১) ওরিয়েন্তল কলেজতাকয়েলপাৎ ইম্ফাল (১৯৬৩-৬৪) ডি. এম. কলেজ,সাইন্স ইম্ফাল (১৯৬৫-১৯৬৭) মোদর্ন কলেজ, পোরোমপাৎ ইম্ফাল (১৯৬৮) এম. এ. (পোলিতিকেল সাইন্স, হিন্দী, মণিপুরী, এডুকেসন, বী. টি. (১৯৭১-১৯৭৫) অমদি রত্ন রাষ্ট্রভাষা (ৱার্ধা)।

শিনফম : রিতয়র্দ সেলেকসন গ্রেট লেকচরর, হেড ওফ দিপার্টমেন্ট মণিপুরী মোদর্ন কলেজঅমদি ডি.এম. কলেজওফ টিচর এডুকেসন (মণিপুরী মেথড)

সাহিত্যগী সংস্থান : এক্স জেনরেল সেক্রেটরী, দি কলচরেল ফোরম মণিপুর, বী,টি, রোড, রূপমহল কমপ্লেক্স, ইম্ফাল বেষ্ট।

সংকীর্তন : ওল মণিপুর বংদেশ পালা সমিতি ইম্ফালগী এক্স জেনরেল সেক্রেটরী।

ড্রামা : পিপলস আর্টস এন্দ ড্রামাটিক এসোশিয়েসন, তোপ খোংনাং মখোং ইম্ফাল ইষ্ট এক্স সেক্রেটরী / এক্স প্রসিডেন্ত

ফোংখ্রবা লাইরিক : থম্বাল তরেৎ (সপ্ত সরোজ মুণশী প্রেমচন্দ ২০০৯)

- ব্রারেল্পম যুগিন্দ্র সিংহ